অফোঙবা
ডা. য়ুম্নাম ইবেহায়বী দেবী, দিনেশ্বর এলাংবম অমদি কান্নতয় এলাংবম
শীংজমৈ লৈশাংথেম লৈকাই
ইম্ফাল - ৭৯৫ ০০৮

নম্ফম :
সুচেতা প্রীন্টিং ৱার্কস
লোক্লাওবুঙ, মোইরাংখোম, ইম্ফাল।

খুৎনম :
অহানবা ; সেপ্টেম্বর, ২০০৩

মশীং :
চামঙাদং

মমল :
লুপা য়াম্ভৈথে

# রাহৈ অমনীদং

মতম-মতম মতাং-মতাংগী ওইনা খোংচিনহৌবা রারী খরা অমগা মণিপুরী সাহিত্যদা কংচরি। মথোঙ হুকপা ওইরোই হায়বসিমদি লৈবাক্তা খুত্তুমনি। অদুবু পামজরুবা নেশা অমদগী পুথোক্তুবা য়াদদুনা হোংনজবনি। পামজবা হায়বসিমসু ওস্তোকপা লাইথেং অমনি।

য়াওরিবা রারী খুদিংমক অপাননা নত্রগসু নাকোয়নবা হকথেংনরুবা থোদোক-রাথোক অমগী নত্রগা খরগী য়ুক্ষমদা শাগংপনি। তৌবতবু ভাইহাক্তংদা ওইরবসু পোথাবা য়ানবা হায়দুনা মরোয়-মরাং থাকপদি তৌই। চায়দবা পরুদবসু কোঙ্গায় য়াওরম্মনি। য়ামত্রবদা তংদুনদি য়েংবিগনি হায়বগী থাজবদা থৌরাংজবনি—ঈপাক।

সেপ্টেম্বর ১৭, ২০০০

এ. দী.

# য়াওরিবা য়ারীমচা



—※—

# ঈপাক

মুমীৎ অদু কেপ্তেন কাবা মুমীৎনি। লেংবানগী বিলাই শিন্নগা স্তেথোস্কোপ পায়দুনা থোক্লকপগী অদুদা অর্দালী জোসেফনা চেনশিল্লকুনা সলাম কৎলগা চে মচেৎ অমা পীরে। কর্নেলদগী ওইরম্মী, হৌজিকমক উন্নসি হায়না ইরম্মী। জোসেফনা মরৈ তৎ-তৎ হায়রকই—

—সর, হৌ-হৌ-হৌ...

—খঙঙে জোসেফ, হৌজিকমক উন্নসি হায়রবনি। কব্রিগী মাল্লি? নখোয়গী কর্নেলদু মশা মুংঙাইহৌদবরা? ওব্রাং পার্ত্তীদা খরা হেনখিবনি। কেপ্তেন নৈশাবীদুগা পাদুনা পেগ অশাং-অশাংবা লৌখিবনি।

—সর মশা কৈস্নু তৌ-তৌ-তৌ

—খঙঙে। লাকে; কাপ্তিনদগী চুরুপ লৌরকখিগে।

—ঐ লৌ-লৌ-লৌজরক ..

—লৌজরকনু। ঐ লাকে চৎখ্রে।

—য়েশ সর।

কর্নেল বর্মাদু ঐঙোন্দা হৈননা থোক্কে হায়বা মা খঙই। জোসেফনা মুংশা থিরপ য়েংলম্মী। থা খরগী নিয়মগী ওইনা ত্রেনীং মচা অমা লাকপা ঐখোয়বু শা-ষন লাক্লবদোনা, নোংমৈ পায়দুনা লান্দা মাঙজীল থানা ছুয়েংমক চঙগদৌবগুম্না কম্না চেকশিন্না লাক্লবগী মাবু হৈনদবনি। চপ তিংনা লেপ্পগা শংদুনা ভাংবা, মরক্তা য়াহং য়াদবা য়াথংদি য়াথংনি (order is order) হায়দনা য়ুংদুনা নৈবসি মাগী ফেৎ হায়ত্রবা মওংনি। নৈথোক নৈশিন য়াদবসি হৈনদে। মাগা ইহান হেক হান্না থেংনবা মুমীৎ অদুদগী খৌবা অদুম হৌত্রবনি।

মুমীৎ অদু কোইম্বতোরদা ইহান হান্না থুংবদা ঙাইরি। হেক য়োৎবগা তেক্সী অমা ঙাংনরিঙৈদা লম্বেলগী মতাইদা ঈ নৌরিবী চাজেনবী অমা লেকথরকপদগী মতাংনা য়াদবনা খুদক্তা স্তেথোস্কোপ লৌথোক্লগা য়েংলগা লায়কন্নরুবনি। খুদক্তা ওইবা য়াবা লাইওং তাক্লগা অনকপা লায়েংশঙ অমদা পুহনখিবনি। তেক্সীসু পাক্না ফংদনা খরা অমুক্কসু থেঙগ্রে। হেক য়োৎপা লৈকম-চাকমগী হংলুক্লিঙৈদা কর্নেল বর্মাগী ওফিসতা চঙহনা রিপোর্ট তৌরুবনি। মাগী কাদা হেক চঙখিবগী অতুদা মকোয় মরক্তগী শংহনা হায়রকপনি—

—য়ু য়ং মেন। অহুমাইনা লাকপা হৌনদে নক্কি-নরোল চেকশিনগদবনি। স্তেথোস্কোপ পায়রগা ঐগী ওফিসতা চঙঙকপা হৌনব্রো। নঙ দোক্তরনি হায়বা ঐ খঙই।

—ওয়ে কর্নেল, ঐ...

—সর, নো কর্নেল।

—মসি...

—নো এক্সপ্লেনেশন। নো কোইশন। নো আগু'মেন্ত। কম্মু। কদাই নঙগী চে-চাং...।

কম্মগুমসিরা, চে-চাং পুথোক্লগুমসিরা, কন্রি অমত্তা হায়রমদনা থোকলক্লগা রেল ষ্টেশন তান্না চুমদ্রিং চৎলসিরা হায়না ঙাইহাক খল্লুরে। ঐসু পঙশাউ শাউগনববা বামোন নত্তে। মাসু হাইরগ খঙখিবা মাল্লি। মাগী অর্দালী অদু কৌশিল্লগা—"মী লাপ্পা লাকপনি, কুইনা রায়ক্লবনি হায়বা খঙলবদি কোফী, ঈশিং চান-থক্রবা খরা পুরকপা য়াদ্রে৷" হায়দনা লাউখিবা অতুদা ঐ খজিক হন্দয়কখিবনি। নৎলমদ্রবদি জৌত্রবসু য়াবা মথোয়গী ত্রেনীং অদু হৌত্রিঙৈদা খুদক্তা থাদোক্লম্বা য়াই। ঐখোয়গী ইথৌ 'ভুর্বাদাই ময়াম্বা' হায়না মমিং লৈরম্বনি। মাগী আরার (ক্লাস) তা হংলিবা য়েৎলিবা অদুগা য়ানাৗংদবা কোঙদোক্লিবা উৎলিবসি ঐদনি। ইতুং খর খরা ইল্লিবসিনা কশ্মীরদগী কাক্লখনি। মাসু দোক্তরনি। ঐগা নোংমত্তা

চঙমিম্নবনি। ঈংই মেঙই ইহা হাদে ইখৌ খৌশাদে। লক্লবগী হালেংবা লৈতে ফাগী পুবা মীওইনি। অয়াম্বা মতমদা মশা ঙমদবগী মওংদদা লৈ। কর্নেলনা থীনা থীনা লক্লে। মানস্থু চপ চাবীদা হুন্নি। অনীমক হেঞ্জিন্নদে। খেন্নরিবনা অমনা মৈনি অমনা অখোংপা উনন্নি। কর্নেলনা ফান্নখতি স্তেথোস্কোপ পুবা ঙমদ্রে শোনবনা হায়রুবদা কর্নেলহোয় ব্রিগেদিয়ারথোয়না নোংমৈ মচা পায়রিবসি অচৌবা থাংবা ঙমদবগীনি হায়রুই পুম্নমক নোকমিন্নে।

কাস্তিন্দা দোক্তর ফান্নখ লৈরম্মী। য়ু লৈরম্বনি। ঐবু উবদা চঙ-শিল্লক্লুনা নক্না সলাম তৌররগা হায়রৈ—

—গুদ মোর্নিং কেপ্তেন দোক্তর পি. কে. শর্ম্মা।

—বিশ্রাম লেপ্তিনেস্তু দোক্তর। নম্বোইনি।

—খঙই। পোংলুম থোঙগংলমদাইগী হানৌ পীজরে।

—থোংদনবা তল পীজবনি হায়বস্থু য়াই। অয়ুক্তগী হৌরগেরা?

—নথোয়গী স্বায়সিনা শাবসিনা খাঙনবা থকপা তাবনি।

—কাশ্মীরদনা ঈংবা খাঙবগী?

—নো, অনীমক্তা হিংবা খাঙবগী।

—কবিম্নিনে?

—মানি। কবি অখুংবা।

ঙাইহাক নোকমিন্নরিঙৈদা লাপ্পা কর্নেল বর্মা মাঙোন্দা লেপ্তুনা মাগী মালীশিংদা কন্নি কন্নিনো ত্তাক্লুনা লৈবা উই। মরূপ ফান্নখ থনম্মগা তহা তহাবগী মওংদা চংলুই। ঐগী সলাম ওক্লগা তন্নাম তন্নান্না মাগী য়ুমগী ওফিস কাদা পুশিল্লি। কৌবগী মরম হংলুবদা হান্নমা শেমহনা লৈরম্মবা কোফী লানশিল্লক্লগা তপ্পা হায়রকপনি—

—কেপ্তেন শর্ম্মা, দোক্তর প্রেমকুমার শর্ম্মা।

—তাকপীয়ু।

—নঙ ঙসিমক কবন্নত্তীগীদমক খোঙশানবা তারে।

—লক্ষদ্বীপত্তা ?

—য়েশ সর ; লক্ষদ্বীপকী কোন্নুং। কুইগদবা নত্তে, কোয়বা ওইনা চৎলুচো। ঈশিংগী খোঙচৎস্সু ময়েংগু চো। মুংঙাইবনি। জহাজ মচাদা চৎপা ঈশিংগী খোঙচৎ য়াম্না মুংঙাইবনি। হৌজিক চাক্লেন চারগা ত্রিবান্দ্রমগীদমক খোঙশাল্লো। মফম অতুগী হেদ কার্তরদগী খোঙচৎকী করিগী পূন্নমক খঙলগনি। হৌজিক্তা এৈনা মথং মথং লোইনা শীনঞ্জবনি। নঙবু ওক্লবা ঙাইতুনা লৈরম্মগনি। পূন্নমক শীনবা লোইরে। করি হংনীংলি ?

—সর য়াথংদি য়াথংনি। অতুমকপু খঙজনীংবা অমত্তংদি ..

—য়েশ ?

—করি করম্বা থবক্কী ওইরবনো ?

—সোরী য়ং মেন, মতু হন্দক্তি এৈস্সু খঙদে হোম দিপার্তমেন্তলোমদগী অপাননা লাকপা য়াথংনি হায়বদমক তাকপা ঙম্মি ; অতৈদি ঙমদ্রে। ওন ড্যুতীদা চৎপনি অর্দালী পীয়ুরা ?

—নো নীদ সর। লানগী—লানফমদা লায়েংবগী ওইরিদ্রা সর ?

—মান্দে। লক্ষদ্বীপ শান্তিগী মফম্নি। নঙনা খঙভিতুনি ঈথং মপৈসিগী পাক-চাউবা বর্গ কি. মি. ৩২৩ তনি ; মীশিংস্সু লাখ অমুক্তনি। মুংঙাইবা ফজবা লম্নি ময়েংলুচো। কম্মোন, নহাদি অনৌ-অনৌবা মফমস্সু য়েংগদবনি। মী তাদবা ঈথং মচা মচাস্সু লৈবনি কোয়রকউ। হন্নকপা খোঙচত্তদি হেলীকোপ্তর শীনগনি। চৎলো শেম-শাক্করো। পুং ১৩২০ দা নঙবু থিনবা গারী লাক্কনি। চিংনবা করি লৈরি ?

—করিস্সুবুদি লৈজদ্রে...।

—অদুদি, গুদ লক কেপ্তেন।

—থেঙ্ক য়ু সর।

য়াথং, অৱোনবা, হুংবা য়াদবা, তাকথোক্তবা—মসিনি কন্না হৈনদবসি। অত্তবু ফত্তবদি নত্তে।

ঐনা কন্না পান্নমন্দ্রবদি চৎলোই হান্নবা য়ারমগনি। অহেনবা থৌদাং ওইনা লৈবগী মওংনি। য়াথংগা হায়জবগা পুনবগী মথক্তা কুইগদবস্ম নত্তে মযেংলুরগে খন্না চৎপদা লেপ্পবনি। ঈশিংগী খোঙচৎ অমদি ঈথৎ মচাগী পুন্সি য়েংনীংলকপনি। হায়বগা ইনবগা খুংশন্নবগী পুন্সিগী পান্না অমদি থা খরসিদা তম্মবনি। ফাবা ফারোইদবগী ৱাফন্না অমনি।

খোঙচৎ—লৈমায় অমদি নোংথক্কী—অনৌবা নত্তে। ঈশিং ঈপাক্কী অসিমদি অনৌবনি। অহানবা জহাজ চংপা হৌরকপদা নোম্লি-নোম্লি হাইরি-হাইরি নাউস্নুম লোইরোই-লোইবোই হাইবদৌনা ফনা নুংঙাই। তোর্বানগী লেঙলি-পাল্লিবা পুন্নমক লোইরোইনা পীকশিলহৌই। মতম খবগী মনুংদা তোর্বান পুন্নমক নাযুম মচা অমদা চন্নবা য়েকপা দৃশ্য ওই-হৌই। মমৈদ-মমৈদা বিন্দু মযাম শুহরকই অদুগা লাপ্পা পাইহৌবা লমশাঙ পাইবা উচেক শঙ্গুগী বিন্দুগী পাবংশিং গা পুলহৌই অদুগা লেংলি-লেংলি মুশি-মুশি মাঙখি; ঈশিং গী নাযুমদমক ঙায়হৌই। অতোপ্পা অমমুক য়েক্লবা কেনভাস ওইনা থম্বা মাল্লে। অঈং অশা চাং অমদা থম্মবা নুমিদাংৱাইগা লোযননা অমম্বা তুন্না চংমিন্নবদা তয়াং-তশোইরকখি। পাবাববা লৈচান মবক্তা অবোং অফোং শান্নহৌবা থাজ মচেং অমগা লৈখাগী পোথাবা লৈত্রবা ইপোমগনা অচীং অতু কোনশিলহৌখি। নোং ঙাল্লমদাইগী মঙলান্দা শশিপ্রভাগ মখা তানা উরকলুই। ইম্ফালগী ইয়ার-পোর্তকী কাচীন অমদা মপি খজিক তৈ থাকহৌবী প্রভাবু হন্না হন্না উরকখি। মথুং হাইবা হৈফাত্রবা বোনীবু মথুং হাইহনখিবী মহাক্কি। নোং-মুংশিং মচা অমনা হৌদোরকখি। কুইবদি নত্তে। মুংশা ঙাইহাক্তি থীকই। ঈশিংগী খোঙচত্তা অহানবা শকখঙনবা নোং-মুংশিং অমনি। অপীকপনিদি হায়নৈ। ঐজোন্দদি চাউরপ থোকখি। পোৎলমগী চাং অসি মী অমদি মাগী নাক-য়েংকী ফীবমনা ওনবা ওইরমাল্লে।

মুংশা য়ক হাইগংলকপগী অতৃদা শায়কপসিদি কায়মদাইগী প্রেসর কুকর মনুংদা লৈবগুম্বা মাল্লি। কুইবদি নত্তে অঈংবা মুংশিং লাকপদা থৈজুপ চিংখৎপা য়াদৌক্তি। মুংশিং অকনবদি মতম পুম্নমক্তা শীংলি। লৈমায়সু নোংথকসু ঈশিংগী ঈশিংমক্তা ভায়রবা মতাংদা ঈশিং তোয়না খৌরাংভি। ঈথক্তা য়েংলগা কোকপা ভমদে। অমুক মুংথিল মুমিদাং ঈশিংগী ঈশিংমক্তা ওইরকই, য়েংখি য়েংখিবা মায়কৈদা পাক্তকবা ঈশিং ভাক্তনি। পুন্সি অসিমক ঈশিংদমক মাল্লকই। ঈপাক হৈনদবগী লায়না লৈরকপশিংদি মপান থোক্তুনা ঈশিং য়েংদনবা পাউতাক তোয়না পীরকই। পাউতাক পীরকপা খুদিংগী থব্রায় অসি পীকথরকপা য়াওই। করিগুম্বা মতাংদা জহাজ অসিনা কায়তুনা লূপখিবা তারবদি হায়নসু খল্লকপা য়াও-রকই। মফম-মরাং ইখও খওহৌদবা নোং-মুংশিং লাক্লগনা করি তৌবা হায়বগী মতাংদসু খল্লুবা য়াওই। রাথল অসিদা চেন্নরিবসি থরায়নি। শিবনি। শিবগী হেক খল্লকপদা বোনী মমা-মচা নীংশিংলকই, অহল-লমন শাগৈ-নাতৈ মরুপ-মপাংসু ভাইহাক মথং মথং নীংশিংলুই। হৈবোই হৈতবোই মখূৎ হাইহৌবা বোনী নীংশিংলুবদা মায়কৈ খওলুদনা স্বায় লাউরকপা য়াওরকই। কপচগদবী শশিপ্রভাগী খল্লুবদা থমোয় তনীক-লকপা য়াওরকই। কুইদে তাম্না য়েংলুবদা তপ্পবা লৈচীন মপৈ অমদা অমনা হেনগৎলক্তুনা অমত্তা ওইনা পকশিন্নখিবা উরকই। অনীনা শক্তম অমত্তা ওইরকখিবগী দৃশ্য উরকপদা নাক-য়েং কাউতুনা ফনা কুইনা য়েংতুনা লৈরুই। অমুক খংখন খল্লকই—করিগী ওইরিগবা ঐনা চংলিবসিবো?

হিথাংফমদা ঐখু ওক্লম্মী। মেজর ভগ্রানা, জহাজদগী হেক কুমথ-রকপদা চঙশিল্লক্তুনা কৌরৈ—

—"হল্লো কেপ্তেন, দোক্তর শর্ম্মা।"

—"য়েশ সর।" সলাম তৌরগা খুম্মুই।

—"ৱেলকম তু লক্ষদ্বীপ। কম্মোন।" অমুকসু তরাম্না তৌরকই।

—"থেঙ্ক য়ু সর। লেডসি।" হরাউবা ফোঙদোক্লুই।

পাম্রী থোক্লা থোনা লম অসিগী ঈশিং-মুংশিং, মুয়্রে-কৈলৈ, শাজং-লোমচংবী মতাংদা খঙদবা ম্রাদবা অপো-অপোবা ৱাঙম থরা মরী মরী তাক্লবা মতুংদা মেজর ভগ্রানা হীরম খংওন ওল্লগা মখা তারকপনি—

—দোক্তর শর্মা, অসিদা লাক্লিবসিগী মরম খঙলবরা ?

—খঙদ্রি সর।

—মুমদোবনি, ঐখোয়গী ঙাকশেল মীওইশিংনা মুপী অমা ফারে। ঈশিংগী লম্বীদা লোম্না চংলম্বদগী তাক্লহুনা ফাবনি। কাপ্লবদা মখোয় মুপা মরীদি হাংলে। মুপী অসিমদি হিংনা ফারকপনি।

—নহারা ?

—চহী ২৫–৩০ গী ওইগনি। মশক-মতৌ য়াম্না চঙথোক্লি।

—অহু কৈদোবা সর ?

—মসি নঙগী লমগী মীওইনি।

—ও।

—ফনা কুইরে ঐখোয়না ৱাহং কয়া হংলক্লিবা ; করি ক'রিনো খঙনবা কল্লা লাক্লরক্লিবা। উপাই পুম্নমক শীজিন্নহুনা হোৎনবনি। হোৎনরি।

—করি করি খঙলবা ?

—মরীক অমফাওবা খঙদ্রি। মুপী অসি অঙকপনি দোক্তর। করি-গুম্বা অমত্তা হায়দে তাক্কে। স্বপ্নগী 'নীংতম্বা' হায়বা ৱাহৈ অসিতমক হায়হুনা লৈ। হংলুবা ঙাংলুবা পুম্নমক ৱাহৈ অসিনা পাউথুম ওইনা পী। অতৈ করি অমত্তা ঙাংদে।

—অতৈ লোন—হিন্দী ইংলিশ—খঙদবা ওইরিব্রা ?

—নো। খঙই, খঙবা মাল্লি, খঙলমগনি। ঐখোয়না হংবা ঙাংবা হায়বা পুম্নমক মা তাবা মাল্লি। লাইরিক-লাইশু ফজনা হৈবা মাল্লি।

—করম্না খঙই ?

—মান্নবা হৌনদে দোক্তর। মখোয় মঙা করিগুম্বা মিশন অমগী মীরৈবাক্তা চৎপা মাল্লি। করিগুম্বা মখলগী খুদম অমত্তদি ফংদে অদুবু মখোয়গী মওং-মতৌ অদগী ঐখোয়দা অরোনবা পাউ পীরকপগী মতুংইন্না মখোয় লালহৌবা কাঙলুপ অমগী মীওইনি হায়বদি চপ চানা খঙই। নখোয়গী লমদা লালহৌবা কাঙলুপ ১৫/১৬ লৈবা মাল্লে ?

—ঐ মুন্না, চপ চাবদি খঙদে খরদি লৈ। অদুবু ঐবু কৌরিবনা করিগী ?

ইরোন্দা রাহুং-পাউহংনবা ওইরম্মে। ভাংনবদা লোন ফাওনবা রাং-পদগী খুমদবনি হায়বগী থাজবা অমা লৈরকপদগী মরোনগী মীওই থিরক-পদা অনকপদা ফংবা ঐবু কৌরকপনি। মেজর ভদ্রানা তাক্লকখি—

—ওৎপা হৌনবা ওত্তুনা হংবদা মরক মরক্তা মমারোন্দা করি করিনো খরদি খুমখিবা ভাংখিবা য়াওই। হংদ হংলুরবসু 'নীংতম্বা' হায়বা নত্তনা অতৈ করিসু হায়দে। মনুং অঙকপা ফংনা কল্লি। অঙকপা মুপীনি। নঙনা থেমদুনা অমুক্তা ভাংহল্লু। অরোনবা ময়াম খঙ-দোকপা ঙমগনি। অরুবা অরোনবা কয়া খঙলমগদবা মীওইনি।

—মখোয়দগী চে-চাংগদি ফংখিদবরা ?

—খুৎলায় খরা নত্তনা অতৈ ফংদ্রে। ফারকপা কাঙবুনদি চেগুম্বা খরা শায়জিল্লগা য়োংখিবা উই হায়।

—মাংথোকহল্লো নল্রগা মচুক অদু লেন্দুনা।

—ফংগদবা মান্দে। তোইনা শায়খিবা মাল্লে হায়।

—অস অদুদি লুরেনে !

—নঙনা লায়থোকহনবা ভদ্রা য়েংঙু।

মথংগী অয়ুক্তা ঐখোয় শেম শাদুনা চৎলি। জেলমক্তি নত্তবা চেৎনা থম্বা কা অমদা মখুৎ অনীদু তুংধুন্নবা পুন্দুনা মহাক লৈরম্মী। মখোঙ অদুসু মতাই ওইনা লৈবা য়োংকী য়ুখী অমদা পুল্লি। য়াম্না শোল্লবা

ফীবমদা ঙাহনা খিনবা পোৎলম অমদোনা ফমহনা লৈরম্মী। মেজরদা হায়রুই—

—করিগীনো সর কা মন্নুং অসিদস্থ পুল্লিবসিবো শোজাও লোল্লবা কা মচানি।

—দোক্তর মসি য়াম্না শাথীবা শাগুম্বনি। মথন্তা মথৌরী চরম মেৎ-খায়জগে তৌই; ফক্লাংদা মকোক য়েথায়জগে তৌই। পুন্সবা য়াদবনি। কা অসিদা নঙ চঙবা ঙমংঙাইরোই। সোমদা, অহাং-বদা পুথোকহল্লকে।

মাগী কা অত্থ, তশেংবনি, নমথিবনা নকশিনবা তন্নবনি। শারঙমক ওইরে। মীগী কা ওইদরে। ঐনা অহানবা থেংনবনি। অহিংবা মী অমগী নাক-য়েত্তা অত্থগুম্বা ফীবম তম্বদা য়াওরকখিদ্রি।

অয়ুকী ঙুংশা মঙান্দা ফমহনা ঙাইবনি। ঈশিং মপানগী লৈঙোই মথক্তা খুদক্তা অচৌবা অপাকপা অরাংবা সাত্তিন খন্দুনা শেম্মবা মফমদনি। ঙুপী সিফাই অনীগা নর্স অমগনা চিংবোই ঈনবোই তৌহনা পুরকই। লাপ্লপ্না লোয়নরকপা সিফাইশিংনা মায়কৈ মরাদা লাপ্না লাপ্না লেপ্নুনা শঙহৌই। লাপ্লপ তারিঙৈদগী মাবু য়েংহনা খম্থবা অমদি খঙজিন্নবা লাক্লে। মশম অত্থ থবং থবং ককথৎপিরে, মমায় মমীৎ য়াম্না মকশিল্লে মফম মফমদা দাকফম কয়ামুক লৈরে। মশা পুম্বদস্থ লৈরম্বা য়াই। চৎপদা তুরোই-ঙায়োয়মক তৌদ্রগস্থ য়াম্না রানা খোঙ থাংবা মাল্লি। মমায়দদি কজবগী মঙাল লৈরি। নহাগী খুদম লৈরি। মতম ফনা পাল্লবা কুচুগী মশেক লৈরি। ঐগী মাঙদা লৈঙোয় মরক্তা ফদী-ফরা থাধরবদোনা ফমহল্লে। মেজরদা হায়রুই—

—সর পুল্লিবসি থাদোকসি; চৌকিদা ফমিন্নগে।

—নো দোক্তর! চেনখিনি মথরাতা লোইশিঙখিনবা হোৎনরকনি।

—ঐখোয় শুক য়াম্না লৈরিবসিদি। অহুগী মথক্তা নখোয়না মথরায়-দমক খাল্লম্মে।

—হায়রম্মি।

মেজর ভদ্রা চিংনরপ য়েংলকুম তৌই। চওশিন্দুনা মথূদাং শাক্তকনা মিতুল য়েংলুই। শোকচিল্লম্মে। মথক্তক্তা স্তেথোস্কোপ থাস্থুনা য়েংলুই। হেন্না শোকচিনবগী খূদম ফংই। মীৎপান পায়তুনা য়েংলিঙৈদা নর্সনা হায়রকই—সর নমতুনা পীজবগী থবক চথরে। চাও-থকউ য়াদবা মুমিং মরীমি শুরে। রা শুকডাং ডাংদে। অতৈ লায়নাদি কয়িস্পু লৈবা নত্তে। শোগ্গরে। মেজরদা হায়রকবনি—

— সর য়ান্না ওৎলমাল্লে। য়ান্না শোকচিল্লে। পাজল য়াওদ্রে।

—মতু নওগী নথো নত্তে কেপ্তেন। ঐনা পাক্কতুতা তৌ!

শাউরপ তৌবা উই। ঐস্মু পিং লাউই। হায়রকই—

— সর অনাবসি ফীবম শোক্লে। কক্সহনখিবা চুমগনি। শাংনা খুন্না ভমদকা য়াই। হিদাক-লাংথক, চাঁপ্লাক মহীওন্না কাপ্তুনা ভাইদাক পোথাহনবা চুমগনি।

—মতু দরকার নত্তে। শোনবা-কনবা শিবা-চওবা ঐখোয়গী মীৎয়েং নত্তে। হংজো থুমহল্লো হায়দোকহল্লো। সিদনি। য়াথংদি য়াথংনি। ইনবা তাই।

— মিস্তর ভদ্রা! ঐ দোক্তরনি।

—সিকাই অমত্তুনি...

—মতুনা কোক্তি তুংদস্মু কুইরোই। দোক্তরগী লীচত্তা মতু য়াওদে। মক্তনবা কনবা দোক্তরগী মথৌনি। ঐ নওগী মকম অসি হৌজিকমক থাদোকনি।

—য়েক্তবগী মীচওনি য়েক্তবনি হায়না লৌবা তারবদি...?

—মতু নওগী মীৎয়েংনি। লৈরিবা ফীবম অসিদা ঐ হুংবা ওন্মোই। হৌজিকমক কোপ্তর কৌ। কোইথজোর কস্তেক তৌ। চৎলনি।

—চৎথিবা য়ারোই।

—মু শত-অপ!

মেজর ভদ্রা মাগী নোংমৈ অতু শংঙীংখি। মাকন্থেংবী সিফাইশিং লাপ্পপ-লাপ্পপদগী চেনশিন্নরকই। মুপী সিফাই অমনা থাম্মকপগী অদুগা পুল্লবী মুপী অদুনা তপ্পা হৌগৎলল্লগা হায়রকখি- মেক্কবা ওইরিবা পাখং, ইরমদম মচানি নথরায় পাম্মুই। নরৈবাক্তা হিংল্লবা কান্নগনি। করিনো নঙনা হংগদবদো ঐ খুম্মগে...। মেজরনা ঙক্লা মানা হায়রিবত্ত কম্নিনো হংই। ঐনা মীরোন্দা হন্দোক্তুনা তাকই। মেজর ঈংথরকখি। ন্যুখৈ শেংনা নেমথখিবদি নত্তে। কোম্লনা খঙলকপনি। হিদাক-লাংথক কাপসি করিগুম্বা থরা চানবা তৌসি হায়রুবদা মুপী অদুনা হায়রকখি—পাখং, ঐ চারোই, কাপস্লু কাপকন্নু কান্নরোই। নাম্থোকপা য়াবগী রা লৈত্রবনিনা ঐ লোইশিঙ্গরগে লেপ্পে। নখোয়না ঐঙোন্দগী করি অমত্তসু খঙবা ঙম্মোই। মখোয়গী লোন ঐ লোইনা খঙই। তাক্লোই হায়দনা তাক্কবনি। মখোয়না ওৎপা য়াবা পূন্নমক ওৎল্লবনি। হায়দোক্রুবনি। হায়দোক্লোই। ইপ্রানা হংগদবা থরা হংলম্মো অতুগা চৎপ্রো। খুম্বা য়াবা খুম্নিংবা থরদি খুমগনি। খুম্মরোই থল্লবা হংলক্লগদি কান্নরোই। পূম্নমক থাঙলক্লবনি। মখোয়না হাৎপা ঙাইহনি। ঙাইররোই।

লায়েংগে য়াদ্রে। চাউ হায়বা য়াদ্রে। ঈশিংদং থজিক্কং থকে হায়। মেজরদা হন্দোক্তুনা খঙহল্লুই। মাদি পীথক্লীংদে। হায়রুই—

—মেজর ভদ্রা, মসি মানবতাগী রাফম্নি। খোগংলবা চরমদগী পাউখুম থোক্লকনি থাজদে। নঙনা হংঙু, হায়দনা পীব্রিবা রাহং ময়ামসি খুম্বা ঙমগনি থাজদে।

—ঈশিং পীথক্লগদি খুমগদ্রা হংঙু।

—খুম্ব-খুমদবনা কোম্নগী রানি মঙোন্দা লৈরে। ঐগীদি ঈশিং পীথকপনি। পীথকপা তাবনি। মসি ফাওবদি মী মশেল্লি তৌবা তাবনি।

ঈশিং থক্লবা মতুংদা হংলুই—ইচে কদায়দগী লাকপনো? খুমকই—নীংতম্বা। অমুক হংলুই—কদাইদা চৎপনো? খুম্মকখি—নীংতম্বা।

কয়ম্বা কাঙলুপকী মীওইনো ? নীংতম্বা। করি তৌবা চৎপনো ? নীংতম্বা। করম্বা লম্বেন্দা চৎকে লাকপনো ? নীংতম্বা। কনানা শীনবনো ? নীংতম্বা। মিংনা করি ? নীংতম্বা ...

ঙাইহাক্কী মমাঙদগী মশাহ্নু মরেঙ-মরেঙ চৎলবা মেজরনা হোৎচিল-লক্লুনা 'য়ু নীংতম্বা বাস্তর' হায়না লাউরগা 'নীংতম্ব' গী মথক্তাইদা খুপাক্লা লৈজবী থাহ্নুনা থারে। 'নীংতম্বা' লৈঙোই লৈমায়দা লোংথাক লোংনা পক্রাক তাই। ঐ খ্বায় লাউই। পিং লাউবহ্নু ফাধবা লাক্লে। 'নীংতম্বা' তপ্পা হৌগৎলক্লগা মেজরগী মমায়দা মতিন শিংচিল্লকখি—থূ-ই! ঈ কাপ্রবা মেজরনা নোংমৈ মচাহ্নুনা 'নীংতম্ব' গী লুখমদা কল্লা শুখি। হুপীহ্নু লেকথহ্নুনা তাখি। খামগে চঙশিল্লুবদা নোংমৈ শীংলগা মেজর ভম্রানা হায়রকখিবনি—হায়রিবসিনি কেপ্তেন! নথৌ পাঙথোক্লগা পুং অমগী মরুংদা পাউথুম ময়াম অহ্নু রিপোর্ত তৌরগদবনি। হৌরো। ঐ ঙাইহ্নুনা লৈগনি।

হায়রম্মগা ঐগী পাউথুম ঙাইরমদনা চৎখ্রে—গপ-গপ-গপ। ফিজম শেৎলবস্থ পুশেমসিরা হায়না খল্লগা কান্নবা নত্তে হায়দনা থম্মম্বা নোংমৈ মচাহ্নু নীংশিংলকই। নাকন্দা শন্দোকখ্রিবা চাংজো নাইদ্রবা ঈপাক অদোমদা লৈহ্নুনা য়েংথোক্লুই। ঈশিংগী উচেক অনী অহাংবা মরক্তা পাইহ্নুনা শান্নবা উরুই। নাকন্দা লৈরিবী হুপী সিফাই অমনা হংলকখি—সর ঐখোয়না করি তৌগদবা ? হায়রুই—

—ফম্মু অস্বায়দা লাপ্পপা। সিস্তর নঙস্থ হুপীহ্নু লৌশিং লাক্লমাল্লে অস্বায়দা ফম্মুচো। ঐ রারা তৌগে। ঐগী কোফী পুহল্লকউ।

মখোয় লাপ্লপ লাপ্লপ হন্দোক্লগ্রবা মতুংদা হায়রুই—

—ইচে নীংতম্বী, চৌকিদা ফম্মু।

—পাখং ঐ ফম্মোই। খুমস্থ খুম্মোই। ঐগী পাউথুম পুম্নমক খুমগ্রবনি। হৌভিকস্থ ইপ্পানা হংদ্রিবৈদা হংলক্কদবা পুম্নমকী

পাউখুম পীরি—নীংতম্বা। মতম মাওননবনি কাম্নদবদা ৱাননবনি হনখ্রো। ঐবু হাত্তোক্নবা হায়রম্মু।

—পাউখুম ফংলবা ৱাহং নত্তবা খরা হংনীংই। মুংশা থীবিস্নু ইচেগী লম্বেলগা মরী লৈনবা অরোনবা ৱাফম ওইরোই। মদোমদা ঐ কন্না হৈনবা নত্তে। লৈবাক্কী সিফাইগী লালহৌগী নীংতম্বগী মায়কৈরোমদা ঐগী হৈনবী লৈত্তে।

– হায়বদি ?

—হায়বদি শন্না হায়রবদা মেজরনা পাম্মিবা পাউখুমগী ৱাহং ঐ হংলরোই। পাউখুম ফংখ্রে অমুক ফংলরোই খল্লে।

—মতুমক ঐবু খওবিবগী মওং মাল্লি। ইপ,ানা পাম্মিবনা করি ?

—মখোয়না, হায়বদি ঐখোয়গী মীনা করম্বা মওংদা ওৎখিবগে হায়বসি খওনীংই।

—মতু খওলগা করি তৌবিগে হায়বা ?

—করি তৌবা-তৌদবা হায়বতুনা মতুংগী ৱানি। তৌগে খনবস্নু লৈত্রি। খওনীংবা পোক্লকপগী ৱানি। মসিস্নু হৌজিক্তা পোকলকপনি। হান্ননা খনবা নত্তে।

—নওগী মেজর অতুনা পাম্মিবতুদি ?

—মতুগী পাউখুম ফংখ্রে হায়না খল্লে। ঐনস্নু ফংলে। হঞ্জিনবা কাম্নদ্রে খল্লে। মুমিং খরনী অসিদা ইচেদা করম্না ওৎখি তাকপা য়াগদ্রা, য়ারগা তাকউ তাকনীংদ্রগনা ইথৌ অস্বায়দা লোইরে।

'নীংতম্বা' ভাইহাক ৱা ভাংদনা তুমিন্না লৈখি। ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলকই। ঐনা মুন্না য়েংলগা খজিক মোমোন তৌরুবদা মাস্নু খজিক নোকলকই। মাগী মোমোন্দা নীংথিবা পূক্নিং হুবগী মওং লৈ। কমথরবা মোমোন অসি ফাওবদা ফজরিবসিনদি মায়থোঙ মকা লাম্মিঙৈদদি নাকয়েং অকোয়বদা লৈনম চাইরমগনি। তপা হায়রকই—

—ঐঙ্গামচা, নঙ ঐগীদি য়েরুবগী মীনি।

—মী অমসুনি দোক্তর অমসুনি। লায়েংবা হিংহনবা ঐগী ইথৌ অমনি।

—হিংবদা কান্নররোইদবী অমদদি মতুগী অর্থ থিরুবা চুমদ্রে। ঐ হিংলরোইদবা ফীবম অমদা লৈরবনি। শিবগা হিংবগা চপ মান্ননা লৌরবনি। ঐনা চেকশিনবা অমত্তা লৈত্রবনি।

—মতু ঐ উরে।

—শিরবীনি ঐদি।

—শিরগা হিংবগী রারীসু তোঙান্না লৈনরি। খরদি তানীংই মতম মাঙহন্দবীদা। দোক্তর অমনা কনবা য়াবা মতাং নত্রবনিনা লায়েংবদি কান্নররোই খল্লে। খঙনীংবা খরসিদি লৈরি।

- ফরে খরদি মহায়গে, ময়েক্কীদি শর্মাসু মওং খরদি খঙলম্বা য়াই ?

—খরা তাবাদি মরৈথ্রে। খঙবদি নত্তে। লমদাংমু দোক্তর অমগী নত্তবনা ওইরম্বা য়াই। চপ চানা হকথেংনবরা মী অমদগী তানীংবগী রানি। রারদ্রা তোক্লগেরা ?

—মীমুংশিগীরা নত্রগা কল্লক পেনবগীরা ? নত্রগা তৌশিন্নরিবরা ?

—অমত্তা নত্তে, খঙনীংবগীনি। মী অমা ওইনা .. ।

ঙাইহাক তুমিন্না লৈরুরগা য়েংখৎলকই। তপ্পা হায়রকখি—

—ঐগী শম অসি উইদনা, মসি তঙ্খায়মুক্তা ঙায়রবনি। মুপীগী শম শাংবসি মথোয়দা খুদোং চায়। লৈকংদা হৌবা নাপী নত্তে, থাউনম পাম্বী ফোয়বগুম ফোয়বনি। মখোঙনা লেংবান অনীদা নেত্তুনা মুরুগা মখুৎ অনী-অনী চঙদুনা পুল্লপ পায়রগা চিংবনি। খংচিং খংচিং চিংবনি ; শমদোন শময়াইদা য়েংশিন্দুনা চেৎনা পায়রগা চিংবনি। খুরায় অসিদা য়োংতেকা লৈজবী থা-থমদুনা লম্মগা তকঈ। খুমীৎ য়েংল য়েংলগা য়োংচৈনা ক্লিরি। ফৈগল অসিদা কোইলাগুম্বনী মৈতান অরাবা থম্মী, কুইনা থম্মী। পুং কয়া খোঙদা পুল্লগা কোক-মৈ থম্মা য়ান্দুনা থম্মী, ক্লি থোংত্রবা

নঙ্গল, থবাক, পুক্তা য়াইরীগুম্বা চৈনা কল্লি, মশীং ককপা নত্তে। নাত্তোন অসিদা ঈশিং হৈবনি। ঈশিংদা কোক অসি নমশীন নমশীন্নুনা থম্মী। খোঙমী থূৎকী থূৎশাম্মী থূজীন্দা য়েত্তুম অশাংবা য়ৈশিল্লি। থূজীন অনীদি হিংনা ফকশ্রে। লোইনমক শেন্তুৎলবা য়ারি। (খজিক নোকখি) অসি নন্তবা মচা মচাদি তন্মুন্নুনা কৈদৌননি।

—ভানীংই।

— উপ্না হিপহল্লগা নঙ্গন্দা লেল্লগা থুমগা মোরোক্সুন্বগা থীৎলগা হৈবস্থ য়াওই; ইলেক্ট্রিক্কী চৈনা ফুবস্থ হৌরকপদা য়াওখি। থূৎ লৈথেকপা, খোঙ মুকপা, মীত্তা থুম হৈজিনবা—মচা-মচাদি মচা মচানি। অতৈদি লৈন্ত্রি। অকোনবদা মখোয়না তৌগে হায়না তৌরবদা মতুপ-মতুপ মচেৎ-মচেৎ ককপা নন্তগনা হিংনা উনশা অসি খোকপা অসি মঙায়রে। মতুনি ঐনা ভাইরিবসি। মতাংতুদনি হায়গুম থাক-না থাক-না নোক্তুনা 'নীংতম্বা' লাউরমগদৌরিবসে। মতুদা ইচেগী য়ারী লোইশিনগে। মসিনি। কদায় ঈশিংতুদি খিত্তুং থকখিগে।

ঈশিং হৈরগা পীরুই। য়াম্নমক হাউনা থকখি। য়াম্না থকউ হায়বদি য়াখিদে। অরেম্বা নন্তগা লেমহৌবা থরতু লৈঙোয়গী লৈমায়দা হৈদোক হৈদোক্না হায়রকখি—

—মসি য়েনা ওৎলবদা ঐঙোন্দগী মখোয়না ভাবা কংগ্রিবসি 'নীং-তম্বা' অসিদনি। ইম্মিং ফাওবা থঙখিদ্রি। পাখং নন্তসু থঙলোই। উন্নিকা ঐ অসি নন্তুনা করিস্থ থঙবা ঙম্মোই।

—অতুগা ইচে, অরোইবা ওইনা থঙনীংবা অমদি—ইচেদি মুপীনি, নহাস্থ ওইরি। হকচাংস্থ মুমীৎ থরনিগী মমাঙদদি ফরমগনি, চুং-ফীরান চাবী অমস্থ ওইরি। হৌজিকস্থ য়েংবা য়ারি। মসিগী

মতাংদদি খুদোংচাবা লৌখিদবরা নত্রগা মওং অসোমগী মায়কৈ-দদি ওৎখিদবরা ?

—পাথং মতুদি হংত্রবস্থ য়ারবদি তাক্রবস্থ য়ারে থল্লি। ঐবু ফারকপা হুমীৎ অতুদগী ওসি ফাওবা লেপ্পা নত্তে। চেৎনা লেঙ-ওৎপা য়াদবমথৈ পুল্লিবসি মতাং অতুগীতনি। ঐবু ফাবা হুমীত্তা তুম্নবা নত্রগা রাম্বনবা হিদাক কাপথিবতুগী মরম কোম্নলা খঙলক-পনি। হৌজিকস্থ অতোপ্পা ফজবা কা অমদা লোংনা য়াম্না চেৎনা হেক হেক পুল্লি ; মীৎস্থ চেৎনা চেৎনা পুনশিল্লি। রাম্ব-রাম্ব-ত্রিবা ফাওবা ওৎপগী হীরম অমা ওইনা থম্বগী মওংনি। নমতুনা ঈরুজথোকহন্দুনা হুত্তিগী পুল্লি। ঐগী হুকচাং মথোয়গী দিম্বরগী শোয়বা লৈত্রবা মথেল অমনি। ঐনা শতুম ফকপমথৈ চীকথৎ-থিবা মথোয় য়াম্নম্মনি। হৌজিক্তি য়াদা ফীবুল নম্মগা উপ্পা পুল্লে।

—ইচে হৌজিক করি পাম্মী ?

—পোথাবা, মতম পুম্বগী ওইনা পোথাথিবা। ইপ,াদি দোক্তরনি। হৌজিকমক পোথাথিবা য়াবা হিদাক অমা কাপ্লম্মবদি ইচেনা ঙমথৈ লৈতনা হুংঙাইগনি।

—মতুদি য়ারোই ঐথোয়দি কনবগী থবক্তনি তৌরিবা ... ।

—মতু পাপকী থবক ওইরনি। হিংসাগী চাউরবা থবক ওইরনি। লানবিবা হায়বা রাহৈ অমা থঙত্রা ?

—মতু কাম্নরোইদবা রাফম্নি। ওইরোইদোবা, ওইবা রাগদবদা থাজরুবা চুমদে। হৌজিক কপ্পি হায়নীংবা লৈ, ঐনা ঙমগদবা ?

—কৈস্থ লৈত্তে। অমত্তংদি লৈগনি ; নীংতম্বা। নীংতম্বা পাম্ব-শিংদা 'নীংতম্বা' নত্তনা অতৈ হায়দোক্তনবা থরা হায়রিমু।

—কনাদা ?

—ঐ নত্তবা অতৈদা, পুম্নমক্তা।

মেজর ভস্রা লাক্কুনা ঐবু লৌরে। লম্বেন্দা নুপী অসিনা করি করি হায় করি করি খঙবা ঙম্লে হায়না হংই। খুম্মুই—

—'নীংতম্বা' নত্তনা অতৈ খঙবা ঙমদে সরু।

—করি করিনো মানা মখুৎ-মশা হাইদুনা হুমদুনা হায়খিবা ময়ামদো?

—ঐনা খঙবা ঐখোয়না খঙবা ঙাক্কুনি।

—করিনো হায়বা অদুবো?

—মঙোন্দা ওৎপগী মওং অদুগা 'নীংতম্বা'; লোইরে।

—ফরে হয়েং অয়ুক চংখ্রো।

—হৌজিকমক্তি য়ারোইদ্রা?

খোঙথাং মান্নবা চংমিন্নরিবা মেজরনা লৈশিল্লকুনা শংত্রিক য়েংলকই। ঐনা লাপ্না য়েংলুই। ঈপাক্কা নোংদোনগা শন্নরিবা লৈই অদু উরকই।

ইম্ফাল, ১৯৯৮

# থাখিদ্রিবা চিঠী

অতোপ্পগী চিঠী পাফম থোক্তুনা পাবসি পাপনি—হুমদ্রামরী মথায় থাবু থারবসু থারু থাদ্রবসু। থাজবগী নাক-য়েঙ্গু চাউরকপনিদা, লাইরিক লাইশুনা মরৈনা অমদি তম্মকপা পারকপা বিজ্ঞানগী মপুম্মা নমথরা পাক হেক য়াদদুনা ফনা কুইনা মঙানি-তরানি পারুদে। হায়রগী মেজ মথক অদুদা অদুম্মক থম্মী; কনাগুম্বা মপুনা থিরকপসু য়াই। ফনা কুইরে। হোটেলগী মেনেজর অদুদা হংসিরা তাকসিরা হায়নসু খল্লুই। নোংমন্না কাউই, নোংমনা মা থবক য়াম্না চিল্লম্মী, নোংমনা ঐ হৈনিংদে—তৌবনা

ফনা কুইরে। অশাংবা লেফাফানি। ফনা থানা লুম-লুম লাউই। ফংগদবগী মিংসু থাদে, থাৱীবগী মিংসু থাদে। মতোন কাচিন অমদা সোইগুম্বা মচা অমত্তুং খোংপোইনা তৌবা মওং উই। হুমিত্তুমা পায়হনা য়েংলগা ওইরম্বা য়াবা, ওইরকপা য়াবা মাঙগী তুংগী অমদি অতৈ মথং মথং ফনা শাংনা চিংননা থম্ফরুরে। কাসিদা ঐগী মাঙদা লৈরম্বা কনাগুম্বা অমনা চিংথরম্রা? থমগে হায়দনা থম্মীবরা? হেক হাংদোকপগী অদুদা পোকথায়......

হুমিং অদু কুমদম্বা নোংহৌ হৌরকপা হুমিং ওইনা তৌই। য়ুমদগী চিঠী লাকত্রা হায়নসু ঙাইরকপা নিনি হুম্নি হুরে লাক্কে। অঙাং অহুমদু মথং মথং নীংশিংলকথি। মমাসু মথল মথাগী ওইবা শাওং-শাথেক্তা ঙাইহাক নীংশিংলুই।

... নহাক্তি খঙদে পাবুঙ (মচানুপা অহল অদুনা কৌবা তম্বদগী মাসু পাবুঙ অদুম কৌত্রবনি) ঐদি নোংমদা চিঠী অনী অনী ...

হৌজিক্তা কৈদৌরবা। মহাগী হুপী মাই ..। চীন-খাদুম ফৈরেং ফৈরেং লাকই! ঐনা ইত্রবসু মাদি ইরকপা য়াদ্রে। খঙনি মা হুয়েং হেক য়োবগা মশাদু —। অয়ুক চুপ্পা ফমজীনবনে, নুংথিল চুপ্পমা তুম-শিনবনে—নোংথীনগা নোংমংবনে নত্ত-নত্তবা মওং মওং সুম থল্লম্বদগী চা পুরকপা অঙাং অদুদা মেজ মথক্তগী লেফাফাদু পীরম্মু হায়দনা লালহল্লম্মী। তোগে মত্তাগুম মাগী মমাঙদা শেগায়ফম মচীন মৈদা থান্দুনা হাইরপ য়েংলম্মগা খুজীন্না শিক শিক্তুনা শেগায়রুই। পেরেক পেরেক ফাকই; শন্দোক্তুনা তিংনা থম্মগা চা পায়থংলি, হাইরপ য়েংনীংনা য়েংথরুই—

"চাম্বী, —"

হাই! চাম্বী। ইমাই! মীগী থমোয়গী মপাউ ওইরমতারে। তৌহৈরিত্র তৌরিসিবো! ঐবু পাপ ...। জৈ। পাপ পুরগা পুথোকসু ঙাইদহৈ। ঐগীসু থমোয় অমা য়াওরিবু, করি দোষ লৈবনোদা!—

"চান্নবী,

নঙ লুহোংবগী পাউ তাবদা ঐ নোংমদোন খূৎনা লাম্বা ফংবমুক মুংঙাই। অদুবু ঐ লাকপদি ঙমহৌদ্রে; নঙনা খঙভিবদুনি ঐনা হোঙবা থা তরা হাল্লবনিনা হান্না হোস্পিতান্দা কুল্লেদনা। মুপা অমা পোকএ। চাউমনবনা পোকপদা বেন্না খন্না থাংখি। ঐ মুমিৎ ৭/৮ নি হৌগৎপদি হায়রুম্নু য়া-ওনবদা মী অনী অনী চঙই। ঙসিদং হৌগৎপা য়াদনা চিঠী ইরিবসিনি। ঐগী চিঠী অসি ফংবা কান্দা নঙদি খম থেংনা অনৌবী ওইদুনা লৈরক্লমনি।

"কমদৌই হিংচাবী, লুহোংবা? অহানবা অহিং অদু কমদৌই? ঐনা হায়দ্রা ... । নঙনা ঙাওব্রা ঐনা ঙাওব্রা হায়বদু খঙলরিনিনা অদু-ঙৈদা নঙনা ঐঙোন্দা হংখিবা রাহং ময়ামদু ঐনা অমুক হংলরবা ঙারিদে। ঐ নোংমা লাকখিনি নহোয়দা।

"নঙগী হবী মমিংদি তারে; মশক্তি খঙদ্রি। নঙনা নশানা য়ানা হোঙলবনিনা মহাক অদু শোয়দনমক ফরমগনি হায়না খল্লি। ঐদি পাও হেক তাবদা নঙগী হরে অদুগা ওইরবোই নীংলুরে, ফনা মুংঙাইরুরবনি। অদুবু বার্তোন উবদদি ...... !

"ঐখোয় তিন্নরকপগী মনুংদা ইবানি মঙায়রে মুংশিনবগা থুংনদ্রিবা; ইবানিগী লাইবক্লা ওইবা তাই। অদুবু হৌজিক্তি ইচা অসিমগা মশক উন্নকপসিদদি কনাগী নঙগী বাইওলোজী-কেমেস্ত্রীগী রা চঙখিদ্রে। হৌ-জিকপু মুতিগী অয়ুক্ত'মুক মুমিদাং অমুক ইনেম্বোকী লাইলাংফম কাহদা চঙদুনা ধুপ কৎলেদনা, হিংচাবী। ঐ, লাইমাঙদা খূৎকা লোম্নরগা বোরকা য়াম নির' জাৎনি। লাইখুরুম্বগী মন্ত্রসু মন্নী-মঙা ফারবনি। মানা হেক তম্বীবনা। মাদি, নঙ' খঙভিদুঙাই লাইকা য়াম' থাজবা মীতানি মা-না কলাকারনিনা হা'বা; হা?

"করি হায়নি মরুপ য়াইফরি, মুংঙাইরি, হিংলি হায়বা তাই। মশানা ভাবনি। ইনেম-ইকুনা মচাদা মচাদোনা লুনা তৌই; মহাক হায়রা

মবুক-মপাউ য়াম্না তম্মী ; ঈংই। মাগী হায়'বু মমীৎ খিত্তংদি চোইগুম তৌই। (মা-না কলাকারনিনা হায়বা) অদুবু হৌজিক ফাওবদি করিম্নু কায়দে। ইচা মুপা অমগা ফংলে—। চাবা-থকপা, শেৎপা-চাবা নীং থুংদবা থোইনা লৈতে, 'সি মণ্ডায়না ঐ নণ্ডনা হিংববো ; য়াইফবা হায়বদু মসি মণ্ডাই !

"অদুবু হিংচাবী। নণ্ডোন্দদি হায়বদা কায়দে, মচা শিবগা মচা শিবগা মরা শিবগা মরা শিবগা, নঙ ঐ হীরম অসিদদি থোণ্ডবুরিকো ; থাবল ফরবা মুমিদাং কয়াদা থাপ্লপ্পা লৈবা লৈকোল লমহাং উরগা খণ্ডহৌ-দনা পি তাখি মরুপ। নহান নোংমা মুমিদাংরাই অমা নোং খয়া চুখি। হোস্পিতালগী থোণ্ডনাওদা য়েংথোকখিবদা লাপ্লপ্পা ডুকান-দারী মতেক অমদা লৈশাবী অমথক্কা পাখং অমথক্কা নোং থুপমিন্নবা উরুই। মুমিত্তু পুক য়েকপা হৌবগুম তৌই। হরাওগুমস্নু তৌই, কিগুমস্নু তৌই, ইকাই-গুমস্নু তৌই মরাং মরাংখি পুক্কিং অসি। মরাং মরাং মরক অদুদা নোং থুম্লিবা অনীদু উরুরগা ঐগা মাগা নোং থুপমিন্নখিবা মতাং কয়া নীংশিং-লকখি। চোৎমিন্নখিবা নোংজুগী মুমিদাংরাই কয়া ঈথক হৌরকখিদো মরুপ। কয়া কুইনা ঈবোয়নরুরবনো খণ্ডদে মানা নাকন্দগী তপ্পা লোই-রোইনা কোপ্লরুগা নাপ্পা চীক্কা হায়রকই—

'—কৈদৌরে কপ্পিদি, য়াম' রারবো ?'

'—হৈমা ! খংণ্ডুরেদা !'

"ঐ খংখিবা অশেংবনি। মহাক্কা রাহুংদু অনীরক হুন্না হুংলকখি। ঐ পাক থুম্বা ওমখিদে। মথাদা তপ্পা ভাথখি। চেৎনা কোনশিল্লকপা মথুৎ অনীদু চিংশিন্দুনা ঐগী মীৎ অনীদা থম্মুই। পি তৈথোক তৈথোকপীনা হায়রকখি—

'—চুরুপ লৈরিভৈদা মরূপ লাইয়েকপা অনীথক থেংনদুনা রারী ডাক শারুরে, খিত্তং থেংদোকখ্রে। দোক্তর উম্নরুরে, হোরেল অহীংকা পোকপা য়াই হায়রকই। নর্স লারুম্মব্রা ?'

'—হৌজিক হুংখিলগীদি হাকঅমক্রি।'

'—হাই রা'মা হায়গে— ।'

"কনাসু লৈত্তবা থোঙসু চেৎনা লোয়বা কা অচুবা মাঙা চেজেং চেৎনা কোনশিন্নগা ভগা লোম্না নাপ চীকপদগী থরা অমুকা হেন্জিন্না থঅাইদা মচীনবান্না তরুগা হায়রকপচুদা ঐনা হরাও তুজুংনা হায়রই—

'—কনাবু তাদগে, অচুমাইনা হায়ব্রবসু...'

'—আই। অমা লৈরিবসিদি।'

"পুক্তা কাইদ কাইদ মাল্লরুগা হায়রকখি। ফনবু ইকায়রুরে মরুপ। হুঙৎনা মায়পুননা য়েংলুবা ঙমখিদে—মঙোন্দা লুকশিন্নগা নোকখিবা নত্তনা।

'—কৈমো রা'মাইবো?'

'—ঙসাই ওফিসতা খুবাক মরি য়েংলকপা; চপ্রাসী অমা লৈ য়েংবা হৈবা; মানা হায়বু নুপা পোকনেয়ে। ভাব ভায়বা নুপা হেক পুথোরুরুবদা নঙ ... !'

'—ঐ কৈদোবা?'

'—শিজমি।'

'—কৈগী !?'

'—পোকপা হেক নোংঙানবগা নুপা ভানখা হৌদোরিবা, মুখ য়ৌং য়োই অসিদগী।'

'—কয়াদা মমায় থাগ্রবনো। মাম্বথাবা।'

"মাসু নোকখি; ঐসু ভয়াং-তপোয়না নোকখি। খুদক্তা থোঙ থিল্লকপদা ফুক হৌগৎখি। ঙাইহাক চিনথৈ তান্নক অচুদা সুপক্লেক-নাক্লেক কোন্নগা কয়া কন্না চুপ্পন্মে। ঐ মানা চুপ্পা খুদিংদা মীৎ হেক হেক উইশিল্লি। মুমিৎ অচু রাকৎ অমগা লোইনন্না য়েংখৎলুই। আনোক য়াওদবা মাগী মমিৎ অনীচু নক্লা উরুই। অঙকপনি মরুপ! চিন্নবা তান্নক অচুদা, মীৎ অনীকো নকপা হৌনবা মথৈ নরুবা মহাক অহুগী ওইনা

উরকখিদে, তাস্বা হৌনবমথৈ তামহৌরবা মতা কোচ্চাবছুগী ওইনা উরকখি। নঙনি হায়বগী ইরবনিকো। ঐবু চৈগেরা থাগৎকেরা নঙগীনি। ঐদি অশেংবা হায়বনি। নঙস্তু ঐগুম্বীনিকো; ঐঙোন্দা মীনমগে হায়বদি খঙদে নশাদদি মীনমদনা মুন্না থল্লু, নীংশিংহুনা করিগুম্বা কান্দা য়েংউ। ইদি ইরকনু। ইবানী উনবা কান্দা অশেংবা হায়য়ু। হায়রোই হায়রবস্তু কৈস্তু হায়রোই ঐ।

"ঐনা নহানরাই নঙোন্দা হেক হেক হায়খিবহুনি—মতম পুম্নমক্তা, তূম্বা, চাবা, চৎপা কনাগী অয়ুক্কী থাফদ্রবা থবক পাঙথোক্লিঙৈদা ফাওবা মাবু মহা হিংচাবা মাবু হেক্তা নীংশিংই। মাগী মোমোন মীনোক, মাগী তচাও তচাওরবা মচীনবান, মাগী চাউদম-শাংদম্লবা শাবান, মাগী তবোপ তবোপ্লবা মথূৎ, মথূৎ অহুগী চেৎলবা থূৎপায় হেক্তা নীংশিংই। নীংশিং-বাইবু ঐনা চাক থোংবদা চেঙ হেল্লপ শূখিবনা য়াম্না চিন্না শৌরকপা প্রিক-প্রিক হায়বা খোঞ্জেল তাবদা মাগী চেৎলবা থূৎকোন নীংশিংলকই, নীং-শিংহুনা ফনা কুইনা চফু থাংথবা কাউই। ইনেম্না করেম্নহুনা হায়রক্লবা কান্দদা ভাব তারক্তুনা থাংথখ্রিবনি। মাবু কাউগে থম্না থম্না, হোৎন-হোৎননা ওম্বা কৌবতা মবৈত্তে মসি নঙস্তু খঙলম্বা য়ারে। অতৈদা হায়রকনু।

"কান্নদে শাংখিনবনি; মহাকপু মহা পাপী মহাকপু ঐনা কদায় ফাওবা নীংশিংবা ঐদনা খঙই, ঐদনা মাঙই, ঐদনা তোংই। রা অমা তমগে নাকোং অনী শুবা য়াদেকো; ঐদি শাপ তৌদৌনি। হেক তম-থোকপদা নঙ—ঐনা নঙগী মরূপ অশেংবা মক্তা ওইরবদি নমীত্তা... খঙদে, নঙ ফাওবা ননাকোং অমত্তদা তারগা অমরোমদা চৎহনখিদৌনিকো। ভাব তাবরা? নশা নহানিকো—

"অহানবা অহীংসি হায়নৈদো। হায়নৈদনা? নঙস্তু খঙলরিনি। কয়দৌই? ঐনা হায়দ্রা হিংচাবী।

"হুমিৎ অদো নীংশিংবদা ঙসিস্তু স্বাই স্বাই হেক লাউরি নীংশিংবতদা মীয়োনগদৌবোই নীংই। চরাঙনবা ভাঞ্জা তপ্পা তপ্পা কালেন লোইখিবগুম

খঙহৌদনা লোইখ্রে। ইমুংগী মীয়াম চাক চামিন্নরে। চাক চাদ্রিবৈঙ অমদি চারিবৈঙদা মী মশক মথং মথং তাকখি ... সিনা ননম্মনি ; পটনাদা লৈ, হুয়েং চৎপ্রনি ; 'সিনা ননম্মা ইতোন তোনবী, বোম্বেদা লৈ কোলেজগী ওজা ...। ঐস্ু চা-না চা-না তারি ; য়েংনা য়েংনা চারি। অদুবু ঐনা য়েংনীংবা খঙনীংবা মহাক অদুদি শুক্তাক তাক্লক্তে লৈতবনা ওইবা তাই। ঙসাই লৈ হুকপদা হাইরপ উখিবগুম তৌই। অদুবু মুন্না উহৌদে ; খঙবা য়ানা য়েংহৌদে। চাফম কাহুদা মা লৈতবা অশেংবা ওইবনা ঐনা উবা ফংদবনি। মাবু য়েংনীংনা নীংশিংলুবা কান্দুদা মহা পাপী হিংচাবহু অমুক নীংশিংলকই ... মমায় ইচোন চোন, মোমোন তৌহুনতা লৈবা মচীনবান, নোকপা খুদিংদা মমীৎ অনীহুস্থ য়াওরোই মতাগুম য়াওবা, লেঙ-লেঙ চৎলবা মশমহু কাংমুক নান্না হাৎপা, মচীনবান মথক্কী শমক্রু ...।

'—ইনম্মা চৎখ্রো হৌগৎলো ঐখোয় তৌহৌরগে।'

'—হা। ... করি হায়বা ... কনা ?'

'—চৎলো হৌগৎলো হৌগৎলো থেঙঙে, ঐখোয় লোইশিলহৌরগে।'

"ইচনমুপী অতোম্বীহুনা মোমোন মোমোন তোরগা তপ্পপ্পা ভাঙসকপদা ঐ ভাব তারকখি। চাগে হুক্কে হায়বগী মহুত্তা খুদোম্বীগা খুৎয়ায়গনা পুখম অহুদা, ময়ায়দা, কয়া কুইনা তক্কুনা লৈরুরবনো খঙদে। পুম্নমক ঐঙোন্দা হুরান হুরান য়েংলি হায়বা ঐ খঙই। ইশাস্থ শাওবীং-শাওবীং লাউরি, মরক অহুদা নীংশিংলকখি। অঙকপা নত্রা ? অদুবু থোইনা ঙকলুমু।

"মুমিত্তু ফনা থেংলে। শকখঙনদ্রিবা কা অহুদা ফনা কুইনা ইথন্তা লৈখি। মেজ মথক্তা থিল্লিবা ফোটো অহুদা থমোয়গী অনৌ অনৌবা ঈহৌগা লোয়ননা য়েংখি ; খঙনীংবগীতা নত্তনা থিজিল্লুবগী মীৎয়েংনা য়েংখি ; য়েংনা য়েংনা ইথন হেক খল্লুদনা ঐগী পুক্কিংনা মুংদা ... অনোক উপ্পা মাগীনা উপ্তবা ... মনাতোন্দি শাংলপ তুম্নপ মাম্লে ... মকোয় অসিদি তঙ্গরেদা মাগীনা শ্রিৎ নানবনি ; খাকনু হায়সিরা ... মমীৎ অসিদি

চুংশিনরগে লোকপদা য়াওখিদ্রা য়াওরিরোইদ্রা মচীনবান অসিদি রা ইভাও ভাভলমদো য়ান্দে য়াদি ভাওপ্রবনি হেক উনবদা মানা থোকপা পঙভাংদা ভাভমখিদো ... ও! ভারয়োইদো ... লৈকোন্দা অমুক ফম্মিন্নবা ফংল-য়োই ... হৌখিবা কোজেলগী ফ্রেসরস মীটত্তা ফম্মিন্নখিবা অতুনা লোই-য়রগে।

"মপান্দা খোঙথাং মখোল লোইরোইনা নকশিল্লকপা তাবদা ঐ মীৎ খঙশিং শিংগুম তৌখি পি শৎ ত্তৈথোক্লগা কুক হৌগৎখি; খোঙলোমদা হায়রপ য়েংলুই; নিংদোল চোংবা মিৎকুপ থুদিংগী হেনগৎলকখি। ভাই-হাক্তং অতুদা তৌকম খঙখিদে—লেপকদ্রা ফমসিরা হিপ্পগা তুমশিন্নসিরা, কাসিদগী থোকখ্রলিরা ...। খোঙথাং অসুম অসুম নকশিল্লকই; লেপখি; খোঙ তপ্পা হাংদোরকখি; থিংজিল্লগা পুনা পানশিনখি। ঐ স্বায়। তপ্প-তপ্পা, য়াম্মা তপ্পা ইনাক্তা চঙশিল্লকখি। নিংথম লোইশিল্লকপগী ঈংদ-শাদ মতমতুদা ঐ হুমাং খজিক ক্ষাংখি। লেপ্তুনা চঙশিল্লকপনা মাঙদা লেপ্লরে। মথূৎ মাম্মনা ঐগী থূৎ অনী তপ্লি তপ্লি নাল্লগা 'অয়েকপা কোটো নত্রবস্থু মশা লাক্কচরে কৈদোগে' হায়রগা মাগী, ঐনা ভার ভাদরা মরক্তা পায়রম্মিবা কোটো অতু তপ্পা লৌখি; হান্নগী মফমদা তপ্পা থম্মখি। মভাং-তুদা ঐনা হেক ইকায়ববু, ইকায়ববু; লৈক্রক থিসিন্না হায়বতু য়োই। থিকবা নংহোদে মানা লোইরোই কোনশিন্দুনা ফাখিরনা হানখি। রা অতৈগী রাহৌ থোইনা পীরমদনা ঐনা লেপ্লিবা ফিবম অতুদা পুল্লপ শুপক্কোন কোনশিল্লকখি, হায়রম লাকঅমদে, শেম-শাবকা নংহোদে চীনবান থক-শাদ্দা মচীনবান ... মহোয় হুপা হায়জাংশিদি চপ মাম্নজাং ওইরে—খল্লকখি।

'—চাক চারবা?'

'—উম!'

'—ময়াম লোইনা চানপ্রবা?'

'—উম!'

'—চাক-য়েনশাং হৈনব্রা কমদোই?'

'—উম!'

"মফী হোংদোক হোংদোক্না করি করিনো হংখি ঙাওলকখি ; ঐনা উমদগী হেন্দে ; মনাক্তা লেপলি অতুম।

'—নফী হোংদোকওদনা।'

"ঐ খুমখিদে। মঙোন্দা হাইরপ্তমক য়েংবা ঙমখি। লিংশিনখিবা পূময়াং কুদাম পান্ন-পান্ন। ঐঙোন্দা পৈরপ য়েংলকখি। মীৎচানবা ঙমখিদে, নোকফেৎ তৌই ... নোকপদি য়েংবা নুংঙাই ... মমীত্তি য়াওদমাল্লে ... মাগীদি মমীৎ অনীতু ...।

'—হোংদোক্লরোইদ্রে৷ ?'

'—কৈগীনো ?'

'—তূম্বদা নফী অতনবতু লোইরনি হায়বগী রানি। তূম্মরোই অতুম লেপ লৈরগে হায়রবদি খঙদ্রে। হা ?'

'—'সুম লৈরগে। তূম্মীরো।'

'—ফজ্জে। ফনি তূমজরগে।'

"তূমজখিদে। মোমোন অমগা মাঙওইনরহনা চঙশিল্লকখি। থাংবোই পম্বোই ঈনবোই তপ্না ফমুংদা পুশিল্লে। ঐসু ফমখি। নিংদোল চোংবা হান্নদগী থংহেন হেনগৎলকখি। ফম্ফাত্রি কোক্তী মায়থুম তপ্না তপ্না হাইদোকপীরকখি ; তনীকপা খোঞ্জেলনা হায়খি ঐনা—

'—ঙসি রা অমত্তা হায়গে।'

'—অমত্তা নত্তে য়াম্না হায়য়ু। কোন্না হায়য়ু। অহীং অসিমা রারী শাগদোবনি। মৈ অসুম থানগে—?'

'—খঙদে।'

"ঐনা খুম্মুরিবতু করিনো ঐসু খঙদে ; হৌজিক ফাওবা খঙদ্রি। (খঙদবনসু ফরে।) ঐ বুদ্ধি-লৌশিং পুম্নাঙ মাঙখি। নাক-য়েৎ ভাব অমত্তা তাখিদে। ঐনা ভাব তারকপদা ঐ ঐগী নৎলমত্রে হায়বসিদং খঙলকই। অতুবু মরূপ মঙ্গ্রামচুগী নম্বর য়াওদ্রবা বত্বকী মঙাল অতুদা নক্লিঙা মাগী মায়থোঙ অদো ঙসিগী মহাক নত্তবা অতোপ্পা মহাক অমা

ওইনা উরকখি। মীৎ উইশিন্দুনা ময়ায় কারবা চৈনাগী চিল্লবা মরক অদুদা মাবু নীংশিংলকখি, উইশিল্লবা মীৎ অনীসিদা মাবু ঙাইহাক লৈতনা উরকখি। ঐনা অমুক ভাব তারকপদা খঙহৌদনা ঐস্তু চরাম্নরবী নোংশা অমোম ওইরম্মে। ব্রারী থোইনা শাখিদে। তূমস্তু তূমখিদে। ব্রারী হায়ববু উচেক মচা খোংলকপগী অদুদা, নরুঞ্ববা অদুদা অমুক্তস্তু চেৎনা চিংশিল্লগা নাপ্পা চীক্লা হায়রকখি—

'—করিনো নঙনা ব্রা অমা হায়গে হায়দো?'

"ঐ ব্রা হায়খিদরে। ইকায়না নোক্তমক মনোক্লে। পুক্লিংদদি খল্লি মীনা হায়দ্রিঙৈদা য়াদবনা হানথৈ হানগ্রগা, স্নুকহায় হায়রোই। স্নুকহায়দা হায়জররোই।

"—কাম্নদে মরূপ লোইশিল্লগে। মসি মী অতৈ পাহনবা য়াদে; পাবা হেক লোইবগা মৈ থাদোক্তদবনি। নখুত্তা পীয়ু হায়দুনা শিন্নখিবনি। ডাকঘরদস্তু থানীংদ্রে। মঙ্গল ওইয়ু। নৌরিঙৈনি ময়ায় কানা লেনবা ঈশ্বরনা পীনবিসন্নু। ফরে।

মহাক্তী"

... .... .........

পাবা থোক্তবা নৈশিনবা সঙ্গীনি। ফনা কুইনা মাগী সহী অদু ঙম্ম-রোই খঙলরোই খঙনা খঙনা পানবা হোৎনরুই। কনা ওইরিগবা। কনাদা ওইরিগবা!! ঐগীদি নত্রে। মৈস্তু থাদোক্তে। হোটেলগী কা অদু থাদোকপা ম্নমিৎফাওবা কনাগুম্বা কনাগুম্বীনা হংলরগব্রা হায়দুনা ঙাইখি— কাসিদা লেফাফা অম'কা ... ।

কন্যাকুমারী, ১৯৮৬

# লিল লায়েং ঃ হুই লায়েং

তোম্বোই য়ামাওহ্ মন্ত্রী কাংখিনগী খুঙ্গংগী য়ুমদা রানোম্বা চওবদা, মনীংগী রাপল্লোমদা লিংশিল্লগা চওওবদা লিল অশাংবা অমনা কক্ চীক-খ্রমাখ্রে। (তোম্বোইরেম্বা কৌবনি; পাখঙ ওইরিভৈদা য়ামাওগী রা খরা কা হেন্না বেরা লৈবদগী মমান্নবনা য়ামাও তোম্বোই হায়না কৌনবনি। রা হাপ্লবা মতাং ফাওবদা তোম্বোই য়ামাও হায়না খঙনখিবা ওইনা জৌবনি।) য়ামাওনা লাউরগা লিন-লিন-লিন হায়দনা চেনশিল্লকপসি থোঙ্গান্দা লৈ-রিবা গার্ডকী মীংইশিংদু লাংখাংদা ফন-ফন চোংথনরগা পাকথনবসি অমদি নোংমৈ তাহোদনা থংনবা অমগী মুনবা লাক্লকই। অমদি মমীৎ-মনা য়ুংখতুনা চেল্লিবা য়ামাওগী তুংদা পাখৎনা খোংহুনা চেনশিল্লক্লিবা হুইজাও অতুদা শংত্রিক য়েংলগা নাকন্দগী হেন্দগ্রিনেট অদু ফকপা লাক্লবা উই। খোনফম অদু তাবদা অরোনবা কাদা তালোয় অতোনবীগা কোফী থক্লুনা রা তান্নরম্মিবা মন্ত্রী কাংখিনদু তালোয় কাল্লগা নোংমৈ মচা শতুনা চেম্বো-রকই। লাউনা হংলুই—

—হাই য়ামাও! নও কৈদোরে—?

- চীকখ্রে চীকখ্রে—! ভাঈ লাকখ্রে।

হা! হায়দনা পাখৎলম্মগা মন্ত্রীনা 'মসি নহানসু ইনেম্বোক্কী অসিহুদা চীক্কে তান্নেনে!' হায়দনা শোল্লম্মগা নোংমৈ মচাদু শেং-শেং অনীরক কাপ্পি। মখুৎ চুমদ-লাক্লবা নত্তে শ্রীকাংখিন্না কাপ্লদু অমনা চীংহী চফুদা পাল্লি অমদি রাপল্লোমদা রাতোন তমখি। ইবেম্মা তালোয়না মখুৎ ফারম-দ্রবদি তোম্বোই খুদক্তা পোষ্ট মোর্টেমগী পুখিরম্বা য়াই। মুকশন হুইজাও অদুদি তোম্বোই তানশিল্লম্মগা থোঙ্গাল্লোমদা ভাহৌ-ভাহৌ অদুম থোকখ্রে। চেনশিল্লকপা তোম্বোইনা পাখৎনা খোঙগী খুজেং উংলি। ঈ খরা থোক-লম্মী। কাংখিন্না 'ইমাই শোয়দ্রে!' হায়রম্মগা ইমুংদা পুশিল্লগা হিপহল্লি।

মশেন্দা তেৱাপাইবীৱা পাংখোক্লাৱা খৱা হেকলুনবা হায়ৱম্মগা তালোয়হ্ খুজেং পায়ত্না পুথোরক্লগা মাজোন্দা রা তাম্নে—

—সুমদৌসি মুকাক্লে, দোক্তর হেনলেটতো কৌহল্লুরসি।

—হাই দোক্তর কান্দে! মৈথোম মাইবা, এ হূইগীদি মৈথোমনা লোইরে। হোরেল মুংদাংরাই পুংফ ফরনি।

—হ! মাইবসি তৌনদ্রে। এন্তি রেবিস ৩০ রক্তং কাপ্পদা হেক্তা শিরদৌনি।

—এ! হূই হাৎপদি কদায় য়াদগে! ঐদি য়ারোই ঐদি ইচানি খঞ্জরিববো!

—হৈ নঙগী হূই মহা পাপী অসি নত্তেনে!

—হ! হূইদা পাপী হায়বিম্নু মত্থু য়ারোই। নহান নোংমস্নু নঙগী অহল মহা গুলথী অহ্না হূইবঙ হায়য়েয়ে! মত্থুগী য়ুত্না লৈরিবনি। অত্থুম্না হায়বা ঐদি য়াদে হায়জৌ হান্নবা রারকচৌ! ঐগা থেং-নরবদি মা মশমত্থু—কৈনা কৎলমদাইগী শমকক্ কক্চনি!

মন্নুংদগী য়ামাঙনা ঈ থোকফমদা হিদাক মহী খৱা তৈরুবগী নাহে-রকপদা কাংখিনগা তালোয়গা মীকপ থোকমিন্নে। হান্নগী হীরমদা লৈশিল্লক্কুনা নৈনৈ। ফনা কুইনা য়েৎনৈ। মমৈদা তালোয়না মায় পাকই। মন্ত্রীনা গার্ডকী মীওই অহুম গাড়ীদা মৈথোম পুরক্লবা থাখি। গাড়ীগী সিফাইগা থোজান্দা উবদগী মৈথোম মাইবা লোৎগ্রে। মন্নাশিং অমনা মশা লৈতে লংফৈ চৎখি মাগা চপ মান্ননা হৈবা মকবুল খান হায়বা অমা লৈবনি হায়দনা লৈফমচিংবা তাক্লে। পুং ৫/৬ লৈরগা মন্ত্রীদা পাউ হক্ষোক্লরে। থেঙলকপগী চৈরগা মাইবা খান লোরুনবা থাগ্রে। মুনিফোম হোংদোক্লগা চঙত্না খানগী মুপী অহল থোইবী বেগমদা হংলুই—

—ইভৈম্না রা অমত্তা—?

—ফরিনিনা?

—মাইবা মকবুলগী য়ুমসিবু—?

—সিনি। করদৌবা ?

—হুইনা চীকপগী অনাবা অমত্তা য়েংবিয়ু হায়দনা।

—অঙাওবরা ঙাওদবরা করিহুবো ?

—ঙাওদে—ঙাওবা মান্দে রাপল্লোমদগী চুম্না অহুম চঙলকপা জাংনি। মানা লাউরকপহুদা—।

—হৈ হুইহুবু হায়বনি অঙাওবৌ ?

—ও হুইদো ! হুইহুদি ঙাওদমান্নে ঙাওই হায়বদি ত্তাদে মপুহুবুদি মওং অমা তৌইমা।

—মপুহুনা চীকপরাইমী ?

—মপুনা মী চীকপা হৌনরবনে। কদাই'দৈ নঙগী মকবুল পুথোরকউ।

—পুথোকপা ঙম্মরোইনে পাথংশা।

—করি ঙমদনি ঐথোয় কনানো খঙব্রা ?

—খঙদনা কান্নরোইনে নহাশা নয়াম্বহুদি হাকুম হুইনা চীকহুনা শিগ্রেনে।

—অস ! অঙাওবা ওইরমত্তারে। চীক্লবা তুংদা কয়া কুইনা দৈরম্মী ?

—চহী তরাক।

—হাই। অঙাওবীসিগা !

কাঙবুহু শাউনা হল্লকই। শাউনা পাউ তন্নৈ। মন্ত্রী হেন্না শাউরকথি। চাবমক্তি পন্দে অহুগা থকপগী য়ৌনদি পন্দুনা চৈরম্নগা মশা চহুনা দোক্তর হেমলেট কৌবা চংলে। দোক্তরহু ঙরাং হুইনা চীকই হায়দনা হিদাক কাপ্পা চংখি হায়দনা দৈরমদরে। মাগী ক্লিনিক্তা থবক তৌবা কালা কম্পাউন্দরগা মুন্না তান্নরগা 'জিরো' দগী কাপ্পা হৌরসি হায়দনা লাক্লে। হিদাক মমল তাবদা মহুৎ শিনবা য়াবা অঁতে খরা হংলুই। হিদাক কাপ্লোই হায়রগা দিল্লীদরা আমেরিকাদদা পুরো হায়রকপদগী কাপ্পগা য়েংখিগে হায়রনা পুরক্লে। তুম্মুরবা তোম্বোইনা হিদাক কাপপ্রবা মতুংদা হায়রকপনি —

—নত্তেনে দোক্তর লিলনা চীকপসিবু লিল অদু হাতোক্‌না চাথোক-লবদি কৈ হায়নবদাইনে চুমব্রো ?

—নত্তে চীকইবু হূইনরো লিলনরো ?

—লিল মাল্লিনে য়াম্না শাংনা উথি।

—হূই নত্তবা ?

—হূইদি স্নুকনং নত্তে। মন্ত্রীগী হূইদি ঐগদি প্রাণনি; স্নুকচীক হেক চীক্লোই।

—অস !

"অস। হূই নত্রবা। লিল ! লিলগী ওইরবদি চেল্লু পাউনমগী অহন্দো ! মাগী হিদাক্তু চারগা মুমীৎ ৩৩ নি, চরোল ৩৩, হাপ্তা ৩৩, থা ৩৩, চহী ৩৩ চাং নাইনা শাজেন হেক তৌবদা লিন্দু হায়রুম্ব আনন্তগী মবুধৌনা শায়গায়রুরবা মীহুফাওবা মোংফমদগী ফুক হৌগত্তুনা তীক-তীক লাউনা চৎলিবনি; ঙাল্লিসিনা সাথী।"—মচানুপীগী মচাগী থবক মচা অমত্তুং নোম্নবা লাকপা থুরাঙাং ধোজোনা হায়রকপা রানি। মুকাক্লেগী অয়াবা হেক ফংবগা মন্ত্রী কাংখিল্লা মী হেক্তা থাবনি। থুরাঙাংদু মখোঙ নামা মহামদা তেক্লমদনা চৎপা ঙম্নমদরে। হৌবদগী চেল্লিবমথৈ য়াওরকপা স্নুবেদার তোমৈনা উঝা ধোজোগী সেবোকহনদা নারোন্দা হংলুবদি—

—সেবোকহনবু উঝাহনসিবু লিন্না চীকখিবদগীরা ?

—এ কদায়দগীনোদা দারুগা মাস্তোরা ! লিলগী মাইবদবু কদাইদৈ লিম্না চীকপাইয়ে ! উঝা ইবুংঙোগী নামদং তাবদা তাংজ নিংথৌ ফাওবা লম চায়রিবনি। উঝাগী নামনা চীকপদা লিল মথৈ কামথত্তুনা গত্ত ওইনরিববো !

—ও ! খঙজরুদবা ! অদুদি— ? হূইনকা চীকখিবা— ?

—উঝাগী খোঙ অসিদি মুপীমচা অমা লায়েংবদা চুম্ন স্নুম ওন্নদনা মমা লুপ্রাবীদুদা হিদাক-লাংথক থাগে তৌরুব্র কৈনো; লৈকাই ময়াম্না

ককপদা উঝানা লিলগী মন্ত্রনা তুপহন্নবা—অহুদগী। অমুক শৌ-গৎলক্লবা সাধোন তৌবিরি।

মাগী উঝানা হায়বদগী সেবোকহন্দু উরু-রাক্লগী হিদাক খাউজাউ অমা পুরগা লাকই। হেক য়োরকপগা অশোকপা মফম য়েং-লাক্তে, মফম খজিক্তুং হংলম্মগা মফম, মতম, লিলগী মশক-মওং, অশাংবা, মচু কুপথনা হংতুনা লৈ। তোম্বোইস্নু মানা হেক খঙবা মথৈ খুম্মী। সেবোকহন মাইবনা লিলগী য়ামাওগী মরমদা হংলকপা অহুদদি মচিং কাংলক্তুনা লিলগী য়ুম্লাক-শাগৈ, মমিং-মথা ফাওবা তাকলুরে—"মসি ওক্তা মাইববু খুমন ময়ুমগী অশাংবা মৈতৈ লুরাং কৌরমগদবা মাল্লে। মথংগী অমুক চীকপদদি য়াথক-য়াখাগী পয়েংদা লৈবা ময়াদু মশীং থীজহোগে।"

সেবোকহন অত্তু ফাগী য়াদবা লরুবা হৈনদবা মীতা হেক ওইরমহুনা—ফ্রঙ! ফুক হৌগতুনা মফি কল্লগা—'হন্দকমুক্তি হেক চীকপগা ইমা কৌ' নংঙম্ব শিরো!' হেক হায়রুরে। তোম্বোইস্নু ফুক হৌগৎলকই; খাক-থরকই—

— করি! নঙগম্নগী শাপ্ত চঙবিগদবা মীরা লিল অশিবা লল্লোনবা!

— লিল চুখাক, শিগৈজন! ঐনা কোম্থোং হেক য়োবদা লাল্লো।

— নঙ চৎখিবা য়ারোই হূই মমৈ! অসি—লিল মমৈ।

—লিম্না চীকথৈ চীক্লগা হূইগী হিদাক কাপ্পা! হূই অঙাওবা ওল্লো।

—হেক ওনবগা নঙোন্দা হাম্না চীক্কে! নতুহুদনা কোম্না চীক্কে ...।

সেবোকহনগা তোম্বোইগা নহানরাইদগী মুম্না খঙনরকই। সেবোক-হনগী মুপী অসিগী হাক্তক্তা য়াম্না চাউবা, ফোংদি ফোংদোক্লদবা রাথোক অমা লৈখি অয়াম্বনদি খঙনবা নত্তে।

খাম্না খাম্না খুৎ থোক্লরকপগী মতাং য়োরকপগী অহুদা কাংখিনগী মনাওনুপাহুনা লিল অশিবা অমগা তিন শেগায়বা অমগা পুরগা রাথোঙ-লোমদগী থোক্লকই। কন্না লাউরকই - হাই অপঙ অনী! ঐনা ওরাং

খাংলগা তিনশিনা কুপ্পগা থনম্বা অশাংববু চেংগোক্লম্বা নবানীগী মরক্তা করম্বনো ? হা ! তাকচহৌ হেক তাক্তবদা সরকার অসি উথাইগদৌ৹ রিবনি !

মনাও অসি মিহুল নামা হেল্লি হায়বা খঙনা খঙনা মন্ত্রী কাংখিন তাবদা লকক তৌই। থোঙাল্লোমদা থোকখিবা মনাওগী মতুংদা মুকশন হুইজাও অদু পোল্লি-পোল্লি ইন্নখি। হন্নকা য়েংলকপা নত্তে।

ইম্ফাল, ১৯৯৮

# পকৌরা গিলাস

পকৌরা য়াম্না চাগল্লিবসি ঐনি—কেন্দী ; ঐগী ইপা কামিনী পকৌরা সুকচা চাদে ; ইপুবোক কালামু চানীংলগম্বু অত্থম-মরী চাথোকই চানীংত্রগনা থৈদোক্তুনা থম্মী, মহীদি শোয়দনা চায়। ইপুবোক্কী মপা ইবুধৌ—মক্র চাগল্লি অত্থবু অনী-অনী হাপহল্লগা উসোব মফমদা চারক্তে পুরকই ঐগা চামিন্নে। ইবুধৌ অসি হিংলি ; চহী ১০০ থরা হেল্লে। মশানদি ১০৭ কুম্বা শুরম্মনি হায়, কুঠী লৈতে, মানা চহী ৭ শুরকপগী অত্থুদা চৈরাওবা মুমীং-মুমীত্তা শজোনগী ফক্লাংদা মৈতান্না লৈম্মি অমমম য়ুংনা-য়ুংনা চিংলক্লি হায়। হন্দকী চৈরাওবদা থীবদা ১০০ চপ চানা শুরম্মে। শজোল অসি ঐনা খঙলকপদগী অত্থুমদি লৈরম্মে। হৌখিদা ঈশিং ঈচাও অনীদা ফক্লাং লোইনা কীহরুখিবা, অমুক নোনা থাখিবা য়াই তৈখিবা থোন্নে। মৈত্তানগী লৈম্মিশিংহু লৈরম্মদি য়াই। মদোম্মদা পুক্লীং চঙলু- নখল্লিনা থোইনা উখিদে। য়াওং ইন্দুনা কুইনা লৈকাই অমদা লৈরম্মবা

মচা ঐগী ইপুবোক কালামুনা অমুক অনীরক ম্নেংলুই হায়। ঙংখংনবগা লাম্পনরগা ভোকখি হায়নৈ মপা-মচা ভাইহাক্তা তিন্নবা য়াদে। য়ামদ্রবদা চহী ১০০, নত্রগসু মসিগী ঙকয়াদা লৈরে হায়বসিমদি হায়নৈ। ইবুধৌগী মপাছু কৈরেপ্লাও কৌই হায় মাগী মপা, ইবুধৌগী মপুবোক্তু কৈফা কৌখি হায়, মপুবোক্কী মপা মবুধৌ অহু 'কৈনো' কৌরম্বা য়াই, চহী ১০০ গী অা মথক ফাওবা পুন্সিখি হায়না হায়। মথাদি ইবুধৌশু খঙদ্রে হায়রে। ঐনা সুম খনবদা 'করি' কা কৌরমগদবা মাল্লি। 'করিগী' গী মপাছু কম্নোং কৌরগা মপাদুনা ক সনা পাখংবা. মাখংবা চাখংবা, তুখংবা মথং মথং কৌনরমগদবা মাল্লি। নত্রগদি ঐখোয়বু 'ক ময়ুম' হায়না কৌনরিবসি কৌনরমদবা য়াই। 'ক ময়ুমগী ক মুপাশিংদি পুন্সিগল্লি'—মসিনি কল্লা হায়নরিবা। মুপা লীব্রবসু কুইনা কুইনা হিংভি ঐখোয় মরীমক হিংলি। ঙকপা য়াওনৈ।

ইবুধৌ অসিনা ঐবু য়াম্না লুনা ভোই। মনঙন্দা চাউই হায়বা য়াই। ঐনা খঙলকপদা ইমা লৈরমদরে: ইবুধৌ অসিগা ইমাগা ঐঙোন্দা খেন্নবা লৈরমদে। কাইনখংদা খঙলকপনি। ফনা চাউরবা ফাওবা ঐগা তুম্মিন্নখি। চাবদি হৌজিকসু মরক মরক্তা চামিন্নরি। ঐনা লাম্মে হায়রবদি একাদশী চরা হেল্লবগী চাক মুমীৎ লৈরিঙৈদা চাথোকমিন্নবা য়াওখি, শাস্ত্রগা নাক-ম্নেংকা ইপক-পকশিন্ননা ব্যাখ্যা অতুম ভোখি।

ইবুধৌনা য়াম্না মুভাইজবসি মাগী উসোপ চংপদা ঐবু মুগা ফৈজোমগা পুময়াৎ অমগা শেংহন-লাইংলল্লগা মমাঙ থাহুনা পুবসিনি। মুগা ফৈজোম মরী লৈরি। বার্তোন হেক লাকপা মুমীত্তা অমা লূপথোকপা শুদোকপা হৌখি। পুময়াৎকী কোনয়াই মানা তকথোকপীখিবা ভাক্তনি। পুংকক চাউরবা ফাওবা পুবিরম্মী। হৌজিকসু চহী কুন হেল্লবা ঐবু লৈকাইগী উসোব চংলুসিরা কৃষ্ণ মুরারী হায়দনা থাজনা হংবা য়াওরি। ( কুচু মুবা মান্নে হায়দনা নীংজবা লাইগী মমিংদা ঐবু মিংগৌনৈ )।

চংমিন্নবদা চামিন্নরমদাই ফন্দিন্নবদা উসোবকী মরমদা ইত্তং-তত্তনা তাকখি— ...হাই ক্রিসানা, তু য়েংঙু লা থাবদা ফমগদবা মায়কৈ তাক্লি-বসিনি ; লা মথা থংবা অসোমদা ফমগদবনি ... লূকনা ময়াইদা হাপ্লগা চমফুংনা য়েংলোমদা হাম্না হাপকদবনি, মথংদা লফূ ঈরোনবা ... অদগী ... অদগী তো শগোলহরাই য়েল্লে চাক তাক্লনি ... চাবা হেক হৌবগা হন্নাই-মুক লাকপা .. হাই প্রসাদী লাউড্রি' ফাওবা চাবা হৌবা য়াদে ... চানীং-ঙ্গগা নখূং খল্লু রা ভাঙবা য়াদে ... অদগী তো—পকৌরা লাক্লে— ।

পকৌরা লাকপদনি ইবুধৌনা মোমোন তৌদুনা য়েংলম্মগা চাক য়াম্লপ্লা খোংথপ্রিবা । ঐগীসু য়াম্লপ খোংথবিরকই মহী হৈফম ময়াইদা কুত্তক তৌনা শেম্নবা হায়, কোইরুক কোইরুক হাইরপ য়েংলম্মুরগা লামদুনা শেম্বিরকই । ঙাইহাক ঙাইদুনা লৈ । ঙাইনা ঙাইনা য়েংলোমগী ঈশিংগী পাত্রদু থাংজিনখি । মপা য়ৌরকপদা ঙসাইমথৈ রা ভাঙহৈরমদবদু তপ্না হায়রকই—বামোন ইবুঙো, অনী অনীদং শুহল্লু । অদুম হাপ্লম্বসু য়াওই; খরা পীক্লপ তৌরগনা মরী থাদরম্বসু য়াওই । করিগুম্বা মতাংদা অমত্তমক অদুম হাপ্লম্বসু য়াওদবা নত্তে । হাইরপ য়েংলম্বা বামোন অদুদা হঙ্গংনকা য়েংলুদে তপ্না লৌথদুনা মতাই ওইরপ্না থম্মগা মহী অদুম তোংখি । চাবা নত্তে য়ুমদা পুরক্লবনি । ঐ খঙই । য়ুমদা কংপা উসোপ্তসু পকৌরা ঙম্না শেন্নে । মথেল অনী য়ামদ্রবদা শীল্লি—বেসনগী অমা লফুথরোগী অমা । পামজবীনি । হংনরুদে । নহানন্নাই অবোক অনীখক্লা হংলুই হায়দনা শেঙ্গেংগী চিদাকফু অকোপ্পা অনীথক থমথক্লা লৈবা উই । মশা লৈন্নিবনিনা কোনচাক ওইনা য়োন্থোকপগী রা হৌজিক ফাওবদি খন্নবা তাদ্রি ।

ইবুধৌ অসি নোংমা-খঙহৌদনা থংশোন শোনবা হায়বদু ওইরকখি । লৈকাইগী উসোপ অমা য়াওবা চংখিবানি । (ঐদি য়াওদ্রে) য়ুম্নু অদুনা পোরগা খিল্লকখি । থোঙ্গাল ময়াগী হুড অচৌবা অমদা খুদি থীদুনা তুশিল্লি হায় । অদু ফাওবদা ঐগী পকৌরা পুরকপদি তোকখিদবনি । পোং ময়োম অমা চেংনা পায়দুনা লৈবদগী ময়াম্না থোক্লুনা য়েংলুবনি । গিলাস

অমদা পকৌরা অহুম য়াওরম্বা থেংনবদা ময়াম পুম্নমক থমোয় ইপেন-পেন্নখি। য়ুম্মু অহুনা তেঙ্গোৎ অমদা হৈজিনবিরম্মী। মুমীৎ অহুদগী ইবুধৌ মীগী উসোপ পঙচৎ-চত্রে। পুঙলেপমক লেপখিবদি নত্তে। মায়কৈগী খ্বায়গী অহুলনিনা (লৈবাক্কী ওইনম্মু ওইরম্বা য়াই) গাড়ীদা কয়িদা লৌরবা পোত্নুনা পমত্নুনা লৌরবা য়াওরি। খ্বাঙগা কম্লাক্কা শোনবগী য়াদনি মশাদি করিস্নু তৌদে হায়বা য়ারি। নীংথিনা ঙাওলি ফজনা চারি। উসোপ চৎনীংনা চৎলি। লাংবন-তর্পনদদি বার্তোন হানবা তান্নে। অহান-অকোনগী নিয়ম ফজনা ঙাক্লি। য়ুমগী মীরায়রগা লৈকাইগী 'হোয়' হায়দোকখিবদা চৎলি। পথাপ নাইবা মহীংনি। পকৌরা পুরকপা লেপ্তে। পকৌরা চজিক চাবা হৈনরে।

নোংমা ইবুধৌনা মীগী উসোপ চৎলক্রবা মতাংদা মপা ইবুংঙো অহু মমঙদা উরম্মী হায়দনা উসোপ অমা কৎলি। মীহু য়াম্মে—ওথাক্লা য়াম্মে। পৈয়াপরল অমা থোক্লগা মীশীং থাববু লাইতং অমা থনকোক তৌগদৌই। লৈকাইগীদি পঙয়াওবু য়াওদে হাপ্তবা য়াদবা মচা-মশু, শাগৈ-নাত্তৈ, পিবা-শিংগী মচাগী মচাগী মশুশিংগী মমৌশিংগী মপাম-মপাম্লোমগী, নিংঙোল-শিংগী মচা-মশুশিং, মখোয়গী ইমুংশিংগী মীওইশিং ইমুং-মমুং ঙাক্তুনা পিক থনবদগী হেল্লি। য়াম্না য়াম্মী।

রাকচীংগী থাখায়দনি। মহুগী মুমিত্তুদা তাবা নোং অসি ফুদিং ফুবদগী হৈথবরোমদা থোকখ্রবনি। নোঙাল্লমদাইদগী তাবসিনা, ঈঙা-ইঙেন মরায় অমা হেল্লি, খোংবান-লুক্লাং পীক-পীক থল্লি। অহু ফাওবদা মী অসি য়াম্মবনি। অহুম্লক থোক্লা চায়। অহুম্লক শুবগী চালুক ৫০ মুক থাখি। অকোনবগী চারমদাইহুদা ঈশিং থক্লবা গিলাস ২০ মুক রাংলে। হান্নগী লুথাক ওইথ্রবম্নু ফেংনবা লৈশাবী অনী-মরী হায়নরিঙৈদা ঙাইনগদৌরে। লৈশাবী ময়ামহু চোংনবা য়াও, লৈথোক্লখিবা য়াও, কোল অমুবরোমদা চঙনখিবা য়াও তৌদনা তাঙনা থোক্লে। ঐনা নোং মরক্তা ফেংলগে তৌরকপগী অহুদা ইবুধৌনা হুংলৈ—

—হৈ, কেন্দী, গিলাস কয়ামুক্লোনে য়াংলিবো ?

—১৭-৫, ২০ মুক লৈরবদি শীনবা য়াদৌরা। কুইরোই ঐ কেস্তগুপে।

—কেওঙ্ রমু চোংলনি। স্রুমদো—

—ওঁ -

—কৈরাক মচাহু থারগা ফমথক্তা কাখংলু থন্না লৈবনি। চাম্লগদা য়াগনি।

—ফমথক্তা !

—হোইনে কাথংলো মী ফম্নখিদোরে।

তহা-তহা কাথংলুই। করিনো লৈরিবো ফমথক্তরো হায়দনা ফৈজোম অহু শেন্ন-শেন্ননা কাথংলুবনি। ঐনা ইকা-কাক্লদবা ফমথক্লি। মরমগা লৈতবগা য়ায়গা নেম্বগা, লুকথতুমতা চংপা তাবগী মওংদা লৈবতুদা অভাং ওইরিবৈদো অমুক অনীরক কাখিবহু নত্তনা অতৈ মতমদদি শুক্লামক কাক্ল-দ্রবনি। তন্না তহা-তহা কাক্লবনি। উরকই ; উবমক্তা ওক্লুই। মঙানগী ওইবা ময়ুংনা ওম্বা মীহুথোঙগী মপাদা, তিন অহাঙবা অনীনা মখোঙ ওইবা উপাক অশাংবা অমগী থোলাগুম্বা অমনা চাউবা পীকপনচিংবগী মওং থোইনা মান্নদবা ষ্টিলগী, পিথ্রাইগী অমদি শেপ্পেংগুম্বগী গিলাস পরেং শানা মওং অমা তান্নবা পরেং অনীনা লেংতুনা লৈরম্বা থেংনবনি। মওং মান্নবা চাউবা হাইরপ মান্নবা কুনমুক থন্না-থন্না মুংফাওননা মোমোন্নদবা ওমখিদে।

ইম্ফাল, ১৯৯৮

# চীং ঈনবা

মালেম কংলা ময়োন্দা চীংঙ্গাও অমা লৈরক্লিবসি কুইরে, মালেমগা হৌমিন কামিল্লরকপনিস্মু হায় অতোপ্পীগী মচা মচীন-মনাওনিস্মু হায়নবা য়াওই। থাজবস্মু য়াওই থাজনদবস্মু কোঙ্গায়নি। হায়বদি ইহায় মহায়নৈ হায়নরিমখৈ ইপক্ত পকই। পক্তবা ময়াম অমস্মু য়াওরি। খ্বায়দগী হেন্না পক্তবা অমদি কংলাগী ময়ায়মক্তদা মসি লৈবা চুমদে হায়বসিনি। নিংথৌ পূম্নমক্না, মন্ত্রী খুদিংমক্না মীচম ময়াম খুদিং খুদিংনা মসি লৈফম থোক্তে নত্রগা মফম চাদে হায়বসি হায়নতুনতা লাক্লি। ওসিস্মু ফীরান পূম্নমকী মখাদা কাওলুপ খুদিংমক্না লাউরি --

(অর্জুন কাওলুপ্না)—"চীং অসি কাপথায়রগদবনি। গাণ্ডিব শোবা লোইরে ব্রহ্মাস্ত্র মচীন কন্না ফেংলি ; লোইরনি। খুদোংচাবা পীবিয়ু হায়না ওক্তা ফি য়েত্তুনা ইয়াদা নাপী চীক্তুনা হায়জরি" (ময়াম খুবাক খুই)

(ভীম কাওবুনা)—"... উরবা সে গদাসে। মোন মরীফু লুখা গদা অসিনা চীংগী ময়াঙলেন্দা তিংখত্তুনা থাম! লোইরে! পুমতোই! বস রাংলিবা হায়ববু লৈঙাক চুপ্লি। চুপ্লি অসিদা পায়হনবিয়ু মাগুম মাগুম্বা চীংদি থমবু থমখো সনজীং য়ৈথায়গে।" (ময়ামগী খুবাক)

( লৈরাং কাওবুনা মেওনা )—"কাপথায়বা কান্নরোই। য়ৈথায়বা উফুলনা চহী কয়া কয়া মীৎ পাওবা ঙম্নরোই চীং অসি তেমথোক্কনি। খোংবান মশীং লাকওমদনা নৈরি ; লাংথোং কয়া মায়োক্নরি। লৈতেম মাম্নহনগনি। অকুৎপা থোনগনি। মান্নবা লৈমায় অমদা লৈমিন্নগনি। মান্নবা হিংবা হিংমিন্নবা ঐথোয় পূম্নমকী পান্দম্মি। হোংনজগে থৌনা পীবিয়ু পাঙ্গল হাপ্পিয়ু লমজীংবিয়ু। অস্নুম তৌ হায়বদো তাকপিয়ু ননাউ ইয়াদা য়াজরে।" (খুবাক)

নিংথৌ খল্লমদাইদা হনুমান সিংহ নাকন্দগী তপ্না হোৌগংলকই ; সিদ্ধী নিপান ক্রক চিংশিল্লগা মশা ফন্দোকই ; চীংগুম্না চাউরকই। নোংথক

ঙংবা খোনফমদা তপ্না ঙংলকই—"হুঁরৈবাকচা পূম্নমক চীং তেম্বা, য়ৈথায়বা অহুগা কাপথায়বা কাম্নরোই। চীংদি প্রভুশ্রী পাখংবা চন্দ্রগী মনাইনি। লৈশেম্বদগী লৈরক্লবনি। ঙম্মোই-ঙম্মোই-ঙম্মোই রাজাও ঙাংবনা কাম্নগদবা লৈতে। ইথবাক মম্নুং অসিদা ইমা ইবেম্মা পলেম লাইস্নাপা প্রভু শ্রী পাখংবা চন্দ্রগা চঙবিখি ঙসি ফাওবা লেঙথোকপিখিদ্রি। অহুনা ইমা অমম্বি বাবা অনীগী কৃপাদগী চীং অসি ঈস্থোকচগে। মালেম কংলৈগী কংলা অসিদা লৈবা মফম চাদে, অচাবা মফম অমদা ঈস্থোকচগে। নোংমদা, নীনী-হুম্নি, মঙানী-তরানীদা ঈনবা ঙম্মোই ওইথোক্কে। ঙম্মোইদোবা হায়বা হৌনদে ঐগী প্রভু পম্থো পলেমনা য়াদে; চহী মঙা চঙনা ঈশ্লগে।"

—"কমদোনা ঈনগদগেনে ধবলী অথোবা?" মায়চৌ মহা ময়াম মরক্তগী লাকপা রাহংনি। ধবলীনা মাগী থৌরাং সমজাইরকই—

—"হুয়াম্বা অচৈবা. হায়জগে তাবীয়ু। মপান-মরা তাথ্রবা চীং-নিদো। অহুনা অহানবা চহীদা হুত্তুনা তৌরগা মরা পূম্নমক ককথংকনি। চাউথং থৌরাংদা অপনরা ওইহ্নিবা খুম্নু মখোঙগী শম ওইরিবা মরা অসি কক্লবদা চাবা ফংলরোই। ফংদ্রবদা কনানা কদায়দা লৈবা ঙম্মদগে?"

—"অনীগুবা চহীদনা?"

—"অনীগুবদনা ইপনশিংবু ঈপ্তোক্তুনা থম্মসি হায়রিবা মফম অহু ফাওবা পুখ্রি তৌগনি। লৈখা অহু পরেং শানা সনাম্না নক্ষ্রগস্থু মুংনা ঈগ্রি শীংকনি।"

—"অহুমগুবদা?"

—"অহুমদনা উক্রোংগী কাংখোঙ চীংখাদা ঈনশিনগনি। উ অকংবনা খুরক হাঙদ্রবা মালেম অসিদা কাংখোঙ রাংলোই। মরীগুবা চহীদা কীরম শেম্মগা মঙাগুবদা ঈল্লনি; গ্রোং-গ্রোং অহুম ঈল্লনি। তাকপীয়ু কদোমদা ঈল্লগা কদাইদা থমজোগে?"

চুম্মে, চীং অসি ঈস্থোক্লবদি তৌনিংবা পূম্নমক তৌবা য়াগনি। ঈশিং মরাং কায়রনি। মৈ চাং নাইবদা নঙে অরেম্বহু নাক-য়েংকী অকোয়রম্না

য়োনবা য়াম্নগনি। চাকহোঙ-ঙাহোঙলগনি পূম্নমক মবুক থল্লগনি। পুক থল্লবদা শান্তিগী পুক্ফম্ ওইরগনি। য়ুম খুদিংমক নোংদোল তম্মগনি। চপ মান্নরগনি। মান্নবা থাক অসিবু নত্রা লৈঙাক্লোন পূম্নমক্না তাক্লিবা। ফরে ফম অসি হনুমান সিংহদা পীরসি।

"পীরসি পীরসি"— হনুমানগী মীওইশিংনা মরক মরক্তগী চোং-চোংদুনা লাউরকপনি। অপুনবা শাংনা চিংবা খুবাক অমগা লোয়ননা হনুমান সিংহবু নিংথৌ হাপ্লে। ফম্বাল কাবগী কুম্মৈ চহীমুক কন্নমুক চৎখে। মীয়াম পূম্নমক পুক্নি পায়রগা নোকই। মথংগী চহীদা হনুমান সিংহ কেন্না থোরক্তুনা চীংখোঙদা লেপ্লে। মথুত্তা সনাগী য়োশিংয়োং অমগা সনান্না মথোক পানবা হৈজাং অমগা পায়রকই। চীংখোঙদা হোৌবা উরী অমা কক্লম্মগা নঝাই-বেঙ্গুলগা লোয়ননা কোম্নুং চঙখি। ময়াম লৈমায়দা থরো থরো ওন্দুনা নোকহৌই। অহুমশুবা চহীদা চীং কাখৎলগা ঈনফম থম্ফম য়েংমিল্লে। মীংনেং শাংখৈদা খুদোম্বী ময়াম অমা মথং মথং থিল্লে। উত্তোংচাক চামিন্নরগা কুমথরকই। মরীশুবা চহীগী লোইরকপদা চাংগী মপা লাক্লগা লৈয়ি অমা তৌই। লম অনীরোম তৌরকপগী অতুদা রায়-রুবা খুজিম্থাং মন্না তেক্লক্তুনা থবক থাম। মঙাশুবা চহী তংখায় চন্নকপগী অতুদা নিংথৌ হনুমান সিংহনা খোংগ্রাও মতোন খজিক তাখৎলগা চীং অতুদা লেংবান ঙাশিন্নগা ঈল্লি। লৈজবী থাদুনা ঈল্লি। ময়েক মাঙখ্রবা সিদ্ধী নীংশিংদুনা ঈল্লি। মঙাশুবগী অয়োইবা অহাংদা শংদুনা লাউরক-পনি চীং অসি লেঙবা হৌরে মথংগী তাংকক্তাদ ঈম্বোকপদা চৎলগনি। নোং ঙানফুং ঙানফুম তৌবগী অতুদা মঙ-ওই হা-ওই লাউনরকপা তায় — ঈনগদবা চীং চাত্রেং সুপ্রা নিপান লৈরে; অথুবা মতমদা ঈল্লগনি। চীংয়াংশিংদা মফি থোংত্রবা য়োং ময়াম খ্রবা চেনবাক কন্না ফক্তুনা চারি। চীঙা লোইক্লিবা ফাওবদি চাখিগদৌব্রিত্রা!

ইম্ফাল, ১৯৯৮

# তোকপা—লান্দারসিনা।

মশক মওং ওল্লবা কংলাগী মমিংদ ভায়রবা পাখবীগী মতাই অমদা অহল ওইরবা য়েনবা অমত্তু মথুংনা মথদাং শোরগা ফনা কুইনা ফমহুনা লৈ। শেংজিবা খামেনচংপত্ত্ব মচু য়ারিমখৈ শিথরে; মকোকী অঙাংবা মভোক অত্তু ফত্রাক-ফত্রাক ভারে; মমীং নাম্ম খুম্নীং-খুম্মাংদা হাইহুনা লৈরে। মতম অমা হায়নরম্বা মাকোং শেগায়রম্বা মখোঞ্জেলনি কে-কে-ক্রে! খোঞ্জেল অসিগী হৌরবা খোল্লাউনা তোকপগী য়াঙলেন্দা তোংলগা লাউ-বদনি মতুং ইল্লকপা য়েরুম, খোইয়াম, য়েতুম, হৈজ্রাং, উত্তুপ পূম্নমক্কা মাগী মাগী থৌদাং অমুক্কদা পূল্লপ পাঙথোকথিবা অত্তুগা ময়াঙলেন খুত্তুপ মাপল শাংবা তোকপা শাহীং চাববু হাংখবা। চাউখ্রবা শাথীখ্রবা তোকপনি। মমীং মৈবুল, ময়া শীংজঙ, মথুজিন কবাক থাঙনি। মরৈনা লমমুক শাংনা তিংখোকই। মনম্না, মানা চংপা মায়কৈদা শাংপা কেতুকী ফাওবা লৈখোক্তা পংতুনা কেল্লি। মালেম পূম্নমকী অপংপা মনম পূম্নমক্কা পুল্লবা মনম অত্তু মানা ইহান হান্না ফাওরকপদা য়েনবা মৈতৈ মকোক সুংশিং মপীগুম ভাওখিবনি; নীংশিংলকই—মতমত্তু য়েনবা মৈতৈ পীশক পীক্লি—য়েন্নাও অপীখক ওইরি। মমা য়েনবীনা হাবুঙ মচা অমা হোংলগা মখোয় মচীন-মনাও মচে-মচল ময়াম্না পূম্না হোংচিন-হোংচিন্দুনা তীন-কাঙ চাজরি। তীন মচা অমা ফংবা খুদিংগী য়েনবী সৈমনা কুক-কুক-কুক। মচাশিংনা পূল্লপ হোংচিল্লি। অমনা ফংহুনা পাক লাকলুই; অমনা মচীন্দগী শং লাক্লগা লৈথোকই; অমনা হোংচিল্লি অমত্তু চেল্লি, ময়াম মরী-মরী তান্নে। অমহুনা লৈথোক-লৈথোক্তুনা চেল্লি। মচা ময়াম অত্তু থজিক্তুংকা লাপথোকখিবা য়াবা নত্তে লৈমনা কৌশিল্লি—কুক-কুক-কুক। জীব অমত্তুং তুবং চংপা য়াবা নত্তে লৈমা, মচাশিংবু পূম্না কৌশিল্লগা য়েরুবদা শংত্রিক য়েংলগা মশোং ফন্দোকই। শামু লমশা ফাওবা ছমদংকদবগী

কাওথংকদবগী শেম-শাহ্নুনা লেপ্লি। মচা পীক্লিঙৈদদি নকশিল্লকপা খুদিং-মক য়েক্লবনি। মচাগীদমক্তদি য়েক্লপা খুদিংমক তুমীংনি। লাওজা হন্নুবা ফাওবা মঙোম্দদি মশা তংলবা তুমীংনি। খজিক মমশিল্লকপদা মচাশিং অমত্তা চীথদনা কৌশিল্লগা পূল্লপ কোনশিল্লি। অহীং নোংশোইবা কাঙ হুয়িং ঙাক্নুনা লৈ। উনা অনীদংনা শোংত্তা লাউরকপদা হুন্নকপা মুংশিত্তা শংত্রিক য়েংলকই।

নোংমত্নু মশা খীংবা পুংকক চাউরবা য়েনবানা মাংথকপী কুরাক মচা অমা ত্তান্নবদা খজিক লাপথোকলুই। অঙকপা মনম অমা ফাওরকপগী অত্নুদা মমানা মুংশা থীনা কৌশিল্লকই। য়েন্নাও মরাম চেনশিল্লি।

পুংকক্লবা য়েনবানা হংলুবনি—

—ইমা করিনো মনমসে ?

—মনীংলোমদগী লাকপনি। চথোক্কমু নখোয় পূন্না লৈমু। মমাঙ থোঙত্নু পৌরোল শংলব্রিদ্রসে।

—কৈনো মমাঙথোঙ হায়বদি ইমা ?

মমাঙথোঙ তাকপা নঙহৌদরে, মনম ময়াম অমনা মাঙওইনরগা তোকপা লাকপনা হানখ্রে। নোমহৌ-নোমহৌ চঙশিল্লক্লগা চাউরাং-কূপ্লাং তোকপনা য়ুহন মনম মরক্তা মোমোন্নরগা হংলৈ—

- ইন্দোন লৈমা চাজেনবী, ঙসি অহিংবু কদায়দা লেক্কদবা ?

- এ, ইবুংঙো অচৌবা ঙসিদি রাপন্দা হকচীক লাংগে।

—ফৈ ফৈ ; ঈংবসিদা লমহাংদনা মুংঙাইবনি। হোংনৌ হোংনৌ। নচাশিংসিদি ফজনা মচাওজরেনে।

—খঙদেদা ইবুংঙো, ঙারা-ঙাত্তীন চাবনিনা হুম-হুম মচাউরি।

—ফৈ-ফৈ হোংনৌ হোংনৌ। য়্যৌরে।

—ফনি ইবুংঙো।

মমশিল্লকপগী অত্নুদা সন্দংখাদা মচাশিংগী ফম থাই। রাপন চংকনি নীংলম্বী মচামুপী অমনা হংলুই।

—ইমা রাপন্দা তুম্মোইত্রা ?

—হাই লাঙগনু চম্নুরৈ, তুম্মরো লাও কোল্লগে।

মচেগী মনাক্তা মচুনিংথৌ পুংককপস্ু সুংঙাইনা তুমখুন তান্দুনা লৈ। নোংয়াই চবুক্তা রাপনলোমদা রাজাও-রাশা কাপফৎপগী মখোল তারকই। মমাগী শারোমমুংদগী মঙক লিখোক্লগা হংলুই—

—করিনো ইমা মখোনসে ?

মমানা খোনশিদা হায়রকপনি—

—তুমিন লৈয়ু নিনগমু রাপল তেমথায়রিবনি।

নীনি-হুম্নি লৈরগা অরাং-অচৌবা ঙাহৌ খোঙথাংদা লাকই। মচা কোনশিল্লিবী লৈমদা নোক্লগা হায়রে—

—নচাশিংসিদি চাউরেদনা হাউরনি—অ! হাউনা চারমাম্নেদা।

—কনানা খঙবনো অঙম্বা, পেঙবা থরাক্তা য়োক্তনবু কয়া রায়োং চাগবনো।

—এ, করি রানো ইন্দোন। ঙসিনা কদায়দা লেকপা ?

—ঙসিদি ইকোন্দা তুমগে। করি হায়গে কদোম লেঙলুবা ?

—চুম্ন 'সুম ...। য়ৌরগে ইন্দোন।

—ফরে-ফরে।

পঙক ফবা নত্তে হায়বা লৈমা খঙই। মরৌ লৈবা মীৎয়েং য়েংলগা চেকশিন্না য়েংহৌই। লাপ্পা ফাওবা য়েংবা চৎলুবা মচাশিং তন্না কৌ-শিল্লি। মুমীৎ অসিগী অহীংদনা রাপন্দা মচা ময়াম কোন্দুনা লেকই। নোং ঙাল্লমদাইদা মকোন্দু লৈমায়দা ওস্থখিবগী মখোল তায়—দ্রং। দ্রং। থংপ্রেক থংলবা মচামুপানা হংই মমাদা—করিনো ইমা ? মমানা তাপ ওকই—কৈস্মু নত্তে লম থায়দৎপনি ; নিনগমু।

অসুম্না নোংমনা শগাইদা লেকই ; হায়বনা মাঙশোক্তা লেকনি হায়খি। নোংমনা য়েনথাদা, নোংমনা কোম্মোংদা, নোংমা অমনা শীংগৈদা তুম্মী ; তাকখিবনা কৈথাদা, শঙ্গোইদা, শাইজিন্দা।

লুদ-লাক্তবা ভোকপা নত্তে। চক তংখায় চল্লকপগী অতুদা খণ্ড-লকই। হে-রা ! লাকচৈদা ! খুতুপ মঙাদংগী কি থোংবা মানস্থু ! করিগী চারোই ভোকপনা শীংবনি।

সুমীতু মপী অতুনা ঙসিদি রাখোঙদা লেক্তনি হায়রম্বনি ভোকপনা মদোমদা চত্তুনা কৈখারোমদা লাক্লে। অমম্বদনা হেন্না উবা ঙম্বা তোক-পনি ; মচা ময়াম কোন্দুনা সুংঙাইনা তূম্লিবা মপীতু উরে। তপ্না উনা অকংবা ফাওবা কান্নগা চঙলক্লে। মপী লৈমদি শেম-শাহোদে ভাইবঙ খরগী হবাও-মথোইদা মপুন্সি কৎশ্রবা মপুরোইববু মমঙদা উজরি। মেঙলবা পোয়নুগী সুংশাদা শন্থী পুঙ অমদা য়েৎকা-ওয়গা খোৎমিন্নতুনা চন্না তম-জরি। পুঙজা পুবা মপুরোইবনা তাস্থু তাবিদ্রবা পুঙজা পাউজেল হোনা হোনা চেনবা খুদিংদা মনাকোং খজিক মেল্লগা রাকৎলি—করি থোকই হায়দনা ময়ামগী সেবানি হায়দনা কনানস্থু মীথানবিবস্থু নত্তবদা ... ! মপুরোইবনা কম্না লাউক্লবগা হম্থরকপদা হায়রি—মীথাবিনবা নত্তেনে ইশানৌ, ঐগী শিন্থা পাঙবনিনে। মঙনা মতাং অসি য়োৎকপদনি পাকথ-পাকথ চঙলকপা তোকপনা চাউরবা খূবাম অনী তিংখোক্তুনা হুল্লক্লিবা। শোয়রোইদৌবা মতাংদতা চোংশিনবা তোকপগী শাজৎনি মচা কোল্লিবী মপীদা পূল্লপ তাবনি। মপীগী মশাগী শাইদোন ওইরপ্না লৈরা য়েনবাদং খূরক্তগী নাম্থোকপা ঙমহোই। অতৈদি মমাগা লোয়ননা পূল্লপ্না তোকপগী খাজাওদা তাথরে। অয়ুক সুমীৎ মঙাল তরং-তরং খোক্লকপা মতম ফাওবা তোকপনা মমা শেৎ-শেতুনা চাবহু রাপল মরক্তগী উব্রি। শিংলী নাউরী পূম্নমক হোরবা ঈ কাপ্রবা য়েনবানা চোংশিন্দুনা তোকপা লোই-শিন্নগে হায়না হুল্লমদাইগী তুং খজিক হুল্লকপগী অতুদা রাখোঙগী শবি অহল অমনা তাপ ফাহোবনি। শবিনা তাক্লকপনি—

—কান্নরোই নহা ! পঙগনু। অশাউবগী মচিংনা নরোশিংগী মৈঙাল মুখৎপা তোগনু। নঙগুম্বা অমনা মায়োক্লগদবা ভোকপা নত্তে। নঙগী পান্নন্না মাগী মতু তুরীক অমা শোকল্লুরা য়ারোই।

—ঐবু থাদোকউ অহল। ইমাবু ইচীন্নাও ময়াম্বু শায়গায়খিবা ময়া অসি থুদেক্কে অত্থুগা ঐস্মু ইমাগী মতুং ইনগ্রগে।

—মখোয়গী মতুং ইনখিবা অরুবা নত্তে। লমন খুম্বনি লায়ত্রিবদি। নমাগী নচীন-ননাওগী লমন খুম্বনা নমাগী লমন শিংবা শক্লোইত্রা; নখোয়গীতা খঙ্গরিবী নমা নত্রা?

—মহুননি ঐনা হিংগুরোই হায়না তৌরিষসে।

—নহা পুংককপা, হিংত্রবদি কনানা লমন খুম্বা? শিবনা লমন খুম্বা নত্তে হাৎপদা শিংবস্মু তাবনি। তুহৎপিরবা নগুদি শিংবা তাবনি। লাউ লাম্থোং তাক্কে। নগুবু মাবু লোইশিন্নীংবা নত্রা?

—হৌজিকমক, খূদকসিদা।

—লাউ লৈস্নুং চৎসি; অপীকপা নখোয়গী অচৌবা লম্বেল করিগী লৈরোই। তহাগন্নু। শাহীংদি লৌশিংনা থৎকদবনি। সে সোইবুম চাউ।

ময়া থৌবা শবিনি। য়াথোং থুম্না তাকই—নগুম্বা লংজা মচা অমদি মাগী মীৎয়েং মৈশা অমদা কাথেকখিনি; থবৎ তৎখিনি। নগুম্বা ময়ান্না লংস্নুং তাউ। লংস্নুং ময়ামগী থৌরী তাও। থৌরী অহুনা মওং চুম্না শীজিন্নরবদা মাগুম-মাগুম্বা লাংহিক্তি হায়রুম্নু পাম্মবদি সনজীং চিংথুবা গুম্নদৌবনি। চৎলু নগুম্বা খোম্মুচো। মান্নবা মশেম্নি ভাব তাহল্লু। লাইরিক পাউ লাইগুনা পুল্লু। য়াহিপকীদমক্তা মালেম ফাওরিবা নত্রা—য়েন য়াহিপ!

পুংকক চাউরবা য়েন্না গুরু থনবা হৌই। তম্ফমশু মথং মথংদা মিং চল্লি—তম্মী। সমুদ্র তরেৎকী য়াংমদা তম্মুই। কা অমত্তদা তম্মিন্নবশিংগী মহুংদা তোকপগী মচা-মগুস্মু য়াওই। লৌশিং তানফমদদি তুমিংকা চীংলাইগা চপ মান্নে। পুংকক চাউরম্বদগী ওথাক য়োয়কই; ওথাক্তগী মপুঙ ফারকই। য়েনবা ওইরকপগা মহৈ মপুঙ ফাবগা মান্নে। য়েনবা মৈত্তে ওইহনা মরৈষাক্তা হল্লকই।

ময়েবাক্তা হেক থুংলবগা য়েনবানা তৌবা থবকসি মথং মথং উন্নবনি। পাবা, ইবা, নৈনবা লোয়নবা মথং মথং উন্নবা অসিনি। উন্নরুই—মুঙগা কাওনবা য়াদ্রে খঞ্জরবা য়েরুমশিং ; মীগী য়েনশাংদমক শোইবা, অদুগা মশাগী মখোকপুদি ঈংপা ঙমজদ্রবা হৈজ্রাং ; অহীং-মুংথিল ঙাইহাক্তা লেপ্তুনা নোমজদুনা মচা-মশুগী পৈশিঞ্জবা খোইহীবু শুমদোক্তুনা লৌবিথ্রবা খোইশিং, মনীং হন্দুনা চংপা হৈজদ্রবা রাইখুশিং, খায় খায়দুনা থারিবা অশি পাংখক্লরবা উতুপশিং, অতোপ্পনা মশাগী চৌঞ্জাক ফাহনবা চেগপ লাংশিং, লোয়ননা মিংশেলদা য়েংবদা মশাগী মশক খঙজদ্রবা লুপশিনখিবগী খোঙথাঙদা লৈরবা কাঙবুশিং।

কোন্নংগা এন্ন-তৈনবা লমজাউ অমদা খুন্দিন্নৈ অপীকপা থরায় ময়াম ময়াম তিল্লি — শেন্দ্রাং, উরেম্বী, শেম্বাং মমীং লোইনা তথক-তথকই। চোংঙারাবদি কোকঙৌয়েন মখোঙদা উইদুনা লৈ। হন্না য়েংখিবদা মাগী মী ইউ উরক্রবা মকুনি নীংবা কায়রিবসি। য়াম্নমক শাউরিবসি অহাংবা খোইরাগী হয়িংখোইশিংনি। পুম্নমক মরেঙ-মরেঙ চংনৈ। থোবুরেল ওইরিবা মপন শবিদা অমুক্তং য়েংলম্মগা য়েনবাগী রাঙাং মখা চত্থরকখি ... অপীকপা অশোনবা ঐখোয় হিংলরোইদ্রো ? হিংগনি ইশাগী ইশক পুদুনা ইজ্জংকা লোয়ননা হিংগনি হিংমিন্নগদবনি। অমনা অমবু ইকায়থুম্নবা হিং-মিন্নগদবনি। অচৌবা মপাঙ্গল লৈবনা অপীকপা ঐখোয়বু নমথবা য়ারোই। মচা ঐখোয়বু মীরায়বা য়ারোই। পুম্নমক মাগী মাগী থৌদাং চপ চপ চানা পাঙথোক্লরি। অমনা অমদগী হেন্নবা নত্তে। তিংথং ঐনা তৌবা থবক মুঙসুঙ মানা শীংজঙ মানা তাশাং নঙনা তৌবা ঙম্লোই। য়েক্তুম ঐনসু হাংমৈখুদোংগী থবক তৌবা য়াবা নত্তে। মাগী মাগী মণ্ডল লৈনরি মাগী মাগী ঙমখৈসু লৈফম থোকই। মসি খঙদবা য়ারোই। য়েংবিয়ু ঐনা খঙলকপদা, ভাব তাফাত্রিবৈদা ইমাগা পোকমিন্নবা ইচীন-ইনাওশিংগা পুল্লপ চাথোকপিখ্রে। অসিবু করি লীচংনো ? ঐগী ইমাঙমক্তদা অচৌবা ময়াদু য়াথোঙ থুম্না থুম্না লোনশিন্দুনা চাখিবনি। মসি ঐঙোন্দদনি অতে

তিনবিরিকা পুম্নমক্কী মকমদা খোক্লোই হায়নীঙাই লৈতে। অদুমা তোকপা মাযু লৌথবা তাই।

মন্নাই তাংবলদগী অহুল ওইরবা শবিনা মাগী য়াঙাংদা মচা ময়াদা অমত্তা ওইনা পুনশিন্নবা হায়খি, লোয়ননা য়েক্নমগী হিংসা শীজিন্নবগী মতাংদা চিংনবা লৈখিবা অমা শেংদোরকখি।

—চুম্মী কপ্পা তূপ্পা চৈনা পীবা ফত্তে চুমদে; অচুম্বা লীচৎ নত্তে। অদুবু ঐখোয়গী খুজিন ঐখোয়গী য়া ঐখোয়গী খোঙ-খুৎ মফম-মতাং চানা চানা শীজিন্ননবা চাউরেন চাউবা মানা তঙায়মক ফদনা পীবিরম্মিবসিনি। ঈংনা তপ্পা হিংবা হায়বসি ঐখোয় পুম্নমক্কী পান্দম্নি। য়েক্নবা ওইদুনা মসিদা অপনবা পীরক্লবদি ইশাবু ঙাকথোকচবা তাই; ঙাকথোকপদা নত্তে য়েক্নবা অমুক শৌগৎলক্তনবা চীকখায়বা খোত্তৎপা তাবনি। হিংসা পুম্নমক মতম পুম্নমক্তা মফম পুম্নমক্তা হিংসা ওইদুনতা লৈবা নত্তে। অহিংসা অসিস্থু মওং চাত্রবদি পাঙদবা মীথিবোঙ ওইবগী লীচৎনি। অমরোমদস্থু অমুক অপঙবনি। খুৎ হুনবা তাবনি খুৎ থাবস্থু তাবনি। খুৎ থোক্লবা হায়বসি হৌনশানি। নাথেদুনা চেনবস্থু য়ারোই। লীচৎ অমনি। মশাগী লীচৎ চত্তবা মাদি মা নত্রে। মাদি হিংলুদুনা কান্নরোই। মালেম লুম্নবনি। অশিবা মচা ঙাক্নি। হুম্নিদং হিংবসিদি অকি পয়ে চন্দনা নীংতম্না হিংবা তাবনি। নত্রগদি অশি লৈবাক্তা ফাওবা ঐখোয়গী ইফম লৈরোই, পীরক্লোই। হৌগৎলু ইচাঝা! পুনশিল্লু। খুৎশা নাম্মদি তেকখিগনি পুনশিল্লগা থুতুম শীংঙু। পুন্না চঙঙু মাঙ থাবা তান্নো। লৌশিংগী লীচীং অমনা তুংইল্লু। মহৈ চামিন্নৌ।

য়েনবাগী লীচীং মখাদা নোংমা, অকক্লবা মতাং অমদা পুল্লফ হৌখি। লাম্থোং শীল্লবা মতুংদা নোংয়াই চবুক্তা য়েনবানা য়াঙলেনদা কাখৎলগা লাল্লাউ হৌনা লাউবনি। -কে-কে-ক্রে। খুৎ থারসে।

থংপ্রেক থংলবা তোকপনা ফিংনা হৌগৎলগা ফুজাদা মৈ কাম্মুই। রাম্মেদা ওন্সিবা য়েক্ললা পোকথান্নমতুনা মনায়-মমীৎ খঙহন্দে। খোঙহাম্নুন্দা

মমায় তাথোক্কে লেপ্তুনা ঈশিং লৌরুই শেম-শাহ্নুনা লৈরম্মবা খোই মম্বাম্না ওমহনুনা চীকই। ভাওরবা তোকপনা কাংখন্দা মমায় তৈথোক্কে হোৎচিল-লকপদা থেংলম্বা য়েত্তুম্না মমায়-মমীৎ, মশা পুম্বদা চক-চক-চক! ভাওই। থৈনা চেল্লি; য়েম্বিদা নান্থুই, হৈজ্রাংনা লেল্লি। লোংহুল তৌরগে ত্তৌরকপগী অহুদা উতুপ্পা বোপ-বোপ-বোপ! তুথরকপগী অহুদা লাংনা চপ —! খূদক অসিদা য়েনবানা নাকন্দগী থুমু-থাঙ শৎ শৎলগা চোং-শিন্দুনা তোকপগী মঙক থবৎ! ঈখেঙ-ঈমু পুন্না রা! ...

মায়কৈ মরীদগী 'য়াইফরে' গী খোল্লাউ হৌনা তারকপদা য়েনবা মীকপ থংথোক থোক্তুনা ফুক হৌগৎলি। য়েৎথাঙ ওয়থাঙ শৎকে থন্দুনা মথোক্তা পায়রগা চিংই। শৎপা ঙমদ্রে। কোহিল্লিংনা নপশিনখ্রমাল্লে। মূক্না মূক্না চিংনা চিংনা মাঙলোমদা য়েংলুই। তোকপা মম্বাম অমা মম্বা লাওনা লাওনা খিগত্তুনা নোক্না নোক্না তপ্পা তপ্পা চঙশিল্লকপা উই। তুংলোমদা লৈহনুনা য়েংলুই। তামখ্রবা লমদাং ফাওবা পুমহাঙনি। অরাপ্পদা য়েরুম মশেল, খোই মশেল, চেত্তুম মশেল —মথোয় মশেল অমগা অমগা লামথোৎ লামথোৎ খোৎনহনুনা লৈবা উই। অমুক্তম্ হন্না য়েনবানা হৌনা লাল্লাউ লাউগে থল্লি —কে-কে-ক্রে!

কনানা তাবিগদৌরি।

ইম্ফাল, ১৯৯৭

# উচী রামায়ন

কোবী ( অমুবা কাংচেংকুম্বা তীন অমা ) গা উচীগা উবা য়াদবা ঐখোয়গী অহললনি। কোবীনা, মচলন্নপী য়ায়মা, ইনেয়ায়মতু মীনা শেম-জীল্লক্তুনা ঙাওখিবনি হায়না থাজবদগী অতুগা উচীনা লৈখিদ্রবী ইমাগী কুথী শিংকুপ শানা চীকথংলন্বগী। কোবী পাইরকপদা অহল চাক চারি-ঙৈদা ফাওবা মখূংককা হাম্বা নংদে, ফুক হৌগক্তুনা ফদী নত্রগা হুঙ্গেন সুমজীং পায়না কোয়তান তাল্লি। কম্থরগা খুদেংনা হুম্মি উপ্তুনা থম্মগা মরীনী শুবা ন্নমীংকী য়াচঙবদা তৌনা শীং ওইরগা মৈ থাদোকই। ঙসি ফাওবদা কোবী অহুম শুরে। ঙসিস্থ ঙাইরি। ইনেয়ায়মগী লমন অমুক্তস্থ খুম্নবা ঙাইরিবা মাল্লি।

উচী অসিমা উবা য়াদে। মশুশিংগী লাইরিক্তা য়েকপা ফাওবা ঙাইহাক শংত্রিক য়েংতুনা লৈ। হাংনীংবগী মওং মাল্লি। মখোল তাবদা মমীং-মনা য়ুংখংলি। চোংশিল্লগে হায়বগী মতা মাল্লি। হৌদোং মরী-মঙা থম্মী। ঙা তোঙান্না লৈতুনা পীজৈ। অমথক্তি মশাতু ফমন্দুনা লেঙঙম-শাঙমদনা উই। উচী চেনবদা হম্মা য়েংঙু য়াদে। মরী অমদি মপোক্কী য়েক্লবগী লমদাঙ থোকপগী মথক্তা ফাবৌ ঙারী লংতুনা ট্রেন তৌবনি। হৈবস্থ য়াম্না হৈ। হৌদোং মঙাসিগী মথক্তা উচীহিদাকস্থ শীজিন্নরকই। হৌদোং চঙবা য়াদবা অমদি য়াহন্দবা কোং মন্নুংগুম্বদা ঙারী-ঙাতায়দা থাক্তুনা থম্মী। য়াম্না তোয়না হাংপা ঙম্মী। য়াম্না মুঙাইনা কল্লক পেম্না লাপ্লপ চত্তুনা হুন্দোকলুই। মতাং অমা, হৌদোং অনোয়বা অচৌবতুনা লৈকায়গী নহাশিংনা ফাতুনা চাথোকখিবা অতুগা মরী অতুনা মথং মথং শিখিবা তাঞ্জা অমা লৈখি। মতাংতুদনা উচীলাং অনী-অহুম শীজিন্নখি। লাং অমদা অমমমগুম্বা ?ায়গা মথা ফাখিদবদা অহল থরায়

মুংঙাইজখিদে। হৌদোং মচা অমুক লোইখৎপা তাখি। মচা মচা অনীথক লৌরক্তুনা লোইবা অমুক হৌগৎখি।

হৌদোং মচা অনীসিনা য়াম্না পীক্লিঙৈ, উচী ফাবা ঙমদ্রিঙৈগী মতাংদা (জীব অনীসি অরাপ্পা লৈকাই অমদগী মমাগা খোম খাইনদ্রিঙৈদা পুরকখি-বনি) থৌদোক অমা থোকখি। উচীগা মরী লৈনবনি।

ঙরাং মুমিদাং তুম্নমদাইদা কোৎ মথাদা লাং অমা থাক্লম্লনি। অহীংদা লাংদা থুবগী মখোল তাখি। হেক চপ্পগা শিবা হায়বতু ওইদ্রবনা অহীং চুপ্পা উচী অতুনা চি-চি-চি খোংবা তাখি। নোংঙাল্লমদাইদা লেপখিগুম তৌই। লাল্লম্মনি, অয়ুক মগুশিংদা হুন্দোকউ হায়দনা শোয়দনা হায়রনি অমুক লাউনরনিদো খন্দুনা তুমথখিবনি। উচী হাৎকনগ্রবা অহলনি অশিবা পায়য়ু হায়বদদি ময়াদ্রে। অহিংবতা নত্তে অশিবা ফাওবা হৈনদ্রবা মাল্লি। হৈনদবসিস্সু য়াম্না হৈনদে।

অয়ুক অতু ঐনা বাথরুম চঙগে তৌরকপদা নপশিল্লগা মুন্না করিনো অমা য়েংতুনা লৈবা উই। মখূত্তা য়াশেং শতুতু (ক্রুজ) পায়বসু উই। য়াম্নমক থরায় তানা, নাক-য়েৎ পূমকাউ কাউথোক্তুনা য়েংতুনা লৈবা মাল্লি। কৌতুনা হংসিরা খনবনি। পুক্লিং চঙনা য়েংলিবতু কায়হন্নীংদবনা তপ্পা চঙশিল্লগা য়েংলুই। উরকউবদি য়োংকী লাং অতুদা উচী অমা ময়ায়-থীগাঙদা চপ্তুনা লৈ। মমীত্তি পাঙলি, মমৈস্সু মৈতোন্দা খজিক-খজিক লেংলি ; ময়াতু খোংবগী মওংদা তপ্পা-তপ্পা খরা খরা লেঙলকই ; মখোন্দি থোক্তরে। হোরাই ময়া অনীনা থক-খাদগী চপ্লবনা পাকশিনগ্রবা শরুক অতুদগী ঈগা লোয়ননা মরীম্বোং খরস্সু লিথোক্লি। মসিনা উচী লাংদা থুরবা অতুগী দৃশ্যনি। অতোপ্পা অমনা অতোপ্পা উচী অমনা তহা-তহা তথক-তথক য়েংলোমদা অমুক থজিক্তং চৎ, ওইরোমদা অমুক চৎ তৌতুনা লৈরম্মগা চপ্লিবতুগী মমাঙ থংবা মখোঙ নাম্মদা চীক্লগা চিংনবা কম্না লাক্লরি —কম্না লাক্লরি ; কম্নমক হেক্তা লাক্লরি।

নক্লপ্পা লেপ্লিবা ঐখোয়গী মনম ফাওরমগনি ঐখোয়বু কিরম্মোইদবগী মরম লৈতে। চপ্লিবা অহুবুস্নু লৌথোকপা ওম্বগী বা লৈতে। চিংবস্নু ওমদে। ওমহুনা লৌথোক্লবস্নু উচী অহু হিংগনি থাজদ্রবনি। ওম্বশিং থোক্লুনা চিংলবস্নু কদাইরাই তাম্নো মানা চিংগদৌরিবসি? খনবদা লাইখায় তাবা ওমদে। অহুবু মানদি চিংনবা লাক্লরি—মথোঙ নাম্মদমুক চীঙ অতোপ্পা অমহুদমুক চীঙ। নক্লপ লেপ্লুবা ঐবু খঙলকপমক্তা অহলনা ভপ্পা য়েংথোরকই। ঙাইহাক য়েংলম্মগা ঈরুফম কাদা চঙখি। মুমীৎ অহুগী মতুংদগীদি উচী হাৎখিদরে কোংতা পঙশেমদা শেমজিনখ্রে।

লায়েংবনা পাম্বৈ লৈত্রবা লায়না অমনা মপুম থীংনা নারবা ইমাবু অহলনা ফমশেন্নহুনা লায়েংখিবনি। ইমাবু য়াম্না লুনা তৌজবা অহলনি।

ইম্ফাল, ১৯৯৮

# কংলা য়াইবুঙ

হন্দক মরক, মুপীলান, অঙাংলান—লান ওথাক-ওথাকপশিংগী মতুং অহুগা মরক অসিদা কংলা ময়ায় ময়ায়গী য়াইবুঙ অসিনা হৌবসি, হৌবসি উমংদা লমহৌদোং শঙ্গু চীক্লবহুঙায়। লৈপুঙ মায়চৌ থরনদি এনশাং-নাপী কৈথেন্দা পুম্না থীমিন্নবা শ্লোক ঈরোয়নবা লামকোয়গী স্থর অমা চঙই হায়নৈ। ঐদি থাজদে; কৈক্লংবা নাতোনজাও ঐদি মীনা হায়বা কয়া থাজগন্দে। ঐনা লৌবদি য়াইবুঙ মখোল অসি অমুক্তা সোরোক্তা রাচেৎ চিংবগুম্বা ভ্রম অহাংবা লীশাং শীংনা ওনবগুম্বগী মখোল মাল্লি; করিগুম্বদনা মরৈ শাংবা অঙাংনা মুমীৎ চপ য়ুংব-য়ুংবা ফাওবা হেকথবা মাল্লি। ঐনা মাল্লি হায়রিবসি অঙাতোনদি স্থপম্মা য়াদে মানা হায়বদি মুংখিল ঙাইহাক

পোত্থানবা মতাংদা তিন অহাংবদা মচেক নাইবা মুঙ হাপ্লগা লৈজবী থাদুনা নীকপগী মখোলনি হায়বসিনি। মানা হায়রিবসি ঐস্থু য়ানীংই অদুবু ঐনা হায়বা রাফমগী ইজ্জৎ অমা য়েংলুবদগী মাগীদু তাশিন্নরুদে। মাস্থু খঙই। লুনা তিন্নরগস্থু ইরা-মরাদি ইরৌ লৌনরক্তে।

অদুবু হন্দক্কী মতাং অসিদদি রা লৌনরে মানা হৌদোরকপনি—

—কৈরুংবা, মসি করি য়াওবগে য়েংশিদো।

—করিবো ?

—কংলাগী য়াইবুঙ অসিদা করি য়াওবগে য়েংশি হায়রবা।

—য়াইনে য়েংশিনে।

—কমদৌনা য়েংগনি ?

—হাংদোক্লগা শীদোক্লগা য়েংগদৌবনিদনা।

—কমদৌনা শীদোকদৌরিবনো, মী সিফাইনা পল্লোন তরেৎ কোয়দুনা ঙাক্লিবা, পায়বদি লায়রদনা নকশিন্না চঙলগা য়েংবা ফাওবা য়াদ্রি অসিবু ... !

—অদুনি খন্নসি হায়রিবসে !

খন্নবনি মখোয় ঙাক্লিবা কাঙবুদা হায়সি। য়ারক্লোই, মখোয়দি চুম্নগী মপান্দা শঙজবগী রাদনি, মখোয় ফাওবা নকশিল্লুবা য়াবা নত্তে। কোন্নুংদা ফজনা, হায়রগা শীদোক্লগা অমুক ফজনা শেমজিল্লমগে হায়সি। মসিমা য়াররোই। হায়রুক্কম কোন্নুংদু মমিদা ঙায়রে। হংলুবদা মরুপ অঙা-ভোন্না হায়রকই—

–নাত্তোঙ্গাও নঙসি করিস্থু খঙদে ঐখোয়গী নিংথৌদি শিরে; কুইরে শাংফুম তৌরুরগা অমুক কোথোক্তুনা মৈ থাখিবা সংস্কার তৌখিবা।

—হা। কৈদৌঙৈ ? অমা লৈরিসিদ্রি ?

—তুমিন লৈয়ু। নিনগনু ! অসিদি অশাবনি। মীরৈবাক্কী অমাংবগা ঐখোয়গী লৈবাক্কা ত্তোৎলগা শাবনি।

—হোয়নে! ঐনা মনম অমা ওইনা তৌই হায়ফুনিনে। মথবায়দি পাল্লিনা; ছিংলি।

—অত্থু অহাপ্পনি।

—এ! কমদৌনা?

—নিনগম্ন! শম হাপ্পা, য়া হাপ্পা, মীৎ হাপ্পা, খোঙ-খুৎ কায়াৎ হাপ্লেদনা! অত্থুগুম্না থরায় হাপ্পা। অয়ায়বনিনা মথরায় পাম্মু-দবনি। পাম্মুনবা মরৈ লৈতবনি। নিনগম্নু মাদি অশিবনি। খঙদনবা হায়দনা ঐখোয়গী মাঙদা ময়াম্না যোমশিল্লগা পুবনি। ঐখোয়গা শম্নবা তিন্নবা য়াবা নত্তে।

—আই! লৈবাক্তি কনানা ঙাক্লিবা?

—নিনগম্নুকো ঙাক্কনবা লৈত্রবগুম্মবনি। মচেৎ মচেৎ শায়েন-ঙায়েন-নত্থনা ইখোপ খোপচিন্নগ্রবনি। লৈবাক্তি ঐখোয়গীনিনা ঐখোয় মশেন য়েন্নরবনি। লৈকাই খুদিংমক নীংতমদৌরবনি।

—নত্তে কনানবু ঙাক্লিবগে?

—মখোয় ফৈদা খব্বনা।

—কমদৌবা! হোমো?

—নিনগম্নুনে নঙবো!

অঙাঙোনগা খন্নবসি মুমীত্তা নত্রে, থাম্থু নত্রে, চহীরোমদা ফমথুনা মুম্না খন্নরে। য়াইবুঙ অসিমক্তি কনাগীনো? লৈবাক প্রজাগীনি। চুম্মে। লৈবাক প্রজাদদি কয়ম্না কনাদা হায়রুনি। অফোঙবা থবক ফাওবা লোম্ন-রবা মতাংসিদা অয়োনবা থবক অমা তৌগে পুংজাও অসি হাংগে শীদোক-লুগে হায়গদবসি কনাদনো? প্রজা হায়বদি কনানো—ঐ? মা? নঙ? মসিমা য়াদ্রে। হায়ননবা মী থিরিঙৈ মথং মথং হায়নরিঙৈদা পুন্সি তরেৎ-কুম্বদি অত্থুম হোৎগ্রনি। নিংথৌ খুভম পায়রিবা মুপা অচৌবসিদা চুমদ্রিং চঙঙবদি? মত্থুমা কান্নরোই পাম্মবা ফাওবদা মশাগী মপোৎ য়াওরিব-নিনা পীরায় অত্থুম ঙাকগ্রগনি; ওনশিল্লক্তুনা ঐখোয়বু ঙবোংখাউদা হাংকে

হায়রকনি। মাগী রানী ইতোন তোনবী (কয়ামো শুবদৌনা তৌবী) অদুদা হাইজিল্লবদি? মদুমা খল্লবা য়াবদৌনা তৌই। লুরিবনা মথক খোংবী মচেশিংগী খল্লুরগা মাস্থ য়াপঙদনা ওইরবস্থ চীকহৌনবা য়াওগে হায়রক্লবদি ঐখোয় অনীমক য়ুম কায়বা য়াই। ফৈজুপ লোনবদি নিংথমথাদা লুম্মী অদুগা রানী লোনবসিদি উনগী মোম্পাকুস্থ মৈগী তিংখং সুম্নগুম্মী। অদুদি কনাদা চঙবা? অহাপ্পা ময়ানিনা য়ারক অমা লৈত্রে, তাল্লবস্থ তান্দ্রবস্থ চেনশিল্লুবা য়ারোই।

মুন্না খন্নরবা নৈনরবা অমদি তাননরবা মতুংদা শঙলেন শঙবা বীর-বাহুগী তালোয় অত্তোম্বী কৈনাশিজগী মত্তেং লৌবা তাখি। কৈনাশিজ থবক তৌবা নত্তে উপুগী হোত্তেল মচা অমা ফম্বনি। চুম-শোদি মানা লোইনা পায়বদৌনা তৌই। শঙলেনসিগী অঙম্বা মকোক জহাঙ্গিরনা তাল্লক্তা অরোনবা থবক-ইংখাঙ অমগী চঙদবা য়াদবুনা লাকপদা বীরবাহু থিদে কৈনাশিজ কোয়থি থি। শো পুম্নমক মানা খঙনা পায়শেম্মি। ছুটিদি নত্তবা লৈবাক্কী বগ্গাউ লৈবা মুমীং অসিদনি ইবানীনা কাদা চঙলগা য়াইবুঙ শীথরিবসি। বন্দ ঙাক্লিবা নোংমৈ য়াল্লিবা কাঙবু অদুনা কৈনা-শিজনা লোয়শঙ কাগী পোৎ-চৈ শেম্মিবনি হায়রুবনি। সরকারদা থাজ-দ্রবস্থ কৈনাশিজদদি থাজবা তাবনি। হেন্নদুম থাজখিমাল্লে। কৈনাশিজনা ঐখোয়দা চেৎনা থাজখি। হান্ননা খঙনখিবা নত্তে। হন্জক্তা শেন্না খঙ-নহনবনি। শেন্না থাবা খোংদি অথুবীনি। তুংগীনা তুংগীনি।

পুঙ অসি তপ্পা থাংথৈ। চাউবগা হায়রুরবদি ইয়াং য়াংই। মরী পাল্লিবা য়োংলী অদু য়াওরমদ্রবদি খুৎ নাম্মনা থাংবা ঙমগনি। খিনফম থাঙ্গৎফম ওইরিবা ফাল অদুদি মচী লেঙবা ঙমদে। মপান-মরা তাগ্রব-দৌনা তৌই।

তিংলিবা শউন মরী-মরীদু লৌথোকলুই। অঙাতোনদা হুংলুই।

—করি-কনাগী মউন ওইরিনি?

—নিনগম্নু; মীগীদি নত্তে।

—শা-ঙাবু লুনা চান্না তৌবগী খুদম ওইবা তারেনে?

—নিনগন্নু!

কুইনা চঙদে। অহানবগী মরী অমত্তং লৌথোক্লুনা কোমহনবদগীদি মরী মরী অতুম চিংথোকপা য়ারে। তংখায় চল্লকপগী অতুদা মরু-মনাও অনীগী মপাক্তু হুকথরকই।

—করম্বনা মনাউনো?

—নিনগন্নু—।

নাকন অনীমক্কী মপাক অনীতু পুল্লপ কেল্লকই। হেক কেল্লকপগা ঐখোয় অনীমক্কা ঙক থিংজিন্দুনা য়েংলুই। করিস্নু য়াওরমদে। মখোল ফাওবা য়াওরমদ্রে।

অফংবা মতমগী মমুংদা নংননবা হান্নগুম্না অমুক শেমজিন্দুনা থম্মী। খরনি লৈরগা কয়া হৌনা অমুক য়ৈরক্লে!

ইম্ফাল, ১৯৯৯

# চোইনৌ উতোং লমকেৎপী

কুননি চনবা চহীচাগী মুমীৎ চপ হেক য়ুংবা মুংথিল পোবোপতা থোকথিবা চাকতোক রারীনি— শকহেনবী উতোং। থায়না থায়না মমাঙ ওইরমদাইগী তাঙ্গীনমক্তদা মীত্রংবাক হায়না কৌই-কোদে হায়না তৌনবা খুজিন মমায় অমদা মচু ভরেক্তা লাংবা অরাং অচৌবা অমা লৈরম্মী। (পুয়া ফুকপদা হালেংদবা কোকয়েৎ কৈয়েৎশিংনদি হৌজিকস্নু মৈখু-মনিল ওইনা লৈরি; মকোক্তা তৌ হৌরে হায়রি) উমংগী নিংথৌ ওইনস্নু তৌই অতুগা নিংথৌগী উমং ওইনস্নু তৌবা কৈমৌনি হায়নরি। অয়ুক-অয়ুক মী

ওই অহীংদনা কৈ ওই অদুগা মুমিদাং-মুমিদাংরাইদনা হৌদোং ওইনমু তৌবনি। ফিজেৎতা মশিংখা পাল্লগা খুদোম্বীদা মমীৎ পাল্লি। ঙাংবা হৈনদে থাবনা হাল্লি হায়দনা অকুংবা য়ুম্নক্লা য়াম্না হঙোইনা তৌনৈ। কিবনি হায়না খন্নৈ। (উফক্কুম্বা থেংনবদা শাওবীং শাওবীং লাউনবনি হায়না খন্নবমু য়াওরম্বা য়ারি)।

কৈমীনা নোংমা অয়ুক অমা ঙাহৌ ঙাহৌ চথোরকপদা চরোয় অমনা লম্বেনদা খাম্নগা পাও তম্মকখিবনি—

—চীংগী ইবুঙ ...।

—করি ওইপরা অপাকপা অমকী ইচন ?

—পাউ অমা তারবাইমি নেতা ইবুঙ নঙবো ... ?

—তাপিতেতা নীংতমপী ইচল। নঙ হায়য়ুদনা।

—লৈরে ; অমা লৈরে ... !

—কনানিনা অতো ?

—থবাতোন।

—থবাতোন ? থবাতোন হায়দি ?

—অস করি হংঙুরসিগেনে ইবুঙ নঙবুনে ! হায়য়ুরো ?

—থীল্লগমুনে ইদাইরেম ...।

—তাবিয়ুদো মৈদীংঙু ; মায়থোঙনা থাজবু ঙমজৈদো ;

—হায়থোনে অঙম্ব।

—শন্নাংনা অমুবা লিনবু ঙমজৈদো ...

—চোইনৌ ! মখা ?

—পাম্বোম তাবু য়েংলগা থম্বৌ হেরাবু ঙমজৈদো ...।

—থম্বৌ হেরা ইপু ...।

—তুংয়ান তাবু য়েংলগা ...।

—চথোনে বন্দে ...।

—রায়থৌ ঙাতোন মৈঙাংবী ...।

—ঙাখা মৈঙাংবীরনে থাঙ্গোল ?

—নত্তে ; ময়া থাংঙু থোনা হে লৌশীংপা … ! থবাক তাবু য়েংলগা … ।

—পায়থোনে অশৈবা … ।

—হিরুবাক্তা চাইথশেল উপ্পনি ।

—করি মচোম্পাক্লো ! হাই কোংগ্রেং তুপী অঙৌবা অঙাং ওল্লীংবরা ?

—অঙাংনিনে ইনীংথো পোকপা কুইঙ্খিবীনি লাইস্নাগুম্বনিনে !

লাইস্না ! অরাং-অচৌবা ফুক হৌগংলকই ; ঙংহুনা হায়রকই—হাই হন্নুবী ! করি হায়রগা থোঙ হাংদোক্কনি শেংনা তাকউ । হন্নুবীনা মোইথাপ তপ্না থাঙ্গংলগা হায়রকই—ইবুংঙো অরাংবা –

—ইবেন হন্নুবী

—থবাতোন পান্নরনে ?

—হৌজিকমক

—শকহেনবী লাংবন কৌথাদো ?

—হৌজিক শেগায়নীংঙেনে হন্নুবী ! হাংলগে ?

হন্নুবী ফনেক খোংদাই মরক্ক লুকথহুনা ঙাইহাক থল্লি । ( পিরাং শিস্থখিস্থ হায়নৈ ) উনশা খুইরবী খোংদাইনা মথল্লতা শোনখিবনি—হে মহীরেল, চক অসি লোইদোরবোইরে ! অরাং-অচৌবা খংশাউ শাউরকই ঙংলকপনি—হাই হন্নুবী নঙ মতোয়নরা ! নঙক অহু থংলগা ….. ! হন্নুবীনা হায়রকখি—

—ইরৈবাকচাবু ।

—হায়য়ু নশাপুম্বা চোইনৌনা য়োম্খিগে ।

—থবাতোন ফংগে হায়রবদি ব্রাফম অহুম ঙাকপা তাই ।

—চহুম ঙাক্কে ।

—নোংপোক্ক থোঙ থিংবা তাইদো অঙম্বা ।

—থিংঙে ; অদগী ?

—নিংথৌগী কম্বাল মুৎথৎপা তাইদো অঙানবা।

—পুঙমুং মুৎথৎলে ইমাতোন; অমদুস্মু পাঙথোক্লে ...।

—ঙাইখোদা লৈবাকচা। মুন্না তাউ। নশাগী নচু খোক্তোক্লগা ময়াগী ঈচেলদা লুপশিনবা তাবনিনে।

—লুপএ—লুপশিঙ্গরগে লুপশিঙ্গরগে লুপশিঙ্গরগে ...

হনুবীনা খোঙজিন্দা লেপ্লগা লাউরুবনি—

মীরমনা লমলেম মরৈমা
চীংনা কোয়না পনজাবা
হাওনা কোয়না হাওকোয়বা
সুজলম সুফলম মলয়ানা মলয়া
নচা—ও—
নারিল ও—
মীয়াম লৈঙাক খোঙহাংঙো
হাংলো হাংলো নোংচুপথোঙ—

মবুঙ তরেৎকী অতোম্বী থবা তোনানবী, শক্তা হেনবী শানৌবী কেনা মচু অহুমগী ফিজোন্দা খোক্লকই। মাঙজৌননা মমিং তাবতদা ঙাওথবা কৈরেন পুমঙাও ঙাওখরে। মীমাঙ-পুমাঙ নাইখিদরে, পাফল ফিজোলনা খুমীৎ কুপ্পা লৈতেংলিবী ইবেনগী মমাঙমক্তদা চোংশিন্দুনা মচু অহুমগী কিরাল হাইগংলুরে। ইবেম্না শোনখি—লোইরেদো! হে ইবুধৌ নদাইরেমশিং লৌশিনবিরোদো —!

* * * * *

মমিংতা ঙায়রবা উকোন্দা থবাতোনবী পাম্নচুনা লৈরকপা কুমজা য়াঙথৈ ফারক্লে। মথংগী থংনবা চহী লীশাং অমা হৌরে। ঙসি হৌবনি। পুঙজাও ময়াম থীন্দুনা হৌবনি। চাউনা হৌরেদা!—পুন্নমক্না ঙাংলৈ।

অহৌবা নুমীৎকী অহৌবা পুঙফমমক্তদা নোংপোক হারমগী পুঙকোক কোল্লবা চীংদূম অমদা কৈ মানবা অয়েকপা চায়াম পোকপা তম্বা অমথক ঈখেঙনা ঈমায় চোল্লবা তুরেন অমদা মচাগী নীংধা সূননবা ঈ শোক্লি উতোং অমা পায়দুনা। উতোং অদু মনীং-মমাঙ হোত্রোং হোরে হায়বসি মা উরি। খঙবগুমসু তৌই অদুবু খঙবা মালহন্দে। শকহেনবী শাবান ফবী থবাতোনগী য়াথংদমক নীংশিংলি—"লোয়ুম্বা নাতোন্নম মীৎখুবা—ও, ননাওনা অঙাংগী ফত্তবা সূজগে উতোং অমি থিন্দ্রিবা ফাওবা কাবিরক্কনু ......।"

কৈরেন্না থল্লি—সুংকা কাররোই, তুরেলগী ঈশিং পূম্নমক শোক্লগা পুথ্রগে; চেঙ ব্লাংপগী পাও তাহল্লরোই; লৈনবা য়ুম পূম্নমক আর. সী. সী. না য়ুম্বী ওইহল্লগে; থোং পূম্নমক লৈবাক্কী মহুত্তা চোইনৌনা শারগে; লাইব্রিক ময়েক চত্তবা অমত্তা মালেম অসিদা থম্মরোই, লোয়ননা থরোই পূম্নমক ব্রায়থু ওইহল্লগে—

স্বর্গগী ইন্দ্রদা পাউতাক থরা পীরিঙৈদা নোংদোনগী নোংমৈ শীংজঙনা খোঙলকই—

হে মৈরেম তূকাউবা
ননীং নমাঙ হোত্রোং হো
নতু লৈমা কাং কোক — !

মরক অসিদা কৈজাউনা ব্লাতোন্দা য়েংখৎলুই। ক্বাক অমোম্না লাবদা হায়হৌরি— ...লৈমা কাং কোক— ! কৈজাওনা খঙবদা খোঞ্জেল অদু নোংমৈগীনি।

কোকয়েৎ ফৈয়েৎ অমনা তাকপনি—

—উতোংদি উতোংনি; নোংমৈসু উতোংনি; নঙনা উগদবদি ঐ, মা অদুগা নঙ—উতোংনি।

ইম্ফাল, ২০০০

# মচেৎ তারবা মিংশেল

পুরী শহরনি। জগন্নাথকী মন্দিরগী শহরনি। সমুদ্র মপানগী ঈপাক মপানগা শাগোন্নবা শাংনা অমদি শান্না শন্দোকখিবা লৈঙোয়গী মহামগী লমনি। ঈরাওখোল পু-পুদুনা লাকপা মওং কয়াগী ঈথকশিং তোর্বান অপুম্বা থুমহৎলগে মতাংগুম হাইগৎলকই অদুগা খাঙতপ খাঙতপতগী হাইথখি; হাইথখিবা থুদিং অঙৌবা তোর্বান্দা উরোংগী লৈয়ি অমমম থম্লম্মী। মথংগী ঈথক্লা অমুক মুখৎলি। মুখৎপা ঙমদবস্তু য়াওই। মুখৎখিদবা লৈয়ি অমগী মপাদা লেপ্লগা মথংগী ঈথক ঙাইরগা য়োদবরা হেনবব্রা নত্রগা চপ চাত্রা য়েংগে খন্দুনা লেপ্তুনা লৈ—বেনীমাধব। ঈথক হেক হাইথখিবদা তোর্বানগী রায়থু মচা লমজেল য়াঙবী অমা লৈখুল অমদগী ফুৎ ফাওগৎলরুগা চুমদ্রিং চেনখিবা উই। ফানবা লারুদুনা য়েংসিরা হায়না খল্লুই। অউবা মীনা করি হায়খিগদগে খল্লকই। অকোয়বদা হাইরপ য়েংলকই। চাউয়েং য়েংলগা জীব লমজেল য়াঙবীদুদা হুৎ লৈথদুনা পুক্নিং চঙগে তৌরকপগী অদুদা নাকল্লোমদা লাপ্লগা মীওই অনী উরুবদা মুন্না য়েংদুনা লৈ। মীশক খঙবা ঙম্না লাপ্লবদনি। অয়ুক্কী মুংশা অসুম অসুম ফরকপা মতাংনি।

মুপা অদুদি মশক খঙদে অদুগা মশা নানবী মতৌ লৈবী মথূৎ নাম্মনা খোঙ্পপ পায়রগা, চংমিন্নরিবদুদা ওনশিন-ওনশিন্দুনা রারী শারিবী অদুদি মশক খঙই—সন্ধ্যারাণীনি। মানবা ওইরবোই খল্লুবনি; চেকশিন্না য়েংলুই; শোয়দ্রে সন্ধ্যারাণীনি। ঈপাক্লোমদা ঈথক য়েংনা য়েংনা অহাঙবা নোংদোল তামনা য়েংথোকপা ওইনা অপা-অপাননা য়েংলুই। মাম্নি, শাওং চুম্বী সন্ধ্যারাণীনি। মুপা অদুদি মশক খঙবা ঙমদ্রে। অমুক্তসু উখিদ্রি। চিংন-চিংনবা রাখল অমনীগা লোয়ননা য়েংবনি। কর হায়বদুদি নত্তে—বালকৃষ্ণ কর। করদি সুকনৎ নত্রে। মরমদি মুপাসি মৈত্রবাকী

মাল্লি। নক্না অমদি লাপ্পা ঙাইহাক য়েংলম্নগা মখূৎ তুংবুম্ননা তপ্পা তপ্পা চত্নুনা বেনীমাধব মানা লৈরিবা, লাপহৌরবা হোটেল তম্মকই। য়াম্নমক থাপহৌরবা মতাংদা অনী অত্নুদা য়াম্না তাম্না য়েংলুই। পায়শিন্নরবা মখূৎ শান্নবগী মওংদা হাইমিন্নত্নুনা চৎমিন্নহৌবা মাল্লি। হোটেলগী কাফম কাখৎ-পদা খল্লকই—মখোয়সিবু করম্বা হোটেলদা লৈরিদৌনো ?

চহী কুনগী মমাঙদা সন্ধ্যারাণী বেনীমাধবকী মুপী ওইরম্বীনি। অহল লমম্না হায়ন-শীংনা তৌত্নুনা অনী য়াম্না চাউনা লুহোঙখিবনি। মধৌনা কোয়না লাইরিক তৌবা চৎপদা থেংনরকপনি। মীওই, শাওং-শাদা ফবা অমদি ঙাংবা মুংশিবা লৈখোন অমা উবত্নুদা ঐজ্ঞা চাউভলগা চেক্‌শিননা শোয়দনমক পীনবা হায়বনি। লক্লৌদা ঈশৈ তম্মিবা মস্থ বেনীদা মধৌনা হন্না হন্না ইত্নুনা খঙহল্লকপনি লোয়ননা—'নঙগী অতৈ লৈরবস্থ হন্দক্কী সন্ধ্যারাণী অসিমদি লৌদবা য়াদ্রবনি। মশাস্থ বি. এ. ওইদৌরবীনি। মসিমদি ইমৌ ওইদবা য়াদ্রবনি' হায়না লাইথায় তারকখ্রবনি। হেক থোরকপগা হোঙনবা শেম-শাবনি। অপাম্বা অনীংবা খঙনবা খরা লৈরগস্থ মপাস্থ মমাস্থ শক্লবা মধৌগী য়েংত্নুনা হোঙবা য়াবনি। নোংমখক্তং পুংমুক উন্নত্নুনা পুকহৎ পাউহংখি। চুংশিন্নত্নুনা য়ান্নখি। অহানবা মুমীত্নুমক্তদগী চান্নবা হৌখি।

লুহোঙবগী থা অত্নুনা পরীক্ষা হায়দোকই। বেনী অহানবা দিভিজন্দা ফাওরকই রাগগী যিওরী পেপর অমদা সনাগী মেদল ফংবনি। মায়কৈ অসোমদা ঈশৈগী হীরমদা এম. এ. অহানবনি। চাক চাউনা তৌখি। ঙা চাদবা ঐজ্ঞা চাউভলনি। মুমীৎ অত্নুদদি তাউথোংগা তোইথোংগগী অরিবা মওং মচা থায়না বামোন নহাশিংত্নুদা তাকখি। মশা শোকলপ তৌরবা মীরৈবাক্কী শারেং অত্নু অরাফদিগোম্না তেকখৎহনখি। বুজারী য়াইমা অমদি ঙক্লপ থোকখিবনি। ঙসি ফাওবা রারীনরি।

থা অত্নুমক্তদা সরকারগী ওইরপদবা প্রাক-প্রাক য়াল্লবা ঈশৈগী কোলেজ অমদা থবক ফংই। থবক চঙবগী শেল মনা অমত্তা তিংখিদে।

সন্ধ্যারাণীদি ঙকচখি। মুমিদাং চাক তোক্লগা ক্বা চাগনবা মপুরোইবগী ক্বা তপ্না তপ্না হায়রুই—

—মতম অসিদবু লুপা অমা ফাওবা তিংদবসিদি ঐদি ঙকচথ্রে ঐজ্ঞামচা।

—হন্দক্তি ঐ চৈ কারি। মথং থাদগীদি তোলোপস্থু চপ চানা ফংলগনি। মতা চারবদি প্রিন্সিপালসি ঐভোন্দা তাদৌরি।

—দিগ্রী পায়বগী হায়রুরগদি ঐজ্ঞামচানা শোয়দনা ওইফম থোকই। ওইগনিদা। কো?

—য়ারিবা দাই মতাসিগা হায়রুরবদি ওইরনি। মসি পুম্নমকসি করিদগীনো খঙব্রা?

—দিগ্রী পায়বগী।

—নত্তেবো। মহু সুংনং নত্তে। তাকউরা?

—তাকপিয়ুনে।

—নঙ লাকপদগী। নঙবু ফংবসিনা ঐগী খ্বাইদগী লাইবক ফবা হায়বহু ওইরবনি। লাইবক অসি থম্বাল শাৎলবনি। বামোন বেনীগী লাইবক্কি থৌরানী সন্ধ্যা।

—ওইরিনি!

—অওইবগীনি সন্ধ্যা ঐ অসি লাইবক য়াম্না ফরবনি। নঙগুম্বী ফজবী ফীবম ফবী খোনস্থু য়াম্না নুংশিবী অমা ফংবসি ঐগী পুন্সিগী চাউরবা মহৈ অমনি। রা অমা হায়গে নঙ ঈশৈ শক্লিংব্রা তম্বিগে শকউ নখোন্দু ঈশৈ য়াগনি।

—ঐ ঈশৈ য়াওজরোই।

—করিগী?

—ইবানীমক কোয়চং চথোক্লবদি অঙাংশিংগা অহল ঐজ্ঞা ইথৌগদি কনানা ষেংবিগনি?

—ঈশৈবু কোয়চং চংলি হায়বদি কনানা হায়রিবা?

—হায়দ্রবস্থ য়ারবসিবু। স্নুক নৌরিঙৈসিদা মীগী কনসর্টনি সম্মেলননি হায়দনা চৎখ্রগা নোংঙাল্লমদাইদা হুল্লকপা অহুম্নক স্নুরে। হয়েংব্রাইদি কমদৌরগবা।

হান্নরা হায়নখ্রবনি লোয়ননা মাঙজোননা থৌরম য়াৎখ্রবনি হায়দুনা বেনীমাধব হৈনীং হৈনীংদনা চৎখ্রগা থেঙনা থেঙনা হুল্লকখিবা য়াওগ্রে। সন্ধ্যারাণী রানা রানা ঙাইখিবনিনা মুমীৎশিং অদু পুংফমগা কোন্ননা নীংশিংলি। অহীং নোংশোইবা অমদি ইপা পানীংদবা উপন্যাস অমা পাদুনা লেনখি। মুমীৎতু থৌরানী সন্ধ্যা মরম ইখঙ খঙদনা মপি শিন্থখি ; হন্না হন্না শিন্থখি। থিল্লকপা গাড়ীগী মখোল তাবা অদুগা বেনীনা রাগ অমগী মুংশিবা ঈশৈ মতেক অমা ঙংদুনা চঙলকপদা হায়ফম খঙদমখৈ মুংঙাইবা ফাওজখিবদুস্থ সন্ধ্যাদি নীংশিংলি। চাক ওইনখিবদুদি অনীমক্কা পরেং অমত্তা কাউদনা নীংশিংলি। ওইনবা থেম্বগী মুংঙাইবা অমস্থ বেনীনা অহানবা ওইনা ফংখিবনি। মতুংদা মুংঙাইবা অসি হন্না হন্না থেংনখি। সন্ধ্যাস্থ মুংঙাইজখিবনি।

চহীমুক লৈরগদি মুংঙাইবগী মহুত্তা ইশৌ লাংনবরোমদা চথরকখি। থেঙনা থেঙনা হুল্লকপা তোয়খৎলকপদা, য়াম্না অস্থম তোয়খৎলকপদা সন্ধ্যানা তুকা থিরুই—করিনো তৌবিরিবসিবো! মুমীৎ খুদিংগী নোংঙাল্লমদাই নোংঙাল্লমদাইদা হঞ্জিল্লক্কনা —! সিবু হৌনরিব্রো —! মুমীৎ অসি বেনীমাধব অহানবা ওইনা য়ু থক্লকখিবনি। অহানবা ওইজরবস্থ তম্বা হৈ‌ংদা কুইনা চঙদে, মওং ফজনা অদুম তাখি। মফি হোংদোক হোংদোক্না পাউখুম পীখিবনি—

—মুপা ঐনা চৎপদা মুপী নঙ চগৎলক্কস্থ! কদায় চাক পুশিল্লকউ। থবী থোকললকউ।

—আই মনম-মহাকাস্থ য়াওরমাল্লেনে। হিদাকস্থ য়াওরবো।

—হৈরেদা হিদাক কায়না। লৈশারিঙৈদা সঙ্গ ফররকপা হায়বসিদি খঙনবী রাহৈ-রাতাগা লোইনা খঙঙেনে হা।

—কৈনো হায়রিহ্নবো সঙ্গনা নঙনা মফম-মরাঙ খঙদবমথৈ ফরগা ঐঙোন্দা ওনশিল্লকইসিবো ! ঈশৈ সুর পাল্লিবনি তম্বিরিবনি হায়দনা মফম খঙদবী নহা খরগা হেংঙো-হেঙো .. !

—করি ! নঙগুম্বনা ঐগী বিদ্যা পন্দুনা ঙাংবা ! ঙসিদি ঙসি ওইরে খঙ-দবগীনি কৈস্নু হায়ররোই মতুংদা অমুক পল্লকঅবা মফম-মরাং খঙদবা আক-পাক তম্বিরক্কবা নপাম য়ৌরে !

—করি ! ইমা-ইপাবু মফম-মরাং খঙদবা কা হায়বহ্নদি য়ারোই ! ঐনা হায়বদি বিদ্যাবু নত্তে মায়নানবী তুংয়ান ফবী, থীক-থা চৌংগুম্বীশিংহ্নবু হায়বনি ... ।

—হাই ! নবেম্মশিং ঙাক্তনিনে মহোয়দো । এম. এ. তম্মিবা, রাজনীতি য়াওবা মপা-মমা লৈবাক্কা শকখঙবা শেন-থুমগী পররাহ লৈবিদবা ঙাক্ত-নিনে । রেডিওদা ঈশৈ শকপগী ওডিশন পাস তৌরদনা এ. আই. আর.দা শক্কদৌরিবনিনে । বি. এ. গী মিয়ুজিকোলোজী পেপরদা চামদা মরীফুতরেৎ ফংলিবীনিনে ! নঙগা পাবা য়াব্রো !

—অহ্নক মুন্না খঙলবহ্নদি মাগী নাপ ফাওবা করিগী খঙলোই ২৮-৩৪-৩৪...

—হাই মহ্নদি নঙগী নহানরাই স্কুলদা তাম্মিঙেদা মফম-মরাং খঙদবা সিনে-মাগী কাঙবু অমনা শীনবা বিয়ুতি কণ্টেস্তদা শকহেনবী রাণী তাখিবী সন্ধ্যারাণী ফীবম ফবীনা খঙগদবনি । নঙোন্দা চামদা মরীফুমাপল পীখিবা পুলিশ এস. আই. অহ্নগী মমৌনিনে খঙঙবো লরায়নুপী ফিগর ফবী ! শকহেনবী রাণী তাবী ক্লাস আইটতগী টেন কাবী ।

—চুম্মীদনা মানবুদি পুলিশ ফিলম স্তার ডিরেক্তর রামুগী মমৌ ওইদদি । কনা লৈগনি মকুনা শেন্বা মমৌ ।

—তো ! অহ্ন খঙভিবী নঙনি, হা ! ঐ লোইনা খঙবা জাংনি লাং·নু য়ামফক তারবা ইথৌ তুমথবা য়ারোই । চাক চাগে চাক পুশিন্ন··উ । মমীংতা মস্থ স্থথাং অমত্তং উজনীংবা ইথৌবু খুয়া তুমীংহনবা ঙমদবী

নঙনি। ঐ খঙলবনি ঙম্বগী ৱাসু লৈত্রে! বিয়ুতি কনতেস্তকী কোয়নোম নোম্বদা কম্মবা কান্দা ... !

—মদোমদদি ঙাংগমু ঐজ্ঞামচা, চুম্ন-চুম্নগী .. !

—চুম্মবনি। অচুম্বদি য়াক্লা থোক্রা! হা! কান্নদে ৱা য়াম্না য়াম্ন-ভ্রিভৈদা চৎখ্রো!

—করি চৎপা! নঙহুম চংলু! নোং ঙাল্ল ঙাল্লগা হঞ্জিল্লকদৌ ওইরদি হঞ্জিল্লক্লমু! চংপিখ্রো!

—অদু হায়রদি হঞ্জিল্লকওই! বামোন শকহেনবী নঙ লৈরিবমখৈ সুকহন হঞ্জিল্লক্লোই! চৎসে! চৎলে!

লৌথোক্লুনা য়াল্লম্মবা গুরু-শর্টকা ৱেস্তকোটকদু তাপ খোমহুনা পুৱগা বেনী চাউকান চাউকান কান্দুনা থোক্লকখি। হৌবদগী তাহুনা লৈরকপা মধোনা লাউহুনা খাম্মুই। অনীমক্লা তাখিদে। বেনী তরানীমুক হঞ্জিল্লক্তে। মুংশা থীজরবী সন্ধ্যানা মানা চিংন-চিংনবা মফম খরদা খিরুই। কোলেজদি মতম চানা কারকই। মতম চানসু কুমখি। য়ুমদদি হল্লক্তে। শহরগী ময়াইদা নৌনা লিংখৎনবা হোৎননরিবা ঈশৈগী অঙাংশিংগী স্কুল অমগী চিয়ারমেনগী য়ুমদা লেক্লুনা চাহুনা লৈরে হায়বা পাউ তাই। থবক লৈবনা ওইরিনি কোম্মবা মতমদা মতাং চানা হঞ্জরকনি খন্দুন মথা হোৎনরুদরে।

হল্লকই; থামথায়মুক লৈরগা বেনী হল্লকখি। নোংয়াই মতুংদা মরোল ইফাই ফাইনা হৌদোক্লে—মী লৈব্রো থোঙ হাংঙো! সন্ধ্যানা ফুক হৌগতুনা হরাওনা হাংদোকলুই। কৌদে, কৌনদে তকুক্লিমুক অপাননা ৱারী শান্নদে। হান্নগী পুন্সি তারকপদা তরানীমুক চঙই।

চহী মঙা-তরুক য়াম্না ঈশৌ লাংনা হৌখি। অহল লৈতবগী মতাংদা পুম্নমক কাউথোক্লরগা সেগা-মাইগা নক্লা হান্নগী অহৌবগী অহুগুম্না তান্নখি। ঈংনা লৈমিন্নখি। অহুবু কুইদে, থা খরা লৈরগা বেনী মাগী হৈনবীরোমদা

মায়পুনরকখি। হান্নদগী হেল্লকখি। চৎনীংবা মতমদা চৎখি হজিন্নীংবা মতমদা ঙাওহনা অহুম লাকখি। য়ুমদা লৈতবগা মান্নবা লৈখি।

তোলোপ চাউনা ফংবনি। অতুবু য়ুমদদি ইপি পিশিন্দবা কুইরে। চান-থক্লবা চাদিংগী রাকম নীংশিংলগা অমুক অনীরক নিবা ওইনা পীনবা হায়রুই। তোলোপ ফংগে হায়বা খঙলগা হায়রুবনি। বেনীনা ফনা কুইনা খুম্মুদ্রবা মতুংদা ঙংলকপনি—

—শেনবু উদা-রাদা পানব্রো। লেমজা থারুবা লৈরিব্রো ঐবো! সঙ্গ লৈবী, শাগৈ চাউবীনি হায়দনা পোঙবদাই! করিগী পীকথরক্লি। চানিদা মখঙবা তানগনিদি খঙদবা! চরা হেনবা তাবনি।

মথংদা অমুক পল্লুদরে হায়রুদরে নিরুদরে। থা অহুমমুক মপামদগী কল্লিনো অমা নত্রগা অমা হায়জিল্লগা থরা থরা হোল্লুবনি। মগীশুবা থাদদি চৎলুবা ঙমদ্রে। চৎলুরবসু থোঙ্গান্দগী হল্লক্লে। মমা-মপানি হায়দে চীন কাঙবা ঙমদবা মতাংসু লৈ।

নোংমা সনা মচেং অমা লৈরিবতু ইকায় ইকায়না কায়বা চংপদা কোনশঙদা নহানরাই স্কুলদা তম্মিন্নখিবী, ঙস্তানা ময়ুম পানখিবী জামিনী থেংনৈ। য়ান্না নংনা হৌখিবী জামিনী সনানা পুমলং লংলম্মে। নৌনা চৎনরকপা লৈ অমা শাহন্ননবা সনা লেপ্পা লাক্লম্বনি। ইকায়জবনা কান্নবা ঙমদ্রে। থোকমিন্নরকপদা জামিনীনা খোমজিল্লকপদগী মহাক 'ইস্তর্ন ফাইনান্স কোরপোরেশন' গী মশক নাইবা এজেন্ত ওইরে হায়বসি খঙলকই। শেম্মোক লৈবা থবক ওইনা তৌবহুদা সন্ধ্যাসু এজেন্ত ওইনীংবগী রাখল ফোঙদোকলুই। অরাবা রারী মতেক অমা তাবদগী, লোয়ননা ঙাংবা-শকপদা রাশী লৈবা মশক-মতৌ মওং চুম্বা উবদগী শোয়দনা মায় পাকনি হায়না খন্দুনা জামিনীনসু ওইহন্নীংলে। সুমীৎ অতুমক্তদা কোরপোরেশন অসিগী মণিপুরগী ব্রাঞ্চকী থৌবুরেন ওইরিবা বালকৃষ্ণ করগা উন্নহনখি। অরাকপা পূম্নমকপু লুনা তৌবা করনা য়াম্না লুনা-চাম্না তৌরকখি। মথংগী সুমীতগী তৌগদবা অমদি তৌবা য়াবা থৌরমগী লম্বেল

পূন্নমক তাকপিবা হৌখি। মবুক্লিংদা চপ য়ুংনা লেপ্লবনিনা, লোয়ননা অমত্তা ঙায়রবা থবকমক্লি হায়না খল্লুরবনা সন্ধ্যাস্থু মায় পাক্নবা লাক্লখি। চাবা-থকপা কাউথোক্লুনা অয়ুক ম্নুংখিল হুমিদাং ত্তুনা লৈজবী থাত্নুনা লাক্লবদগী থা অহুমগী মনুংদা মী য়াম্না খোমত্নুনা কোরপোরেশন্দা শেল য়াম্না কাহনবা ঙমখি। মনা মচা অমা ফংখি। বালকৃষ্ণ কর য়াম্না পেনখি। ময়ুমদা পীক্তক চেংতকপা অহকপা পার্তো অমা পীখি। এজেন্ত মযাম্না লৌকই হায়দনা লক্লরিবা করগী থুংচাও থাবা মওং উবদা এজেন্ত মকোক ওইগদৌরবী জামিনীদি লৈজবী থাবমথৈ ঙকখি। কেরিমথৈ পকচবী সন্ধ্যাবু য়েংবদা মমীৎ কুপ্পা কাউখিবী জামিনী ওইখিবনি। থংননা ফম্মিব মাইকেলদা হায়রুই—ঙসিদি ঐগী মরূপ সন্ধ্যাসি তশেংনা ফজরম্রা ইবুংঙো মাইকেল, কো ফজেকো? মাইকেলনা তাইগী মঙোন অত্থু থুবীগা থুদোম্বীগনা কাইদ-কাইদ তক্লগা হায়খিবনি—লৈশাবীগুম্না তৌবী অসিং ইচে জামিনীগী লেংগাবনে বাই গোদ?

—মান্নি বাই গোদ।

—থাজদ্রিবো ইচে।

পার্তৌগী মুমীৎ অসিদা সন্ধ্যা হুমিদাং থেঙনা হল্লকখি। করগী কারন থিল্লকখি। থোঙগী শো তাহৌরবা বেনীমাধব মাঙোনগী ফানশাংদ ফম্মগা ঙাইত্নুনা লৈরম্মী। বেনী গুরাহাটীদা হংচিৎ পাঙথোক্লদবা সঙ্গীত সম্মেলন অমদা শরূক য়াক্লগদবা মী খরনা শাবা টীম অমা পুরগা হৌজিব অহীংদা খোঙশানগদৌরিবনি। ফি-রোল খরগা স্যুটকেশ চাউতক তৌব-ত্নুগা লৌবা লাকপনি। তম্না হম্না কৌরম্মগা থোঙ শো লোনবগী থুদম ফংবত্নুদা ফমত্নুনা ঙাইবনি। পুং অহুমগুম্বা ঙাইত্নুনা লৈ। ঈশৈ মতেক অমা ঙংলগা লাকপা সন্ধ্যাবু মৈঙান্দা থংউ উরকপদা বেনী ফুক হৌগংলি, হংলুই—হৌজিক ফাওবা কদায়দা লৈরুই?

—মত্থু হংবগী দোরকার করি লৈরে। নঙনা থোকপা তৌরোনা। থবক চৎলুবনি। হিংনবদি হোৎনবা তাবনি।

মুমীৎ ছুম্মি ভাওরক্লিবা বেনীনি। লকক তৌই! চঙচুনা লৌগদবা পোৎ মথং মথং থাংদোক্লগা ঈরুকারোমদা চঙখিগে তৌবা সন্ধ্যাদা হায়রুই —ঐ হৌজিক লংফৈ চৎলনি ; খরা কুইরকপা য়াই ; তোলোপ নঙোন্দা ওথোরাইজ তৌরম্বনি কেশিয়ারদা লৈহৌবনি ; লৌথোক্লগা থারকউ এড্রেস পীরক্কনি ; নঙগী খরা লৌহৌগে হায়রবস্থু লৌহৌ ; তাং ১৩ দা ইধোগী দিন তাবনি গোবিন্দগীদা উসোব অমা কৎলু ; য়ামত্রবদা মী ১৩ য়াওহল্লু মৈতৈ তরা বামোন অহুম য়াওহল্লু ; মুমীত্তু নঙদি চরা হেল্লু ঐস্থু হেনগনি। মুমীৎ অহুদি নীংশিংগদবনি—ইবানীনা ইহান হান্না উন্নখিবা মুমীৎনি ; মুমীৎ অচুদনি ...

ভাংনা ভাংনা বেনী থোকলক্লবা লৈথোরকখি। ঈরুকাগী থোঙজিন্দা লেপ্তুনা ফনা কুইনা তাচুনা লৈরম্মগা সন্ধ্যা চঙশিনখি। মপী তোম্বনা তৈথোকখি। বেনীনা উরকখিবনি— সন্ধ্যা সাব্বার লৈজবমথৈ থাদোক্তুনা ঈরুহৌই মফি অমত্তা লৌথোওনা ফক্লাংদা মমায় লূকশিন্দুনা অশাবা শক্তমগুম লেপহৌরি।

বেনীমাধবনা চৎপ্রবা মতুংদা সন্ধ্যা মাগী ঈংনা চীক্লবা কা অচুদা কুইনা কপ্তুনা লৈরম্মী। নোং পুংঙান ভাল্লবা মতুং কাইনথংদা ভাইহাক উরোরোন তৌকই। মমঙ-মহাদি ইচোই চোইখি। অহুম্ব কনাদদি তম্মুগনি। পাক্লবা ফমুংদা থুয়া লুখুম ওন্ননা হিপখি হায়বসি কনাস্থু খঙদে, মশাস্থু ভাব অমা ইতা তাদবগুম তৌখি।

মার্চকী তরাহুমদোইদনি বেনীমাধব শর্ম্মনা কামখ্যা মন্দিরগী অহানবা কোম্ফোং অচৌবদা মথম্নতা ফমচুনা ভৈরবী রাগদা লাইশোল ঈশৈ অমা শকখিবা। মুমীৎ অসিমা বেনী ঈশিং লুম্বু-লুম্বু শাবদমক থক্তুনা লৈখি উহৈ মচা অমা ফাওবা য়াতোন তংখিদে। মুমীৎ চপ য়ুংলকপগী অচুদা চী মায় অমদা মুংশা থাঙবা ওইনা মথন্তা হিপ্তুনা লৈখি। মফম মতাং মরম ইখঙ খঙহৌদনা তানপুরাগী তরা অমা মথম্নতা ময়ায়থীগাঙ থাঙতপ্তা তৎলকখি —বৎ!

মতাং অসিমক্তদনি অয়ুক অঙনবদা পীকথ্রবা উসোব অমা কৈথেল মন্নুংগী পীক্লবা মন্দির অমদা কৎলগা মন্দির অদুগী পুজারী ব্রাহ্মন পঙ্কজ দাসকী ঈংলবা লৈফম কা মচা অদুদা সন্ধ্যারাণীগা বালকৃষ্ণ করগা পোথা-মিন্নখিবা। পুজারী পঙ্কজ বালকৃষ্ণগী লোয়শঙদা পিয়োন ওইনস্নু থবক তৌবনি।

হাপ্তামুক-করিমুক্তা চৎকদবতুনা লক্ষ্মৌদা হুপীমচা অনীথক মিং চনবা থিল্লুবা তারবদগী কুন্নীমুক চঙপ্রে। লক্ষ্মৌদা লৈম্রিঙৈদা যম্র অমনী লৈশেমখিগে লেপ্তুনা য়ুমদা ট্রঙ্কোল তৌই; হন্না হন্না তৌই। সন্ধ্যারাণী স্নুকপায় পায়থৎলক্কে। বেনীনা থনবনি—করিনোনে অয়ুক-মুংথিল-মুমিদাং-নোংঙাল্লমদাই ফাওবা মী লৈতবসিবো! চহী মঙা-তরুক লৈরম্মবা শহরনি। মরূপ-মপাং চপ চানা লৈ। অপাম্বা শেনফম পুরগা লৈগদবা পোৎ খরা লৈশিল্লি। সন্ধ্যারাণীনা নোংমা পামজে হায়খিবা খোঙ্গুপ অঙৌবা অদুমস্নু য়াওশেম্মি। চৎলমদাইগী পোৎ য়োম্বদা চনফাত্তবা মরম অমদগী খোঙ্গুপ অদু নাম্ম নাম্ম মতাই মতাইদা লাপনা হাপ্পবা লাক্লে। হাপ্লুরগা লাপ্পবদু মুংঙাইরক্কবা রাথল অমদগী মতাই অমদা পুল্লপ চন্নবা হাপ্পুই। কন্না লাক্করিঙৈদা সন্ধ্যাবু হাইরপ উরকখি। ঈরুকাদা চঙহৌবী সন্ধ্যারাণীবু ময়েক শেংনা উরকখি। মতম কুইনগী তুংদা মশেমদি থেম্বগী মুংঙাইবা অমা পীদ্রবস্নু লৌরগে হায়না থনখিবা অশেংবনি। মশেম অসিবু কৈদৌঙে ওইরিদৌবা?

ওইরকপা মশেম অদুদা বেনীমাধব ইম্ফালদা মতম চানা থুংই। মতম ইনৎ নত্তবদা নোং খরা চুরম্মী। রাকচৌংগী নোংলেন অমগুম্বনি। টেক্সি অমা তনরায় রায়দুনা বেনী হাইগৎলকখি। য়ুমদা চুমথ্রিং লাকপনি।

য়ুম শো লোল্লম্মী। হরাওবগী ইহুল অমগা লোয়ননা ঙাইহাক্ ঙাই। ঙাইনা ঙাইনা ইংখোল-শংবন কোয়না চত্তুনা য়েংলুই। শম্মনগী ফক্লোং মচেৎ অমা মপাল্লোমদা তুম্নুনা লৈরম্মে। হয়েং অয়ুক্কি হোগৎকে—নত্তে

হৌগৎমিন্নগে হায়না খল্লি। মতাং অসিদা পঙ্কজ দাস একাগাড়ী অমা তোংতুনা লাকই ; হায়রে—

—মোশাই গুরু বেনী ওইবিয়ব্রা ?

—ঐ বেনীমাধব শর্ম্মনি ঐগী য়ুমনি করি-কনা-কময়দোবা ... ?

—শো ময়াম অমা ঐদা পীরকই চানবিতুনা লৌহৌবিগদ্রা ... ?

—করিগী শো ওইরবনো সোমবু কনা ... ?

দারী মপান্দা শো চবুল অমা থম্মলগা পঙ্কজ চৎখ্রে। বেনী ঙকই। মসি ইহান হান্না পুন্সিদা ঙকপনি। শোরোমদা য়েংলুই। মশক খঙবা শোজৈ ঙাক্তনি। তাপ লৌখতুনা য়েংলুই। খোঙগী শো তাপ খন্দোকুনা হাংদোকলুই। হেক হাংদোকপদা কুইনা লোনশিল্লুরবা কাগী মনম ফাও-রকই। খোঙনাও হাংদোকে চঙশিল্লুবদা ফমুং নাকন্দা থাবা মেজ মচা অমদা লৌশিন্দুনা তুগে তৌই। হাংদোকলুরগা মেজতু শেমজিনগে লুক-থরুবদা শেল মপুল অমগা পীরুবা মুপীগী খুদাং ঘড়ী অমগা উরকই। ঘড়ী অদু মানা মশক খঙবনি ; মানা ইহান হানবা তোলোপ ফংবা মুমীত্তা 'ইম্ফাল ঘড়ী-শঙ' দগী খনবমথৈ খল্লগা লৈরকখিবা সন্ধ্যাগী ঘড়ীনি। ঙাই-হাক পায়খতুনা য়েংলগা শেলদা য়েংথরুই। চে মচেৎ অমদা ইরম্মি— হন্দক থাগী পেনি ; ঐনা লৌথোকলুয়ে। কনানা কনাবুসু থিনরগুমসি। ছশা রাই শংদ্রবী অমা ওইরে।

মুক অশংবনা ইবা (নত্রগসু ইমিন্নবা) চে মচেৎ অদু মরীরক পারগা বেনী চপ লেপ্তুনা লৈ ; ফনা কুইনা লৈ। কুইনা লৈখি।

পুরীগী সমুদ্র খোঙবান্দগী মথুৎ তুংবুংনতুনা চঙলকপা বেনীমাধব থোঙান্দা ফনা কুইনা, য়াম্না কুইনা লেপ্পলগা রিসেপশনিস্ত চমু অদুদা হায়রুই—কমরা নম্বর তেরহকা চাবী।

ঙরাংগী থৌরমদা অঙকপা ফংবা থৌদাং পাঙথোকলুরগী মরীদগী নরা ইকোয় কোয়না ঙাইরম্বা প্রেসকী নীওইশিং অমুক্তম্বা পুল্লপ হোৎ-চিল্লকই। হোটেলগী মীওইশিংনা থাম্মবা ল্যাক্কে। থাম্না থাম্না খিংরা

ভমহৌত্রবা লৈশাবী পাউগী অমা লীংশিল্লক্লগা হংলে—সার অদোয়া খুগীবু কয়িনি হায়না খনবিবগে ? রাহং অতুগী পাউথুম ওইনা ( নত্ত্রগস্থ রাহং অমমুক ওইনা ) গুরু শর্মনা পাউমীতুদা মুন্না য়েংলগা মোমোন তৌখি ; মোমোন্নমক তৌখি। লৈরম্লিবা ময়াম অতুনা ভকখি। গুরুবু অখম্নবা চাক্লেম অমগীদমক্তা লৌবা লাকপা মখোয় খরনা পুন্না খুবাক খুরকখিবনি। গুরু শর্মনা নাত্তোনস্থমাও খজিক নাল্লুবদা অনকপদা লেপ্লম্বা অমনা খংনবদা হায়রুই—হাই পাগোল মানুষ। সাধু গুরুরের সামনে ক্যোং আয়া! ভাগো ভাগোরে উল্লু!

মথংগী অয়ুক্তু কোনার্ক মুমীংকী লাইশঙ য়েংবা চংলি। য়াম্না ভম্না চংলি। মথম্নতা চংলি। ভসিগীসি অনীরক সুবনি। খরনিগী মমাঙদা সরকারগী ওইনা শীনবা লম্তু য়েংবগী কাঙবু অমদা য়াওতুনা লাকপ্রে। কুইনা মমুদ ভানা য়েংগ্রবনি। ভসিনা মুমীৎ চুপ্না হাঙনা লৈগদবতুদা মতম লেনবগীস্থ ওইনা লাকপনি। মুমিদাংদদি গুরু তরুককী ঈশৈ ফাংনবদা মম্বাই তাণ্ডবল লৌতুনা শরূক য়াগদবা লৈ। কোয়চং চত্তুনা য়েংলুরগা কাচিন্দা উ অমগী মখোঙদা ভাইহাক পোথাগে খন্দুনা চঙশিল্লুই। হেক নকশিল্লকপগী অতুদা লকক তৌই। নাকচেক্তা খংউ উরকপনি—সন্ধ্যা-রাণী লৈরন্মী ; মথম্নতা উদা ভাথতুনা ফম্মি। মুমীং মন্দিরগী অশাবা—অহকপা শক্তমশিংগী লাইরিক অমা মুন্না য়েংলি। নাক-য়েংকী লৌশিং লৈহৌদবদোনা তৌই। উবমক্তা গুরু বেনী শর্মা শ্বায় লাউদে, খংপ্রেক খংদে লোয়ননা মমীং কুপ্লস্থ কাউদে। উথক্তা মুংশা খাঙলিবা শকখঙদবা চেক্লা অমনীদা হাইরপ য়েংখংলম্মগা ওস্থোক্তুনা চংলকই বেনী—গুরু বি. শর্মা। খরা চংলক্লগা হুম্নস্থ য়েংখিদে খনবদি মথল্লুবনি।

সংগীত সম্মেলন লোইশিনবগী মীফম অতু মতম চপ চানা তৌই। মম্বায় তাণ্ডবন্দা কমথরগা গুরু বেনীনা ইতং তত্তনা তৌবগুম, ভাবোক-লোমদা চাউয়েং য়েংলুই। মাঙগী পরেংদগী পরেং অহুম-মরী হাইথরগা মভাইমক্তদা সন্ধ্যারাণীস্থ কমা উরকই। মৈতৈগী ফিজেত্তা কেবা ওইবগী

পুক্লিং চঙলুবা নত্তনা খোইদোকপা রাখল লৈতে। মরক্তা ভপ্লা মোংলক-খিবা রাখল অমতংবু—'মসি অহল ওইশিনবদি হৈত্রবা জাৎ ওইরে।'

অহিং অহু যাম্না থেংনা হল্লকই। মনা খরগা সম্মান তৌবগী খুদোন-পোৎ ময়াম অমগা পায়বোই কোনবোই তৌহনা চঙলক্লগা কাপী শো পীনবা হায়রুই। রিসেপসনিস্ত অহুনা হায়রকই—

—সর, সরগা লোয়নরকপী অহুনা লৌরগা চঙখ্রে। কুইদ্রি।

—লোয়নরকপী? ঐদি ...!

—ঐখোয়সু নহানখৈ উদে খঙ্গবনি। মমিংদু—(ইশিলহৌবা চেদা য়েংলগা) য়েশ, মমিং সন্ধ্যারাণী কৌই হায়। অহলসু নত্তে নহাসু ...।

—খঙঙে। ঐ হয়েং চৎলগনি বিল-সুং ...।

—সরগী বিল সংস্থান্না পীগনি হায়রম্মী।

চঙখিবদা সন্ধ্যা শোফাদা ফমহুনা লৈরম্মী। পুরকপা ময়াম অহু ফমুংদা থম্না থম্না খজিক য়েংলগা হংলুই—

—কয়াম কুইরম্মে?

—কুইদ্রি। ভাষন লোইবা ফাওবা তারম্মী। পোল্লোইগী ঈশৈ ঙাইহাক তারম্মগা লাকলম্বনি।

—উম।

ফনা কুইনা বা ঙাংনদে। বেনী মফি থরা লৌথোক্লগা ফমুংদা লংশিনখি। সন্ধ্যানা খল্লুই—হল্লকপগা জগৎ পুম্নমক ফমুংদা লংশিনবদি তোক্লি। পৈহুনা লৈবা ফি-রোল কাওথোক্লগা হিপ্নগী মঙৎ অহু অহুম্মক লৈরিমাল্লে। বেনীনা ঈরু কাদা চঙলগা মমায়-মমীৎ তারুমগা থোক-লকপদা ফমুংগী ফি-রোল পোৎ-চৈ মকম চানা চানা লোইশিল্লম্বা উই। লোইরগা সন্ধ্যা ফম্মাংদা লেপ্লগা সুমীৎ থরনিগী মমাঙদগী নম্নকপা ফোটো ময়াম অহুগা ঙসাইদা পীরকপা চেক মনা অহুগা পাযহুনা য়েংলম্মী। বেনী

হংগে তৌরুই—নঙবু, শেল পীরম্মুরো ? হংলুদে। 'নঙবু'—হায়রগা তুমিন লৈ। সন্ধ্যা ভানীংনা অমদি খঙনীংনা ফল্লপ য়েংহুনা লৈ। ভাইহাক কুইনা ভাই। বেনী পোৎ মচা-মস্থ খরা লোইথোক-লোইশিন তৌহুনা ভূপা হায়রকই—

—ঐবু তুরুৎচরিনি ? ঐ হায়গীহু নত্রে ; খঙলম্মনি ?

—ভারে। অঙাংশিং করি-করি কদায়-কদায় য়ৌরে ?

—মুপী অমত্তনি ; মচা অনী মুত্রে। লম অসিগী ব্রাইবেল অমদা পানবনি। মাগী মকুবোক্তি ঐগা নহান সমুদ্র মপান্দা চৎমিন্নবদো। মকুবোক অহুম্ন ঐগা থবক তৌমিন্নরি। ঐ শহর অসিদা ডিপুটী মেনেজর ওইনা লৈবা কুইরে। মানা এজেন্তশিংগী মকোক্তি। ইয়া অহুনা কারবার তৌরি। নহাক্তি য়াম্না ফরে হায়বা ঐ তাবা কুইরে। য়ুমদি অমুক পাত্রে ?

—কর কমদৌরি, বালকৃষ্ণ কর ?

—মা থবক্তগী পোত্থাবা কুইরে। চিল্কা পাতলোমগী থুঙ্গং অমদা মাগী মুপী অহনগী মনাক্তা লৈ। ঐহাক মাগী মরীশুবা মুপীনি। নহানরাই ঐগী চে মচেৎ অহু পাবদা ঐবু হাৎনীংলমগনি ?

বেনীনা হায়নীংবদি—নঙগী নঙনা পামজৈ হায়বা খোঙ্পূপ অহু লক্ষ্মৌদগী লৈরক্তুনা লৈরে অসিনি। অহুবু হায়রুদরে। হায়রুবনি—

—নঙবু খেঙখিরোইদ্রা, কনাগা লাকপগে ?

—খঙই ঐবু তশেংনমক তুরুৎচরে। চৎলনি। ঐনা লাক্তুনা লৈরম্মীবসিগী মথ্নমদি ইহং হংদে ; করিগীনো হংলোইদ্রা ?

—ইংদ্রবম্ন খুম্বা পাউথুম য়াম্না লৈ সন্ধ্যা। ঐদি পাউথুম থিদবা কুইরে।

—হৌথিবা থাদা জগন্নাথকী অমনবা হকচাং শিনবা মতম থোকখি। পুজারী মরূপ অমদগী ফংঙমদ্রবা মহা-মহা প্রসাদী মচেৎ মচা অমত্তং ফংজহৌই। মহে য়াম্নবা পুক্সি ফংবা মহা-মহা প্রসাদীনি।

চেৎনা থাজনরি। মীওই অহুমগুবদা পীবস্থু য়াদে। মসিমক্তং পীগে লাকপনি। অতোম্মা অমক্তা পীখিগনু; সিদা থম্মে। খোঙলো পল্লোদনা য়োবা ওইবিয়ু।

ঙাংনা ঙাংনা সন্ধ্যানা বেগঙনী কাঞ্রংফিগী ফিজেৎনা পীক্লা য়োম্বা পীকপ্রবা মল্লোম মচা অমা তপ্পা লোথোক্লপা ফমুং মন্নাগী মেজ মচা অহুদা থম্মী। তপ্পা তপ্পা খোঙ তপ্পা চৎলকই। বেনীনা হায়রকপনি—সন্ধ্যা, ঙাইখোদনা।

খোঙ খজিক হাংলুরগা সন্ধ্যা চপ লেপ্পি। লোইরোইনা খজিক লৈশিন্দুনা য়েংলুই। বেনী তপ্পা চঙশিল্লক্লম্মে। খোঙগী খুৎপায়ফম তকোম-তকোম পাম্বরিবা সন্ধ্যারাণীগী মখুৎ য়েৎ অহু তপ্পা পাম্বহুনা খজিক চিংশিন্দুনা হায়রুই—নঙ হৌজিক চৎকনি; ঐনা হন্নেং চৎপ্রগনি। পম্বনবা য়ারোই, শোয়দ্রবনি নমুম ইয়ুমদা চৎনগদবনি। অহুদা ...

—অহুদা কৈদৌবা?

—হৌখিবস্থু লাকদবস্থু পুমকাউ কাউথোকমিন্নরগা ...

—তারি।

—ঙাইহাক লৈমিন্নবদি কায়দেনা।

—নঙোন্দা কায়। লৈবাকী গুরু বি. শর্মাদা কায়।

—তোইপ্রবা বেনীমাধবকীদি মমিদা ঙায়রে ...।

মীৎলুপী পিরাং তৈথোকপিরম্বা মখুৎ ওম্বনা খোঙ অপানবা হনখি। পৌম্নোন মথন্তা আজখি—কেক!

ইম্ফাল, ২০০০

# মীখল অদুদা খঙবনা

লৈবাক্কী অচৌবা মীখল অমনি। ঙসি অসি ভোৎ থাধনবা মুমীৎনি। অয়ুক্কী হৌহুনা মী মরী-মরী চৎনবা হল্লক্কবা হৌই। ইবেন থম্বালসু চৈশু অমগা থাধভম তম্না তপ্না তপ্না চৎলি। চহী মরীফুত্তরা নকশিল্লক্কবী ইবেন থম্বালতোম্বীনি। য়াদি কা মশুং কক্-কক্ শায়বা ঙম্মি, মীৎকা নাগদি ফনা ফজনা শোক্লে। মীয়েপ অমগী থবক তৌবা নহা অমনা লম্বেন্দা হংবনি—

—ইবেন, কনাদা থাধদৌরি ?

—খঙদেনে কনাদা তৌগে ?

—শগোন্দা নম্লম্মে।

—নঙ শগোনগী মীনিদনা ; কৈ-কৈ, থাধসু ঙাম্বদনা।

—হৈরেকো ইবেন !

—হৈরদদি কৈনো, তরাগা মাথোইরক য়াওরক্লববো !

চুম্মী, ইবেন থম্বালনা থেংনরক্লিবা মীখলগী ভোৎ অসি মচা অচৌবা পুম্নগা হন্দক্কী অসিগা তরামাথোইরক শুরে। অরোইবা ওইরবসু য়ারি। পুমলোই লোইবা ওইহন্নীংবা কুইরে—য়াম্না কুইরে। কুইরবনি—

ইহান হেক হাম্না থেংনবা মীখল অহুদদি থম্বালতোম্বী ইপঙ পঙলি ; করিসু খঙদ্রি ; মমিং তাবদা ঙকলি—মীখল। মপুরোইবা থম্বৌগী মচীন্নগী ইহান হাম্না ভাবা রাহৈনি—মীখল !

মতম অহু থম্বানতোম্বী মশম খোমগৎপদা ঙায়রি ; য়াম্না লিনা, চহী তরাতরেত্তা লুহোংলবনি। মানা খঙলকপদগী পাগ্রা ওইনা লৈরম্লবা মপা ইবোচৌগী মতৌ য়েংবা ঙমদবদগী লোয়নবা মানা খোয়দাজবা, শহরদা য়াম-জবদা মাইনর ক্লাওবদি তমগনি হায়না চৎখিবা থম্বৌবু ঙাইবগী রাখন্দগী

চহী তরাহুমদোই চঙলকপদা হায়বা লাকপা পুঙ য়েবা, ঈশৈ তৌবা অমদি অচৌ অচৌবা কোং অহুম থন্না থন্না ফৌ হাপ্পা ইনাকখুনবা ময়াম অপা-অপাননা থৈয়াইনখিবনি।

মুমীতু য়াম্নমক কন্না অনৌবীগী শক্তম লৌরিবী থম্বালতোম্বী চাংহী উখি লুরগা চাক মৈ থাগৎকদবগী হোৎনরি। লৈরভদা থাগৎনবা উচান মচেৎ অমা শংগাইনা খায়বা লাক্লরিভেদা থম্বৌ তহা-তহা চেনশিল্লকই কৌরে—

—হাই তারিব্রো ? কদায়' লৈগে নঙবো ? তারিব্রো

—কৈদৌরগে, সিদা ইচাও চাউনা লৈরিসিবু উদ্রবরো।

—মুংদাং ওইরদি উদৌবা …।

—হৈ-মা !

ফুঙ্গা লাইরুদা উচান খায়রিবী থম্বালনা উপু মায়পোম্বী হাংদোক্লগা খোঙ্গ্রাও অশাংবী পুথোক্নুনা কোনম্বাই মমি য়েংন-য়েংনা মঙোম্দা ঈরাংগী মীৎয়েং অমদা য়েংলম্খিবা মপুরোইবদা ইকায়না খোয়রুম মোমোন তৌদুনা হায়রুবনি—হৈ-মা !

—হৈমা নত্তে, অমুক্তা লাকখো ; ফি-রোল অমুক্তা পীরখো।

—ঐদি শেংঙে ; চাক থাগৎতৌরিসিদিনা।

—চাক্তু লায়রি, ঐগীসি অপাইবীনি ; লাকখো-ও।

—করিনো পাম্বিবো ? করি ফিনো ?

—শেৎনবা লীৎনবা, পুননবমু করিস্নু …

—পুননবা হায়বা … ?

—হোয়নে মুমীৎ হুম্নি-মন্নীনি লৈরুগদবনি।

—কৈনোনে চাম্নমকী হায়বদৌনা তৌরিসিবো !

—চাম্নমকীনিনে মীখলগী ভোৎ চৎপা তারিবনিনে। য়ারগদি হায়নখোৎনদনা চত্তনবা তৌবনি। য়াদ্রে। মশা ভমদবা অমা য়াওরদনা ঐ চত্তবা য়াদ্রে। হৌজিক্তা পাউ ফংবনি।

—কদাইদা কৈদৌবা ?

—ইসে হায়রিমক্তদা। মীখলগী।

—কৈনো অছুবো মৌ হায়ন-খোংনবগী অপান্বা খঙ্গোক-খজিনগুম্বী রারো কৃরিনো ?

গুক্লা তপ্পা চঙশিল্লকুনা লেপ্পরিবী খম্বালদা মপুরোইবা খঙ্গৌনা মীখল অমদি ভোংকী মতাংদা ঙাইহাক তাকই। খম্বাল ভাব তাবা ঙমদে। তাননবসু হোংনখিদে। সুমীৎ ছম্নি মরীনি চখোক্তনি হায়বসিদা ফুম্নংনহুনা লৈবদমক ঙমখি। কি হোংবা থৌরকপদা পি নৌরকখি। খুদা কাংখোল্দা তপ্পা কমথরকখি। মুংছিকবা খোঙ্গেল অমদা হায়রকখি—খংলাক খংজিন্দা অওইবগী ওইনা—। ঙরাং নহান্না তাকপিবসু নত্তা। ঐনা কমদৌনা লৈহৌগদবা —।

তারিবা, কন্নিসু থৌশাবা মান্দবা খম্বৌনি, চৎপগী পাউ হেক তাবদগী খল্লক্লিবদি—কমদৌনা থাদোক্তুনা চৎকদৌরিবনেনে, পুং খরদুসু নত্তনা সুমীৎ মরীনিরো। পায়রম্বা খুবক লেপ্পগা খম্বৌ তপ্পা লৈশিল্লকই, মীৎলু অনী তপ্পা তৈথোকপিরগা হায়রুবনি—

—গীরানী ওইরুবগী চত্তবা য়াদ্রবননি। মশেমগী মুমিদাংবাইদা ঙস্তানা থুংলরনি। সে চৎলমদাইদা কপ্পা হৌনদে। সে কপকসু! অহুমাইনা কপ্পা ঐ উবা য়াদে। নহানরাই নঙনা ইহান হানবা সুমীত্তা কপ্পদো নীংশিংলকই।

—চোই।

ইকায়জনা মোমোন্ননা শাউহুনা মপুরোইবগী মথবাক্তা খুত্রন্না সুরুই। খুতুমদ নত্তে খম্বালবু মপুন ওইনা পুল্লপ ফাজিল্লগা উপু অক্লৈবী মথক্তা খিল্লিবা ঘডীরোমদা লৈহুনা য়েংলুই। ঘড়ীদা লৈরম্বা মতম ওইরবদি খতুনা খান্নগে হায়বগী মওংনি।

কয়ুং ওইরুনবা কি ময়োম অম্না পুহুনা চেনচৎ চৎখিন্না মপুরোইববু থোঙজিন মরুমদা য়েংহুনা লৈহৌখি। কোয়োং হাংদোক হাংদোক্না

মচোনলোমদা চিংনা য়েংলগা মঙং অহু থবাল ওলিহু উমি। এৌশিবা চহী মরাম অসিদা নোংমগা উরোই হাপবা যাখিরক্না মপুরোইবগী মওংনি। অমুক্তগী হেম্না, য়াম্না হেন্না উখিরা হুমীৎসু মায়া য়াওই। ক্ষোং [illegible] হুমীৎ অসিসু অমনি।

ওসি, হয়েং, হংচিং, মশেম—থম্বালতোম্বীনা মথুং থেকুনা পাবনি। মপুরোইবনা কোম্মোং হেক লাম্মোকখিবদগী মথুং থেকপনি—ওসি, হয়েং, হংচিং—মশেম। কোংনা মথুং থাংগতুনা থেকই। ওাইহাক লৈরগা কি মন্নুংদা অমুক থেকই চাকথুমদসু থেকই। হুমীদাং তুমথবদা অনীরক থেকই। মমওদা মপুরোইবা হল্লকুনা থোজাম্লোমদগী চেনশিল্লকলম্মী। মীকপ থংথোক থোকই। অচুম তুম্বা য়াদ্রে। মশেম অহু ওসি অমুক ওইহন্নী-লি। কন্না ওইহন্নীংলি। ওইরক্তবদা মপি হেক-হেক তৈথোকই। হুমীৎ হুম্নিগী মুংখিল য়োরকপদদি মশেম ওাইরম্বদগী হুমীৎ মশীংদা 'মশেম' শেম্নম্লিবা সূর্য দেবদা রাকংলকপগুম তৌরকই—মশেম অসিবু করিগী য়াও-হল্লম্মিবকো! ওসিগা হয়েংগদমক, হ।—ওসিদমক লৈহল্লম্মদি ফগদবা! কৈদৌঙৈনা মশেম অসিনা লাকদৌরিবসিবো!

'মশেম' অসি লাকখি। থোক্ল-থোক্লগা তাবা নাইবা হুমীৎনা পুরক্-খিবদি নত্তে, মৈ-ঈশিং চওবা লৈত্রবা মতম্না পুরকখিবনি। মতমগী য়াথলনা শাবা পোথাকম অমনি—মশেম।

'মশেম' গী অমুক অসি নোংয়াইদগী চৌবা মাল্লি। থা ফাওবা থেক্লক্ত্রিবা অহীং অসিদা মুংশা তরং-তরং থোকপা তরু-তরুবা অমুক হোবদোনা তৌই। পোদোন নাকন্দা শাইে মচা পাম্বাহু থাঙ্গংলগা থম্বালতোম্বী শেংনা ঈরকথোকই। নাকলগী পুথৌমচা অহুনা মা-মাহুনা কুমথরগা তোশদা মচা অহুনা চাইথবনি—আয়-আয়-আয় —। [illegible]-লক্লগা হাম্না পুরকপা মুগা কনেক অহু হোংনরা জাকে। মমিরা অহীংনি কনানা কনাম্ল, য়েংলবা ফাওবদা, উদবা মতম্নি। কিশ্রেং হোংল্লিবী থম্বালনা মশাবু শঙ-শঙ উরকখি নীংশিংহনতা লৈরক্লিবা কল্লাগম্না অমহুবু

নৌহৌননা খল্লকখি। ইকায়জনা মোমোন তৌরকখি। ঙসিগী মশেম অসিগা খংশীং শীংনরকপগুম তৌখি—খঙগন্নিদনা! কি সুমদোক্লগা ক্রং কনবদা শাইজিন্দা মচা কোল্লিবা শেন্দাং মপী অমদি খংপ্রেক খংই; শাউরপ শোল্লম্বসু য়াই—অহীং তংখাই অসিদা করি থোকই হায়দনা —।

চুম্মিবনি চেঙ মচংগী রাখল খন্নদ্রিবা মতাংনি। অয়ুক অঙনবা ওইগদবা রাংলিবনি। থম্বালতোম্বীনা দারী মপান্দা ফনা কুইনা ফম্লবা মতুংদা চীংখৈ হুনগে তৌরকপদা ঙায়রি। ঙাইগদৌরিবসি মুমিদাংরাইনি। মুংখিল চুম্না অমা রাংলি। ঙাইদবা য়াদবনি। তপ্পা থোক্লকপা মুমীংকী অয়ুক চুপ্পচুমা ইমুংগী কুপনোম খরদা হৌখি। চাক থাগৎলমদাইদা চাক হাপসিন্না হাপকুমসিন্না হায়না ঙাইহাক খল্লই। মথোয়জনগে তম্বা ঙমদে খন্দুনা চপ চানা হাপ্লে। চাগনবা চমথোংনা মপুঙ ওইনা হোংনৈ। উকাবীদি কোম্না মশা লাক্লগা অশাবা চাজনবা তাউরগে লেপ্লে। রাখনগা মীৎয়েংগদি কোম্বোংলোমদা পূন্না লৈ। চাক লোইরগা মুমীৎ কদাই য়ৌরগে য়েংগে থোরকপদগী পাক অদুম হঞ্জিন্দরে কোক্তোন লোনগে তৌরম্বদগী ইরেঙ লেঙলমদবা মুমীৎলোমদা ফনা কুইনা পূক্লিং চঙতুনা লৈরে।

চাবা য়ারক্কবগী য়ারক্কবা ঙসি অয়ুকী চাক্লেনদি চাররোই লেপ্লে। চাদ্রে। ঈশিং লুম্বু-লুম্বু শাবা তেঙ্গোৎ অমা থক্লগা খুদাদা মথোঙ য়াম্বতুনা ফমতুনা লৈখি।

ভোৎ থাথবা মুমীৎনি। মী ইরাং লাংনৈ। লৈকাইগী পাখং অনী লাক্লগা হায়রৈ—ইতৈমদি য়েংলোইদরা? য়েংগনি হায়না খুমলুই। করিনো হায়বদি পঙখঙ খঙদে। ঙাইবনি মানা মুম্না খঙলিবদি। ঙাইরি।

উচিন নাচিন্না মুমীৎ তাগদৌরে। পাক হেক তাবিবা নত্তে; খোয়-দৌরা শান্নতুনা লৈরম্মগা লেঙবগুম লেঙদবগুম তৌতুনা তাথরি থম্বাল হেন্না খোয়রাংলক্লি। তৌরিবা থবক অমত্তা রায়োং চাদে; অনীরক

হমদনা তোক্কে। মীৎ নাকোং অনীমক কোম্থোংলোমদা থম্লি অহুম থম্লি। লাক্রমাম্লে — !

খোঙ্গাম্লোমদা মীনীল তাবগুম তৌই। ফুংনাক ময়াদা ফক তিং-খোক্কে তৌরম্বনি লংশিনবা ওইনা ঙাশিল্লম্মগা থম্বাল চেম্থোকই। মী অমনী চঙলকপা উই। মকা লাম্বা চোংবা নিংদোনগী খোঙয়াঙ খংহেন হেনগৎলকই। দারী মপান্দা খংলেপ লেপ্লগা কম্রি হায়না কৌহুনা ওক-দবনো খন্দুনা লৈবগুম তৌহুনা লৈ। লাক্লিবশিংগী মহুৎদগী অহল ওইরপ তৌবা খোঞ্জেল অমনা হায়রকপনি—

—ইবেম্মা, থম্বালতোম্বীয়া ?

—মানি ঐনি। লেঙখৎপিরকউ —।

—ও, ফরে ফরে ; ফম্মরোই। য়ুমগী মী অহলদি লৈত্রা ?

—লৈ। অৱাংগী য়ুম অসোমদা —। কম্রি তাকপিগদবা ?

—ঐখোয় থম্বোখোয়গা ভোৎ চৎমিল্লবনি। ইবুংঙো থম্বোহু লম্বেন্দা বেম্লোট বোক্স মুনবা খোৎপগী কাপ-খোৎনবদা মকোক্তা নোংমৈনা শোক্তুনা ... পানবগী, কোক্তা পানবহুদা—ঐখোয় হকচাং শেং-দোক্লগা ইবেম্মা থম্বালদা পাউ তাকপা লাকপনি। ওম্থোকপা হায়হুনি ...

থম্বালনা খঙদবা রাক্সম মরক্তগী অখঙবা শরুক য়াওরকপহু ঙাইহাক্তং তারম্মী। কুইনা লেপ্লমম্রে।

ইম্ফাল, ১৯৯৯

# তেংথাবা

মীচী শেৱাং মুমীৎ অচুদা মবানীনা ফোয়নবশি শূম্নাঙ ময়ারগী শেন্নাং কাওথুম মরক কয়া ওকফাত্তবা মচিং নৈবা অতলনা থংপত্তু ভাই।

মোধুচন্দ্র শিরে। মশা-মউ ভিক-ভিক লাউই মশা ভীম্রং লায়জংবা নত্তে, চিঙ্গাক কামদে—চাক্তা য়েনশাংগদগী তেন্দে; নেশানি হায়নমখৈ অমত্তা শন্নদে, চা ফাওবা থক্তে; কাদং মরক মরক্তা মোং কাদোক চায়, অহুস্নু কোম কাগা মনাগা শুম্নু খীত্তুংগমা লোইরে। লংকাই শঙোম অৱাথবী পান্না চান্ন উন্নিমখৈ চানীংই। শঙোমগী পোথোক পূন্নমক মাগী মপুঙ ওইবা চিঙ্গাক ওইমরনি। থুঙ্গং মন্নী-মত্তা লান্না মচা-মত্ত রায়কপদা মোধুবু পন্নবনি। চৌদারমমুমগী মাইবা ইপুঙাং লুপাজাওনদি পূক সূফম-সূকম পূন্নমক্তা ঝশক রাশকুনা হায়বনি—কন্থীমালানা থঙনি হৈদ্রোই মথোঙগী ইত্ত মোধুসিদি চহী চান্না হেনখনি।

অহুবু অহল ইপুঙাংগী মমায় য়েংলমদরে, চহী নীকুমগী চঙলকপগী অসিদা শিরে। ঙরুমিবা অমনা চাকথাও মফুৎ-মফুৎ চাথত্তুনা লোইখিবনি হায়রে। পোৎলোইবগী মুংদাং অতু থুঙ্গংদা লোন্না য়ু য়োনবদা শহর য়োনীংচিং মমিং লৈরিবা থরমোনা অহলমন চঙনখ্রবা মতুংদা য়েপলকপা চেন্নংথাউ অহুম-মরী মথং মথং পুথোক্নগা লাউরপ হায়খিবা লৈ—থক্তোকউ চাথোকউ ইনাওশিংসিদি, পোথাথোকহৌ! তামোধুবু চাকথাও পত্তুনা শিবা হৌনত্রো! চুম্নামে থম্নবা ম্নাওই—হোয়নহৈ য়োনবদগী থকপনা হেনবা, চহী তরামুক অসিদা য়ু য়াওখিদবা মীৎকুপ অমত্তা ম্নাওখিদবা চাকথাওগী মপু ওইরিবা তাথরমো কৈস্নু তৌদেনে। পংপা পুম্না চাক-থাওদা নৈবা নত্তে লাইবকী রানি; মরীন নাইদবা লাইবক্তা কনানা তুকা খিক্নগবনো! কদায় লোমদা অমা লাক্নকউ চেথাওহু—! থরমোহু মুমীৎ

অসিদা শেনফম অমা থঙহৌবনি। থুনগী নহারোনশিংনা অহৌংচুপ্পা অমা পোৎলোইখিবা মোধুচন্দ্রনি।

চাক মক্ত অমত্তা চাদনা মপুম থিংনা কপচরিবসি মোধুচন্দ্রগী মপী জান্ধোনি। অঙাং পীশক ওইরিঙৈদগী মুংশিনরকুনা লৈশা-পাখং ফারক্লবা মতমদা লৌন-লৈনখিবনি। য়াম্না শম্না নোংমা হেক্তা লৌন-লৈনখিবনি।

অনী অসি শাইজিনগা শাইজিনগা লোম্নুনা লৈ য়ুমথংনবনি। চহীসু অমত্তনি। থাদা জান্ধবীনা হল্লপ লৈবনি। মমিং মমিং কৌনবনি—জান্ধো—মোধু।

মোধু—জান্ধো শুমাং অমত্তদা মারবোল শান্নমিন্নরকখি; মাঙোন অমদা লাইধীসু শান্নমিন্নরকই; য়েনখা অমত্তদা চোংফন, কৈথেন কাবী, ইতা লাকপী শান্নমিন্নরকখি। চৈতেক কোৎপীগা মরুম কোনবীগদি শান্নমিন্নদে। অমনা জান্ধোনা যাদে অতোপ্পা অমনা মোধুনা। অনীমক্তা য়াম্না য়ান্নবা লুহোংবীদি তোয়না শান্নমিন্নরকখি। অমুক্তি থংনরকখি; জান্ধোনা হায়খিবনি—

—ঐনদা স্থম লৈ কোয়, রারে, নঙ অমুক কোয়য়ু।

—হাই মুপানা কোয়বা য়াদে। মুপাদি বোরনি।

—অহুদি লৈ হুক্ররোই।

—হুক্র তোকচো নঙবু থিনবিরোই দোলাইসু তোংহল্লোই।

—থিন্ত্র তোকচো খোঙনা চৎচনি।

—কদায়' চত্তোইবা?

—নহোয়দা; বোরগী ময়ুমদা। অমুক নকপবো।

কৃষ্ণ জন্ম, খৌরানী অমদি বামন জন্মশিংদা লাই থুরুপ্পা চৎমিন্নরকই; বারুণী কামিন্নরকই লৌসু কুম্মিন্নরকই। লৌ য়েবগী মরক্তা চক্ক মরুমদা পোথা-হৈথাপোৎস্রু চামিন্নরকই। তুরেল মচাদা চীংহীসু লুমিন্নরকই। ইমুং অনী উদবা নত্তে। হান্নগী জান্ধো—মোধুগী রাদা অহুম লৈবগী রাদনি।

নোংমা নোংজুগী মুংখিল অমদা জাম্বোখোয়গী মাঙোন্দা মৈফু তীকংিম্নখি। ইমু' অনীগী ী পূম্নমক মনীংগী থ্যোনদা থুনগী ওইনা শাবা ম্যানবত্তং সোস্তী অমদা স্নাওবা তুমাঙলীলা অমা য়েংবা চংখি। মখোয় অনীনা য়ুন শঙহৌবনি। জাম্বোদি লীলা চংনীংবনি অহনু মোধুনা অমুক তুমাঙরাই শিংনা শিংনা নাকন্দা কোন ফেংলিবী জাম্বোদা হোয়েল য়ুম শঙহৌসি চংকনু রাস্নু অরুবা অমা হায়গদবা লৈ হায়দনা থিংবদগী চংখিদবনি। মৈফুগী মৈতান থরু-থরদং ওংখায়তুনা শেম্ন-শেম্না জাম্বোনা হংখিবনি—

—করিনোনে হায়গদবা লৈ হায়ববো ?

মোধু পাক্লা থুমদে অমুক-অনীরক খৌদেমতুনা লৈ। জাম্বোনা অনীরক সুনা হংলকপগী অতুদা মোধুনা মৈফু মথক্তা থুজী মখোলগা লোয়ননা লৈরিবা জাম্বোগী মথুং অতু চেগপকা লোয়ননা পায়শিল্লগা তপ্না হায়রকই—

—ঙসি নুমীৎমু কৈ থাবানমু য়াম্না কৈ ইবানী লৈমিম্নরসি।

—লৈমিম্নরিবসিদি ! অঙাং ওইরিঙৈদগী সুম লৈমিম্নরক্লিবসিবু ...

—অতুগী লৈমিম্নবতু নত্তে ; চেল্লাসি হায়বগী রানি।

—কদায়দা, নোং মরকসিদা ?

—নোং মরক্তবু অঙাওবমু নত্তনা করিগী চংলুনি। ঐখোয়দা ঐগী কাদা লৈগদবনি লৈমিম্নবা হৌগদবা।

—অসিদমু সুম লৈমিম্নরিবসিদি। সে থুং থাদোকউ, থুজী অমুক তেক্করনি লৈবিরকউ হায়বদি য়াদে।

—হুন্দকী শহর চংকদবা লৈ, মতুদা লিক্লিগী তেক্কবা লৈবিরকনি। সে, লাকও চংলসি। সে, মৈফু ঐ পায়গে।

—কৈনোনে হায়রিসিবো অওইবগী ওইনা হায়রিসিবো !

—ওই ওইদে থঙঙসি লাকও।

—মওং অমনিনা মসিদি।

সুমীৎ অহুদগী লৈমিন্নখিবনি। পীক্তক ত্তৌবা লৌখৎপা মচা অমনা লৈখায় তাখিবনি। অঙাং মরী মথং মথং মরি-মরি লৈরকখিবনি। চান্ন-চিন্নবা ঈংনা তপ্পা লৈমিন্নরকপনি। নোংদম্বা মাগী ওয়্যোক ওয়্যোকপা কুম্মৈনি। সুমীৎ মরীনিথক হিপ্লম্মগা মোধু লৈজ্রে। জাঙ্কো নোংমা সুমীৎ চুপ্পা অমা লৌশিং মাঙহুনা লৈ। লৌশিং হেক তারকপদগী ঙসি ফাঙবা কপ্লি

খুঙ্গংগী লমজাউ ওইবনা সুমাঙ মরাঙ কায়রবসু নোংগী চিংনবা লৈবনা খুনগী মান্দোপ্তা শোল্লি। চিংননবা চুম্মী নোং তাই। অহুবু সুংপা ঙাকপগী মওংদা থিৎলিদগী হেন্দে। খুন্না ঙাংনৈ পুন্থ চেল্লিদা মোধু।

অয়ুক ঙন্তাদগী জাঙ্কো মান্দোপ্তা লাক্তুনা লৈরে। থবক শুবা-নোম্বগী য়া নত্তে মশাহু ভাব মেন অমা ইত্তা তাদবদৌনা লৌশিং মচেৎ-মচেৎ মাঙহুনা লৈবহুদা অহলশিংনা চংলুচো য়েংশিল্লুচো অরাৎ-অপা তাথোক-তাশিন ত্তৌরুচো হায়দনা থারকপগী মোলি-মোলি অহুম লাকপানি। য়েংদি ময়েংই হায়বগী রাদনি মচী-মচীদা চপ-চপ লেপ্তুনা লৈ; ঙাংবা হংবা ইখুম খুমদে; বুদ্ধি মতেক মতেক মম্মী। অমুকসু মতাই অমদা লেপ্লগা কপ্লুই। মপিদি ইরৈ লৈত্রবগুম ইত্তা তাদবগুম ত্তৌরে।

"ইবেম্মা জানথো, নঙসু ঈরুজ-মায়থরুয়ো মতমসি য়ারে।" অরাং-ভমগী অহল অমনা হায়রকপানি। নোং মরক্তা খোক্লিবা সুমীৎলোমদা য়েংলম্মুরগা জাঙ্কো ময়ুম তম্মকই।

য়ুম অনীমক ইহাঙ হাঙনা লৈ। অনীমক মাগীদি ময়ুম্লি। অনীমক্তা চঙনীংদে; হুৎ হন্দুনা চৎনীংবা হায়বহু য়ৌই। অহুবু থরদি হিংলিবনিনা ময়ুম অমদা চঙলকই। জ্বায় চাইথরুরগা চন্দোল-লুবাক থক্ষম নীংশিং-লিডৈদা থংনবা য়ুমগী মনীংগী রাথোঙলোমদা সুপী অমা ঙমদ-ঙমদনা কাঞ্জিল্লবা খোঞ্জেল্লা ভেংথাবা তারক— … হো ইতৈ, নঙসি ওয়্যোক্লা মীন্নুংশি থঙদেদকো … তাক্লমদনা হেক চৎখিবা … হন্দোক্লম্মগা চৎখিবা … মীন্নুংশি থঙদবা—ও! …

জাঙ্কো খঙই মুপী অসি মনাওমুপী ধনবতীনি। জাঙ্কোগী মথুম্নাতোনগী অহুমশুবী মুপী মন্দোমচাগী মচান্নুপীনি ; খুল মরী'রোম চৎলগা লৈবনি ; শহরদা লাইব্রিক তম্বনি হায়দুনা চহা মরী-মঙা লৈরুরগা পরীক্ষা অচৌবা থারমদাইদা মথাগী অঙাং অমদা চেম্লুবদগী কাদোরুহুনা লৈখিবনি। পরীক্ষা থাখিদ্রবনি। জাঙ্কোনা মোধুগীদা লৈশ্রবদা মী লৈজদবা ইমুংনিনা মনাওমুপী ধনবতী অসিবু য়োকপিবোই করিবোই থমখিবনি। তশেংবদি মপানা মতম থরা লোই থাবা ওইনা ময়াম্বগীদা থমখিবনি। মশক্তি কয়া য়োদ্রবস্ম কেবা হৈ, মতৌ অমা লৈ ঙাংবা হৈ মরাহৈ-মখোল মুংশি। খুনগী নহারোলশিংনা লৈপুঙ রারীদা তত্তনা অমদি শোয়দনমক পম্নবা ধনবতীনি। জাঙ্কোনা পোকমিম্নবা মনাওদ মনাওগুম লুনা তৌখি মোধুনস্ম য়াম্নমক লুনা তৌবিরম্বনি। মচেথোনা মশা লুম্নকপা মতাংদা মনাওধননা ইমুং অনীগী কুপনোম পুখি। মচেনা মৈনীংকুম্বা মতাংদদি ইমুংগী থবক মানা পুঙপু পুখি হায়বা য়াই। মতুগীদমক্তস্ম মোধুনা য়াম্না নীংজে। হঙ্গিল্লকপা থুদিংদা ধননা চাগনবা হৈ অমা নত্রগা অমদি পুরকই। শহর চৎলুবা থুদিংগী অতৈ-অতৈগীনা শেল থরা কোরবস্ম ধনগীদি ফুরিংফি মচা অমত্তা ওইরবস্ম তম্মক্তনিংঙাই লৈতে। কাউবা লৈতে। মচে জাঙ্কোনা পেঞ্জবনা মহানি। মনাওনা পাম্মিদা হায়বদা, হায়ফাত্রিঙৈদা মোধুদা য়াকৎলপ হেক্তা হায়রুই—

—কৈদৌথগে মী অঙাং অসিনা মহোয়গী শাম্পো হায়ত্রা কৈনো অসি পল্লিবসি অমত্তা লৈবিরুবা য়াদ্রবো।

—একাগাড়ী মুংশিং তারমদনা ফোংহনথ্রি, হয়েং অয়ুক লৈবিরুরগে।

—লমথারগী দোকানশিংদা য়াওই হায়বনি। কয়া লাম্না লমনি হায়দনা।

কিলোমিটর তরামুক লাম্না লমনি। জাঙ্কোনা তকপদগী মোধু মখোঙনা ঙাহৌ ঙাহৌ চত্তবা য়াখিদে। (কোয়না খঙলকপনি শাম্পু লৈরা চৎপদা মনাও ধনবতাস্ম য়াংক্লই ; চংদিম্নরুই।)

ধনবতীশু মতৈগীনি হায়রবদি শিবা-নাবা কিদে ; অরা-অনা থিদে ; ঈংবা শাবা লৈতে ; ঈরুজগন্দবদা ফাওরিবী মানা মতৈগী অয়ুকী শঙোম লোন্নমদাইদা পোয়গ্নুগী অয়ুক লৈচীন মরক্তা অথেনবা পুথ্রীমচাদা চোংথদুনা লুপ্পি - চাইথরবদি থেঙপ্রগনি থনবগী। জাঙ্কোদি করিগুম্বা কানদা লুবা মানহনবস্নু য়াওই। মোধুদি অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা ঈরুজগ্রবদি চাক চারক্কে। পথাপ নাইবা সুপানি। অহুম অসি তশেংনা য়াম্নমক চাম্নবনি।

চহীমথায়মুক লৈরম্মগা নোংমা ইথঙ থঙহৌদনা ধনবতীগী মপা লাক্কনা মচান্নুপীবু পুখি। য়াম্না লৈনীংখিদবী ধনবতী চৎলু হায়বা পাক য়াখিদে। মপানা কম্না হায়বদগী চংলগে হায়বা য়াখি। অহুবু শহুম্নদা নোং-নানিগী চংখিবা মতৈদদি হল্লকখিসম্নু হায়দনা শিথাঙ থাঙখি। মানদি ঙমখিদে মপানা হাৎলগে ভূম্নগে তৌহনা খুদক্তা পুখি। চৎনীং চৎনীংদনা চংখি।

মথংগী সুমীস্তা মোধু সুমিদাং হল্লকখি। পুরকপা থাউ মচাহু জাঙ্কোনা লোৗরগা যেংগে তৌবদা মোধুনা থাঙ্গৎতুনা লৈথোক্লগা হায়রকখি—

—হাই নখোয় ঙাইখো, ধনবতীদি ?

—মাদি ঙরাং চৎথ্রে, থুরাতোম্না নমহুনা পুথ্রে।

—হা ! অশুইবরনে !

মোধু ঙাওবদৌনা তৌখি। একাগাড়ী ইথ্যোক্লগা থাউ অহু মনীংদা চম্নগা কম্না থৌখি। জাঙ্কোস্নু থাম্মুত্রে। মনাওগীনি তম্মক্লবা পোৎ অহু মনাওগী মথুৎমক্তা শিম্নহম্নীংবগী অপাম্বা লৈবননি। মনাওসুপীবু লুনা তৌবগী মাবু থাগৎহৌখিবনি। সুমীস্তু মোধু নোঙাল্লমদাইদা হল্লকখি। থাম্নমক সুংঙাইতনা হল্লকখি। ফনা কুইনা সুংসুক-সুংজানবা লৈখি। জাঙ্কোস্নু য়াম্না সুংঙাইজখিদে। থরনি লৈরগা মনাও উম্নবা চৎলুই। ফম্মিনহুনা কপমিম্নরকই। মোধুস্নু চৎলুই। মাদি মতুংদস্নু চৎলুই। য়াম্না

তোয়না উৎৱবা চংলি। ধনবতীগী ময়ুমমক্তদদি নত্তবা মাল্লি। মথুৎ্রা অমদি মন্দোমচানা তোয়না লাকপগী ৱা হায়রক্তে।

শিবা মুমীংকী নোংঙানবদগী ধনবতী লৈরক্লি। কপখিবনা কপখিবনা মমায় মমীং অতু ইপোম পোমখংলে। মচেদি মরক মরক্তা হৌনস্থ করি-শুমদনা তেংথাহুনস্থ কপথোকপনিনা থরবু মফৈ। ধনবতীদি লোম্না লোম্না ওম ওমহুনা কপচবনিনা মশা অহু থংশোক শোকচিনবদৌনা উই। মীংয়েং কয়ামুক্তগী নীংতম্না তেংথাথোকপস্থ ঙমজদে। কম্না ফাওবদা নীংতম্বা ঙমজদে নাক য়েং য়েংলগা ফমুংদা চঙহুনা মোন্দা মমায় উপশিল্লগা কপচৈ। ঙসি অসিদদি ইমুং অনীদা মী তাক্লবনা ধনবতী অহৈবা অথঙবা মঙংদা তাক্লক য়েংলগা তেংথাজরি—

> ... করিগীনোনে ইতৈ, হো ইতৈ—ইতৈ মীন্নংশি থঙদবা-ও! ... ঐনা কমদৌনা লৈহৌগদৌরিবনো! কমদৌনা লৈহৌ হায়রিবনো ... অস্থম্না থাদোক্তুনা চংকদবা ওইরবদি ইতৈ, করিগী কাইগৌবিরম্ল— করিগীনো কাইহৌবিরম্লিববো —। ইতৈ নঙবুনে, নঙহাক্না নোং-ঙাল্লমদাই অহুদা থেংপিরম্বা লৈয়াং কুশুমলৈদো হৌজিক ফাংবা মপোপ কায়দনা লৈরিয়ে, নঙহাক্তি চংখরে। চংখরে! ... কয়ম্না কাউবা ঙমগদৌরিবনো—ঐনা হায়দ্রা কুশুমলৈ চিনবিহৈদে হায়দনা! করিগী য়াবাখদবনো। য়ানীং-য়ানীংদবা ঐবু চেংনা কোনাশনবিরগা থেংপিখিবা—নত্রা, করিগী থেংপিরম্লি! লম্মখাঙদা থাদোক্তুনা চংকদবা লৈরবদি করিগী নেকলেস শায়াম্লি, কারিগী ঙকশমদা শাব-রম্লি! করিগী তচাউ-তচাউবা নখুং অহুনা কোনশিনবিরাম্লবনো ইতৈ নঙবুনে পাম্মুবো—। ...

চন্দোন অমুবা তক্ল-তক্লা ঙাইহাকী মমাঙদগী শ্বায় লাউথ্রবী জাঙ্কো চিং লাউই, মশা থক থক নীক্লকই। চন্দোন পায়না পায়না হাপোই হাপোইবা মখোঙ অহু কুপথাং থাংহুনা হোত্তোরকই বাপন মনাক্তা নোংথক

প্লেংহুনা ভেংখারিবী ধনবতীগী মতুংদা নরূপ লেপ্পি। ভংলপ হায়রকই—হাই। কৈনো নঙনা ভাংলিদো —।

ধনবতী খংবা নংহোদে—খায়! পাখংনা কৌগে ভৌবনি—হৈমা ইচে। মখোন ওইনা খোক্লক্লিবনা—হৈমা ইতে। লুভোন শাংগ্রবনা জাদ্ধো ইওন ওন্ননা চৈরকই—

—করি! করিগী নত্তে কনাগী ইতে। লিয়াউ মচা শজোম পীথরুগা মপু লৈতোন লেকপা হুই। খুম্মু শেংনা খুম্মু, লিক শায়ম্বা হা মোহোর কয়াগী নেকলেসনো?

—অহুবু ঐনা হায়জরুব্রা হেংভো-হেংভোবা মানা শাজররুগা!

—কয়াদনো হেংভো-হেংভোবা কা'ইনা। মীগী মযুমদা লৈরগা মীগী মুপা কারস্মিবোইরে লমশা!

—ঐনা ফাজররবরা নরা মীচোপ অহুনা অযুক-মুংখিল-মুংদাং সুরু সুরু নৈবিরগা।

—ইমাই! মাঙভেদনা! মাঙভে মাঙভে! চাকখোং-ফৌঙ ভৌ-শিন্নরম্মগা নযুম পানশিল্লস্মিবোইরে রাখিবী!

—অহুদি হায়নু। অহুদি হায়জমু!

—হায়রে, রাখিবী রানাইবী। চেল্লুবী হল্লকপী লীচৎ নাইদবী!

—মহু হায়বা য়ায়োই লরাইনুবী! য়ুম্লোম্নবা কাবী!

—অস য়ুম্লোম্নবা ফাবী কা'ইনা! মীরা ফাবী অকোক-শা! নপা মশক খঙদ্রিবী লমজা-শরাবী! শাম্পো৷ লুবা নশমহু নাপী ফোয়ঙুম ফোয়যুরা! ফোয়গে?

—হে-হে। খা তরূক খুদিংগী মৈনীং কুপী! ফোয়যুনে ভম্মগা! নঙ হাভোকনীংবা কুইরবনি। নরা মীচোপ অহুপা চৎমিন্নহনগে শম হেক শায়বদা!

ঊখেঙ কাপ্রবী জাদ্ধোমি; অচাবা অহেনবা পাউখুম পীবা ঙম্নমদরে; শায়রিবা চন্দোন অমুবা মচেৎতু খোক উমশিল্লগা কন চোংশিল্লগা ধনবতীগী

মশমক্তু অথুং অনী চঙত্তুনা তাপ ফোয়রুরে। হায়না চেকশিলচৌরবী মনস্ত মচেগী লরাই তাপ পায়ব্রে। মথুদাং মথুদাংদা য়েংশিল্লরগা লৈজবী থা থাহুনা হেক্তা ফোয়নরে।

লাপ্পদগী মোইবুঙ খোঞ্জেল হৌরপ তারকই।

ইম্ফাল, ২০০০

# পান চারুবদগী

নিংথৌ লৈবাক্কী পঙচাউদি চাউদবা হায়দি য়াম্না ফবা পিক্তকপা ইংখোল অমগী মত্তাইদা হনুবা অমগা হনুবী অমগা ফম্মগা মৈথু লাম্নহুনা ংক্তুনা লৈ। মুমীৎ চপ য়ুংবা মতম্নি। অনী পোত্থাবা নত্তে; থল্লরিবনি—

হনুবা— করম তৌসিগে হনুবী ইবানী চন্না হেনবা শোয়ত্রে।

হনুবী— অহুনিনে হনুবা, ঙা য়োকলুই ঈকং থোকই, লৌ উই ঈচাউ থোকই, থবক নোম্ফম চাফমক্ত লৈতে। অচৌবা শিনশঙ লৈতে; অৱাংবা উপাল-রাপানস্তু লোইরে। ভাকা-শীংজন য়াত্রে। ঈনজীং লুথুম য়াত্রে।

হনুবা— ইচানা দৌরা—মুপাশিংনা ইমৌনা পুত্রে মুপীশিংনা ইয়াশিংগীদা লৈব্রে। ইতেং-নতেং পাংবিন্দবা কনা লৈত্রে। নিংথৌনি হায়দনা লৈরবহুস্ত লৈত্রে।

হনুবী— হৈ-মা! নিংথৌ লৈত্রবনে হায়রিসিবো? শিরবো?

হনুবা— শিবদি নত্তমাল্লে মুংখিবা ওইরমাল্লে। ফম্বাল থাদোত্নম্মগা হোত্তেল মমাঙদা কীরাল য়ুংবী শানুরি হায়নদো।

হনুবী— করিনোনে হায়রিসিবো ! নিংথৌ পান্রবনে ! অতুননিদনা কোম্বী থাই ফুল ইতা তাশিন্দে ; হঙ্গাম থারুই মপান্না চান্না থিঙ্কৎ-লকই ; অরাথবী থাকই লাবা ওইনা মপান শারকই হায়রিসিদি ! নহান গুগুনু তুরেন্দগী ফোয়রুবা মুঙশমন্থুবু নেগ্রো মশম লোইনা ওল্লম্মে হায়বনি হনুবা !

হনুবা— হাই ! মী তানি ! নেগ্রো, মলেছ, হাও, ময়াং, পাঙন অমত্তা হায়বা পনবা য়াবা নত্রে। অমুস্না, অঙৌম্না, চীংম্না, তমম্না হায়গদবা — ।

হনুবী— মৈতৈ হায়বদি য়ারিব্রা ?

হনুবা— ইমাই — । অতুনা হেন্না য়াথিদ্রে মৈতৈ—মীতৈ—মেতৈ—মতৈ ইতৈ তৈনতুনা লৈরি। লাঙগনু।

হনুবী— অতু ওইরগা বেরা তৌনদবা 'তৈ' দমক থম্মাদনা।

হনুবা— লাঙগনুনে মুপী নঙবো 'ত' শু অনী লৈরিনে, হায়বনা অমত্তা হায়বা থোক্রবা !

হনুবী— মসে নিংথৌ মূৎথিবদগী ওইরিনি মুংশিদা ঐথোয়গী নিংথৌদো রাণী রামজপ্রবনিদা—চীং রাণী, তম রাণী, তুরেন রাণী, খোংবান রাণী, উকোন রাণী ... ।

হনুবা— নিনগনুনে মুপী নঙবো হৌজিক্কী রাণী অমমম্না শঙ্গায় ফম্মাঙগী রাজা মরোন-মরোন থম্নরিবসিদি নঙনা খঙপোৎ নত্তে। কৈথেল খুদিংগী কুম্মৈবুঙ মমাঙ মমাঙদা ৭/৭ লোয়তান্নরিবসি ...

হনুবী— অচ্চা। তানীংদেদা ! অসিবু য়ানেনা।

অহল অনী চককী তংথায় য়ৌনীংচিং কাওবা থৈ—করিমো অমদি থাবা কৈসে। করি থাসিগে ? হনুবীনা হৌদোকই—অসি শুমদোবনা কত্রা—ই থাসি, সংব্রেগা খোংজাইনাপীগা থারবদি ইগুশিংসু লম অ'সগী মর্নম চেনগনি। হনুবনা হায়রিবনা—

—কাম্নদে মুপী, হৌজিক মনম-মহাগী চক নত্রে। মুপা-মুপী মনম চপ মান্নরে। চাক ওইনা চাবস্থ য়াবা য়েনশাং ওইবস্থ য়াবা অনী পুনবস্থ য়ারবা ফীরান ওইনা থারসি।

—করিমোনে হন্নুবা নওনা ঙাং শারিসিবো অতুবু থাবা য়াবরো। থাসি হায়রগা পান ওইনা থারসি।

—পান ফীরাব অমত্তরি।

পান ওইনা থাবদা লেপ্পরে। হন্নুবা-হন্নুবী অনীনা জোনে চওনা খন্নবদা মোং অমত্তা ওইনা য়ানরবা রাফম্নি—চুম্মে, থাবা ভারবদি পান ওইনা থারগদবনি, পানগা চাককা ভেলু চপ মান্নে। চেং ফংগ্রবস্থ য়ারে। য়েনশাং ওইনা থোংবস্থ য়াবনিনা য়েনশাং-নাপী রাংলবস্থ য়ারে। থম্বা হায়রা কোং-মুং শাত্রবস্থ য়ারে, কৈথাদা থোক পৈতুনা থম্মগা লোইরে। থোংবা খুদোং চাত্রবস্থ লৌবা য়াই; ফুম্নৌ লৌরগা চপ্থবা য়াই; ফুম্নিভে লৌরিভৈদা মত্তম মাওদনবা থবক অতৈ তৌবা য়াই। হন্নুবনা হেন্না ভাব তানা হায়রকপনি—

—মসি মুপী ফরবনি পান হেক থাবদা লমদম অসি পূমলং লংলগদবনি। পানদি অরেওবনি অরেওবা পোৎনা এতোম-প্রোতোন্দা হাপচিল্লবদি প্রোতোন বোম শাবা য়ারনি। অতুগীম্থ মথক্তা অরেওবা হায়বসিদি ইনর্জীনিনা ইন্দ্রস্ত্রী মথং মথং লিংখৎপা য়ারে। ইন্দ্রস্ত্রী মথং মথং লিংলগা ঈশিং শুংবা য়াদ্রে মুংশিং শারনি। অমনা চিনি শুংলবদি থা নত্রগা অতৈ গ্রহশিংদা কাবদা চাজম থক্তবা য়ারনি।

মীথল ওকমাগী রাঙাং তাবদা হন্নুবী লৌশিং তাই। থওবদি অমত্তা থওদে। পান থাবা চুম্মী হায়না চপ য়ুংনা লেপ্পি।

ওক ময়াম অমা নেক্তুনা পিক্তক তৌবা ইংখোল অতু নীলহল্লে। নীনবা লোইশিন্নকপগী অতুদা হুই, মপু ইভং তত্তনা ওনবা থরস্থ কৈদোম কৈদোম খল্লগা নোমজেম চেনবা উই। মচু মথল মখল্লি। মমৈ ককপস্থ

য়াওই ; পান্দবস্ু য়াওই ; মমৈগী মমৈ ভাক্তা ভাইবস্ু য়াওই। খোংবদি লোইনা হৈ। ভপ্পা চিং চিংদুনা খোংবস্ু য়াওই—"ঐখো, ঐখোয় ভসিগী মীয়োল অসিনা ইতিহাসকী তাংককশিং কাউবা চুমদে ; অদুনা পানমক্তা খাবা তারবস্ু ইতিহাসকী লৌবক্তা থাগদবনি।" মুংশিং ইচৎ চৎনা ভাংবস্ু য়াওরকই—"কৈনো য়াখোরস্ু মী নত্তো, মী'দ ওজানি ওজা'দি পান থাগদবনি ; পান থাবা ভদ্বিগদবনি পান হায়রবসিদি হনুবা-হনুবী গী ময়ননি।" খোংবু হেক খোংলবা লোইরকপদা হনুবা-হনুবী মযাম থুবাক হেক্তা মথুরে—প্রোক-প্রোক প্রোক-প্রোক ...।

মুমীৎ লৈথরকপগী অদুদা হনুবীনা মত্তোন থোক্লি-থোক্লি তৌবা পান পুথোক্লুনা পরেং শানা থম্বা হৌই। কংলৈ লোকমগী কৈদোম তরেৎকী পান পৈদুনা থম্মগা কাংথুন মপা য়েংবা হৌরকপগী অদুদা মশা নানবা য়োংনাউ থরা লাকই ; হায়রৈ—

১বা য়োংনাউ—ইপু-ইবেন, করিনো তৌরিবসে পান থাদৌরিবরা ?

হনুবী —মানি নখোয়দি কদাইদা ?

হনুবা —নখোয় লিপৎ-লিপৎ লাকপা হৌগুম তৌই মী খন্দোক-খনজীন নকশিল্লকপা মাল্লে।

২বা য়োংনাউ—নত্তেদা ইপু, ঐখোয়গী লুপলাকপা ইবুংঙোনা লৈবাকী অরা-অনা ঈরাং য়েংলুচো হায়দনা ঐখোয় শেমগৎ শাগৎ-পগী পোথি থরা পুরগা লাকচবনি।

১বা নোংনাউ—ইপুখোয়গী লম অসিদি পান থাবা পক্লবনি। চীংগী লমদা চীংলৈবাক্তা পান থাবদি মনি-মুক্তা থাবগুম্বনি।

হনুবা —মানি মুং মরক্তা থাবা পানদি ফুৎপদা মতম লেল্লিবনি।

৩বা য়োংনাউ—চীংদা ঈশিংদা পান থাবগী মওং ত্তাকচগে ইপু। চীংদা থাগে হায়রবদি পান অদু হান্নন মুল্লা ফুৎতোক্লদবা ; লা লাতোন্দা ফজনা য়োমগদবা অদুগা অমোৎ-অকায়, লৈবাক য়াওহনবা য়াবা নত্তে।

হনুবী —থুম-মোরোকসু হাপকদরা ইবুংঙো ?

৪বা য়োংনাউ—অং ইবেন হাপ্লবদি য়াম্না কৈ কোয়চেন চেন্ন্ৰেদনা। থাক-পদি থাকসু ইবেন. লা মচেৎ অমদা তোঙাম্না য়োম্বগা হাপ্ল মতুনা তান চাগনি। মানা মোরোক চাগনবা য়াওই থুম চাগন্নবা য়াওই।

হনুবা —নত্তেনে ইবুংঙো লংজম তুপীখোয়, পানবু ফুত্তোক্লগা থাবা হৌনজ্ৰনে ; ঐবু —

৩বা য়োংনাউ—থাবা তারবদি ফুত্তোকদবনি ইপন, অনৌবা মীরৈবাক্লোমগী পোৎথীনি। মুন্না ফুংলগা হেক থাবদা হয়েং অসিদা লেপ লেপমুক রাংদনা লৈরম্মদৌনি। মসিনবু লেপমুক হেক রাংলবা উচান মৈরা মুৎশি-মুৎশি থাল্লিবসে নোংথাংনা পুংলং। মুংথিনগা মুংদাংগা চপ মান্নমা ডাল্লদৌনি। থাংমৈ মথোঙ রাংলবদা মমদৌরিসিবু কদায়দনো নত্ৰনে ইবেন।

হনুবী —করিননোনে ডান্দৌরিবো ?

২বা য়োংনাউ—মৈনা ; ডাল্লিবসি মৈননি। ডাল্লগতা লোইবা নত্তে মৈশাদা চাক-ভা-উন শুংদৌরিবনি। কালেন্দা ঈংলগা নিংথমথাদা শাদৌরিবনি। ভমু লৈরৌ য়োকদৌরিবনি। পাম্মকপা মতম মতমদা পুখ্ৰীদগী ফারগা চাদৌরিবনি।

১বা য়োংনাউ—অমনা ইপু অহল অসিমা মুকওই ওইশিল্লরোই। মুপীনা লৈশাবীদা মুপাম্না পাথংদা লোইরে। মখা তাররোই।

হনুবী —নহা অহুম ওইদুনতা লৈরদোবা ?

১বা য়োংনাউ—লৈরদোবা। ফৌ শুররোই, ফি খুংনা শাররোই। চৎপসি ফম্মগা চৎলদৌনি ; কম্না কম্না পাইরদৌনি।

হনুবী —ইশুশা পান থারে। থারে থারে, পান থারে।

হন্নুবদি কন্না যানীংকাত্তবনি। অহুবু হন্নুবীনা যান্নবা হায়বসি লেম-হৌরিবা তংখায় অহুমদি নোং-নিনি থেঙবনী য়াবনি। কুপ্‌থবা নত্তরক্তু মুন্না থন্নরবা মতুংদা অফুংপা পান লাতোন্দা য়োন্নগা থারে।

মীকপ থোকপা কুইরবা হন্নুবা-হন্নুবী অয়ুক ঙন্তা মম্মিঙৈদা চৌংময়ক তম-ময়ক্কী টংখোল য়েংবা লাকই। পাননা লেপ লেপমুক য়াংনা লৈয়ম্বা থেংনবদা অনী নুতোন শাংনা নুংঙাইনৈ। খা-য়াং মমাঙ-মনীং পুংলং লংলম্মে। অনেম্বা ইয়ুম অয়াংবা চেকয়ুম ওইরম্মে। লোয়শঙ পুন্নমকী মমিং সনা ময়েক্কা থারম্মে। ঈশিংদগী মৈ থোক্নম্মে মৈদগী ঈশিং। লৈঙাক লোয়শংদি লেপ থুন্না য়াংলম্মে। শান্নবুঙদি য়াতোনগা লাম্বা তৌরম্মে। চৌংপান, তমবান ঈশিংবান, কংফানবান—পানগী পান মক্তা ঙায়রম্মে। য়াংবনা লেপথুম্বা ঙাক।

নহ্না তুপী অমা লাকই। য়োংনি। হায়রৈ—

য়োং —কমদোই ইপু-ইবেন ঐনা হায়ব্রো ?

হন্নুবা—ইবুংঙো ইপু পেগ্নে। লেক-লেক গে-গে লাউখা পানগী পান ঙাক্কা অহিং অমদা হৌরম্মে। লম্বী-খোং শৃং নাগ্নে অয়ুক-মুংথিল-মুংদাং পুঙলং লংলে।

য়োং —অহুনি শোমদা য়েংঙু, য়াংঙব্রা ?

হন্নুবী —কন্নিনো অসিবো ?

য়োং —লৈঙাক লোয়শঙ।

হন্নুবা —মথোঙদা পাইন্নিবা ফিন্নানশিং অসিনা কন্নি ?

য়োং —দল হান্নবা কাঙলুপ পাননি। মচু মথল মথল কজব্রা ?

হন্নুবা —পাননিনে ?

য়োং —পাননি।

হন্নুবী —চারুসিদো হন্নুবা।

য়োং —চারুখিনু। ঐ চংখ্রগা চাও।

য়োংনাউ চংখ্রবা মতুংদা হনুবনা হায়বনি—"কান্নদে মুপী, চান্নসি পান চান্নসি। পুক থন্না হাউনা চাসি। ঋাংনা হৌরবা পান মন্নামগে লোইনা মহাও য়েংসি মৈ-পান মকা অমা ভৌথোং থোংঙো ; ঈশিং-পান মকা অমা ঈরোললো ; লোয়শঙ-পান মকা অমা উত্তী—মহৈ-পান মকা অমা চমফুং ; শান্ন-পান মকা অমা শিংজু ; শেম্মুং-পান মকা অমা তোইথোং ; অা-দগী লৈঙাক-পান অসিমদি তাউথোং ভৌ হাউনা চাথোকসি।"

হনুবীনা লৈজবী থাহুনা, হৈজবী উতুনা পান থোংই। মরূদি কোম্না চাসি মথক্কী মকা-মকা চাত্নুনা চঠী চা অমদি য়েংখিসি অসিনি থন্নরিবা।

চাকচা ফানদা থোংগ্রায় চন্না ফম্মগা উত্তী চিংখৎলি—ফ্রুৎ! ঈরোনবনা কীবান থোপ্লি—শৎ। ভাইহাকী মনুংদা ভৌথোং, তাউথোং, তোইথোং—থোং পুন্নমক তাপ তাপ শৎ-শৎ ফ্রুৎ-ফ্রুৎ —। হনুবী মায়োক্কনা ফম্লি। তপ্না তপ্না মতুং ইল্লি। অনী পান চারি। হাউনা চারি ফজনা চারি থাজনা চারি য়ান্না চাওখৎনা চারি।

পানগী মথেল মরাম অমু-মুক চিংখতুনা মহাও তংবা লোইরকপগী অহুদা হনুবা চাবা থংলেপ লেপ্লি ; মমীৎ মনা চপ য়ূংলকই হনুবীরোমদা মুন্না য়েংলকই। পান মকাগী খের চান্নিবী হনুবীনা ঙক্না—

—কৈদৌরবো ?

—হু! হনুবী মখোয়গী মৈ অসি লেঙই ; ঈশিংস্থু লেঙই! নঙনা থোংলিভৈদা মুন্দ্রিভৈদা ওৎলুব্রো ?

—কৈদৌবৈ ওস্তোইবা ঐদি। ঔমহৈ! লৈঙাক লোয়শঙগী উত্তী অহুমদি শৌগাং কাংবগী পাথবা ঙাকপদা অমুক অনীরক ওৎলুরে। লৈঙাক কাঙলুপ ওল্লুরে।

—ঐনা ছায়দ্রো চঠী মঙা-মঙা কাদ্রিভৈদা ওৎলুহু হায়দনা। করি শাবে লেঙঙে! ঐখোয়গী হান্নগী হেত্তাক অহু পুরকউ য়ারোই-দৌরে—হেত্তাক! হেত্তাক।

—হোয়নবৈ, চীং লেঙবে, তম লেঙবে, ওমখৈ লেঙবে, নীংতম লেঙবে।

—মতমগী পুন্সি অসিশু লেঙবনা মহা ওইরেহৈ হন্নুবী। হেন্তাক।

চুম্মে। লেঙবে। লেপ লেপমক য়াংলম্বা পান থূদিংমক লেঙবে! হেন্তাক! হন্নুবী হেন্তাক। হন্নুবা হেন্তাক! হেন্তাক হেন্তাক! অঙনবগী হেন্তাক! ঈয়াং হেন্তাক ...

ইম্ফাল, ১৯৯৯

# ওতোরিক্সা ড্রাইভর

য়ুমদা হুমীং থরনি লৈরম্বা মরূপ অমা বস স্তেসনদা থিন্দোকপা চংলুই। মিনিত তরেংমুক থেঙগ্রে। বস চংথিরম্মে। মতমগী মমল চপ চানা থঙনরকপগীদি থাগংলুরবসু নংহৌদবগী অরাবা মায়োক্নরিবহৈদি থম্নবদা ঙাইহাক মম্মে। চংকদবগী শেম-শানরিবা বস অমনীদা য়াওবা য়ানবা ঙাংনরুই। মী হেন্দুনা লোইনা লৈরম্মে মী অমনা পোথী অমা তাক্লকপদগী অরাং এ. ও. সি. তান্না ওতো রিক্সো অমা ফাহুনা চংমিন্নরে। ঐখোয়গী বস অহু মকম অহুদগী মিনিত মঙাগী মমাঙদা চংথিরম্মে। থাম্মরবা বস অমদা গুৱাহাটী ফাওবা য়াওনবা ঙাংনরুই। তিকেত্তা ওতো অতাবী তৌবগী য়ুম্ফমদা মৈ-ঈশিং চঙদে। অহুম চংগ্রে। অরোইবা বসনি। অরাং শেকমাই ফাওবদং য়াওবদি য়াওরবসু য়াবনি হায়নহৌরুদরে। মরূপকা অথুবা মতমদা থম্নরগা অরাং শেকমাই ফাওবা মহুদা য়াক্রগসু কংলাতোম্বী ফাওবা ওতোদা পাইরসি লেপ্লরে। মরূপ লৈবা অমনীদা চংসি হায়রুই। য়ায়ক্রে। লাপ্লপ্না মতাই ওইরূপ লৈবা অমদা

তহা-তহা চঙশিন্দুনা চংদি হায়রুই। ড্রাইভর অতুনা য়াষ্ট কাকংলো হায়বগী ইঙ্গিৎ তৌরকই। লেপহৌবা মরূপ অতু খুৎ হত্তুনা কৌরগা চংলে। ঐখোয়না হায়বদগী মাস্থ পাইবদোনা থৌবনি। পঙকুই কুইনা চঙদে। শেকমাইদসু বস অমত্তা লৈরমদরে। কাংপোকপী চংকদবা ওক অমদি লৈ। অতুবু ড্রাইভর অতুনা ঙাইহাক হিদাক হাপখিনি হায়ত্থনা চঙখ্রে। কাম্নবা নত্তে খন্দুনা কংলাতোম্বী তাম্না হেম্না যাঙনা থৌনবা হায়রগা ওত্তোদা অমূক কাখৎলে। হান্ননা খঙলবদোনা স্তার্ত মুথৎলমদে। পাই-ত্থনা থৌরকই।

ড্রাইভর অতু ঐ খেগৎলক্লিবা নহা মাল্লি। মানা থৌবসি থম থেংনা লৈথৎলমগনি। ঙাংবা শকপা তাদবমথৈ মমীৎ মনা খজিক্কা ফাওবা চোইথোক্কনা চেকশিন্না থৌই। ফনা ফজনা হৈরে। ঐখোয়গী অপাম্বা থঙনা হোৎনৈ। কুইনা চঙদে। থীন্দনা য়ৌরে। য়ৌবগা হায়ন-লাক্লদে তিকেত য়োনফম নত্ত্রগা এজেন্ত খন্না পয়েং শানা লৈরিবতুগী মমাঙদা থাম্মি। ঐখোয়গী অশেংবা বস অতুদি অতুম চৎখিরম্মে। খর থেঙনা থাবা বস অমদা অতুরাইগী শরূক্কী ওইবা ফম্ফম অমা উচীন-নাচীন্না ফংলে। অকক্কবা মুমীৎ অমগী অথম্নবা থবক অমগী চত্তবা য়াদবা মরূপ্পি। হন্নাওনা তোংখ্রে। ঐখোয়তবু ঙাইরম্বগুম থোকখ্রে।

হান্ননা মমায় ওম্থোক্তুনা লৈরম্মবা ওত্তোদা কাথৎ কাথৎনা মুংঙাইবা ফোঙদোকলুই—

—মুংঙাইরে ইনাওনা তাম্নবিদনা সীত অমা ফংহৌরে। ঙসিসি ঐগী মরূপ্তু চত্তবা মুকম্না ম্নাদবনি। চৎলসি ঐখোয়মু। খন্না তপ্লপ, চাং অমদা থৌরো য়ারে।

য়াঙলপ অতুম থৌই। ফনা শাংনা চৎলবা মতুংদা হায়রুই—

—ইহে ভরা-মুংলাগী য়াদি ইহায় হায়নদেনে ঐখোয়গীসে, কন্না কম-কৌসিগে, ইবুংঙো? ইনাওনা তৌবিবগীদি য়াম্না পীবা চুম্মবনি। অতুবু শঙ্গোম য়াম্নদি হায়গদ্রু।

মা থুমদে ঙাংলক্তে। চংলিবা মিটয় অহুদা মথুং খজিক থিল্লম্মগা তোকখি। মগুক খজিক্তা ফাওবা লেঙদখদোনা তৌই। খল্লি—মসিবু মরোন থোক্তবা জাংলা! অঙৈংবা ময়ক্তা কয় থোৌবহুদা ইকক ককচিল্লবা জাংলা। নাক-য়েংকী চীং লৌবুক লমহাং য়েংনা য়েংনা য়াগী শানিংলক্তুনা শাবা হৌরুই—ইনাও করি লৈকাইদগীনো? থুম্মক্তে। উল্লিবা তুপী অহু খজিক শেমজিল্লগা তোকখি। মসিবু চারিবৈদা ঙাংদবদোনা থৌরিবৈদা ঙাংদবা ওইগ্নিত্রা নত্রগনা মনা খয়া তাথীবা ওইরিত্রা! হৌরপ্পা হংলুই। থুমদে মথুং ওয় অহু থাঙ্গংলগা ফন্দোক্তুনা খজিক নীক্কম্মগা তোকখি। মনাদি পঙত্রে। য়াম্না লেম্বা শাবহুদা ইকায়য়কখি। ঙাংলুয়য়োই হায়না লেপ্লে। য়াম্না নত্রবগু খনগদবা পিক থল্লা লৈ—চংখ্রিবা মরূপকী লোয়শঙগী, শেন্দোনগী শেন্দোয়গী হৌজিকী ভয়া কয়া হায়য়কনি হায়বগী। চংখংলিবা মিটয়দা হাইরপ য়েংলুই।

ঙাইহাক থৌরগা চীংমৈ মচা অমগী চাউথেক থেকপা মপা অমদা গাড়ী খংথায় থাম্মকই। কুমথখি। কৈদৌয়ে হংনীংবনি, খুম্মক্লোইদবগী খল্লুয়গা ঈংবসিদা মপান-ইপান থোকপগী ওইবা তায় হায়মা লৈথায় তাহনা চুরুপ চম্মী। মা মখ্রাং মেত্তুনা লেপ্লগা মমাঙ চকাহু শংত্রিক য়েংহুনা লৈবা উই। কুমথহনা য়েংলুই মমাঙ চকাহু ফমথরে; কায়বদি নত্তে। হংনীংলুবনি—শিন্নবা য়াওরিবা নত্রা। হংলুদরে লাকন অমদা খিত্তং হাইদোক্লগা ঙাইহাক্তং লেপ্লে। থোঙ্গ্রাওগী চেন চিংখং চিংখংনা ওনশিন্দুনা য়েংলুই। মা মথুংকী গ্লোব অহু লোথোক্লগা চকা লৈথোক্লবা লাক্লরি। মাগী থুংশাশিং উবদা খন্দবা ঙমদে—হাই, মসিবু মুপীরা মুপারা হোমোয়া! থুংফমসু মুপাদ মুপা মান্দে। মমীং মপাদমক ফাংপা মওংগী কম্ফোতী মথেং অহু খজিক কোমথরকপা মতাংদা মমায়দা মুন্না য়েংলুই। চিংনবা হেনগংলকই। থুংলাই পায়বগী মওং নত লৈথোক্লবা লাক্লরিবগী মক্তৌ অহু উবদা লাইথায় তানা চিংনৈ। খুদাং তাখংতুন্না নক্লা ফমথরগা

হায়রকই—ইবেম্ম ইবুঙ তৌগে মনীংগী ওৎ থাম্বিবসি মুঙ থম্বা চাউবা অমনা থাউ।

মা তম্বা হৌগংলগা থরা হন্দোক্লগা লেপ্লি। অহেনবা তম্বায় অহু থাংজিল্লকই। থবক তৌনা তৌনা হংলুই—মিং করি কৌই? থুম্লক্লে—জুলি, জুলিয়া। হঙ্গৎনা হাইরপ য়েংলুই। কাম্নক্রে খল্লমাল্লে মমায় হাংহাংদোক্লম্লে। মকোক্কী তুপী অহুদংগা য়াওব্রবদি জুলিয়তমক মাল্লগদবগী মতৌ চঙই। তপ্না তপ্না মথং মথং হংলুই—য়ুম্নাক, লৈফম; ভাক্লকই—অনৌবম, শীংজমৈ হৈগ্রেং মথোঙ। ঐনা খঙবা মফল্লি। ইমুংহুম্নু মশক খঙই। মশক নাইনা পানবা ইমুংনি। মখোয় মচীন-মনাও অহুম লৈবহু অমত্তা নোপ্পা নত্তে। অহল জয়চন্দ্র দিরেক্তরনি, মাইমা কামিনীকান্ত ইলেক্ত্রিকেল ইঞ্জিনিয়রনি ই ই. ওইরি অতোম্বা হিলারী, কবা চাউবদা হাউবদা হায়নরিবা হোত্তেল এপোল্লোগী মপুনি। মপু চক্রধর অহু নহানরাই কোন্নুং থল্লম্মী হায়নৈ লীক্লা চীক্লা মরল লৈবদা হায়নরম্মী হায়না তায়। হিংলিভৈদা মশানা শোরাং শোন্দোকচখিবা ফোলা মবুক থম্না চাখিবা মীওইনি হায়দনা রায়ী তৌনরি। শোমবগী থবকস্নু মানা তৌখি হায়নৈ। হাই-হাদে কম্না য়েংনখিবা মচাক অমস্নু ওইখি হায়নরি। খঙনীংনা হংলুবনি—

—নঙবু দিরেক্তর ঐজ্ঞা জয়চন্দ্রগী মচারনে?

—নত্তে মচনদি।

—ঐমা! মচন অমনীদি খঙই থাবল্লে, উর্মিলা, ভান্নু …

—হচেশিংনি। ঐনা ইতোন তোম্বীনি।

—ও। খঙদবা।

—মপান্দা কুইনা লৈরবনি। অঙাং ওইরিভৈদগী ক্লাস ফাইভতগী তম্মকপনি। কুইত্রি লাকপা।

—ও। তম্বা লোইরদনা থবক ঙাইবা ওইনা শাম্নরিবম্বা নঙগী মওং অসিখো, ঐখোয়দি ঙকল্লুরেনে।

—ভম্বা লোইফাত্রি ; খল্লা ব্রাংশিংগি‌ৈদা থোৱক্রবনি অম্বায়দা লোই-শিল্লবা হোৎনরি। চহীমুক্তা ওাৱরে। ঐ তাইডোবু খঙজে। ঐনা অনীৱক অহুমক মুংদাং খিঞ্জরে।

—কদাইদা কৈদৌগৈ ?

—কনা কুইরে। অকোনবগীদু খোংখোঙ খুদগী ভাওহুনা থোৱকপদা কনাবো অমগা খৎনবদগী খুকউদা শোক্তুনা ...

—ও, অমত্তা চৎসি য়াত্রবা কান্দা — ?

—যাস্নি।

—হোয়নে রা মুকঙাং ভাংখিদবদো : অহুদি কনা কুইরে নিংডোল চাকৌবা ঙকয়াদনি।

—যাল্লি। মুমিৎ অহুদা তাইডোগী ইচনমুপীনা তৌখিবা সেবা তাই-ডোনা ঐগী ভৱা পীবা কাউথোক্লগা ইচনগী লৈরকপা পোৎ অমা পীরগা ক্লংশিনা লক্লখিবা—ঐ নাংশিংলি।

—ও, মনু, খুজী ওইনা শিবা সনা মানবা ঘড়ীনি। পাম্মী লৈবিমু হায়বা কুইরবা থবক নোঙ্গী পৈশা শিংগৎলিগৈদা ঙমদবা ; এরিয়ার মচা অমা কংগদবা লৈবদগী পুরগা লৈখিরকখিবান। ইবেম্মা জুলি, ইবুঙগী ইচনহু লৈখিদরে — ।

—ঐসু খঙজে। থবাক্কী কেন্দর ওইরমাল্লে। য়াম্না মুংডাইতে। ঐগীসু ইমা অহল ওইখী অসি মফম খঙগদৌরবা লায়না অমনা মাবা হৌরে। ঐনা কম্না য়েংলি। মপানগী লায়েংশঙ অমদা পুগে হোৎনরি। কাথৎপিরো লেওঙসি। তাইডোনা তেংবাংবিবগী লমন তোমশিঞ্জরে। ভৱা য়েংজরগে থাউগীদং পীবিরো।

চৎনা চৎনা রায়ীগী মমুংদা হংলুই—

—নত্তেনে ইবেম্মা ইবুঙশিং ইচেশিং লৈরিবহুদি — ?

—পাবুঙ লৈখিত্ৰবা মতুং থা অহুমঙম্বা পৈশা থায়ক্লম্নগা অহুম থারক-খিত্রবদগী হায়রুদরে। ইমানা পুদনা থোরক্লবা থারকখি। মথোয়

লোয়না মাগী মাগী তোঙাম্না হোংননখ্রে। ইমা খংল্লদনা চঙবংবমদরে। ইনম্মশিংনা মীচঙ অমা ওইরগা কম খংনবম্মে। হৌজিক ইনম্মশিং ইবুঙশিং অমত্তা কৌনদরে চেকপল য়াংনা য়াংনা খা-নহুবা লৈরগরে। ইমা হোস্পিতালদা থা অমীমুক লৈবব্ অমত্তা লাকখিদে। ইমাম্ব ঙাংঙোই চঙঙোই হায়দনা চপ লেপ্তুনা লৈরি।

—অদুদি ইচন্না লোইনা তৌরে।

—তৌরি। লায়েংবগী করিগীদা য়োনবা য়াবা ফনা য়াম্না য়োক্লে তাইঙো; ইশাদা ঙাম্বরকদৌরে।

—মচেশিংদি —?

—অমদি নংবনা থম থেংই। অমনা মিজোরামরোমদা ওংখিবনি। হৌজিক গাড়ি অসি লোন লৌহুনা লৈরগা থৌরিবসিনি। পরিক্ষা ঙকয়াগুম্বা অদুগা অচিনবা থবক লৈবা মতাংদদি ইমাম্বা অমদা শান্দোকই। মশাগী নত্তবনিবা চেকশিন্না তৌবিদে। লম্বেন্দা তম্বার য়ারক্লিবসিনি। নহান্না মানা থরা তাকপিরম্মবদি লমশাং চংলম্মোইদবনি।

—লাইরিক তম্বনা কমদৌরিবা?

—হন্দক্তা অমুক এম. এ. প্রাইভেট ওইনা থাগে লাক্লরি। ইমাগী মওং য়েংবস্থ তারি। দাক্তর অমনীনদি অথাপ্পদা চংত্রবস্থ য়ানি হায়রি। থর থরস্থ ফক্কপঙুম তৌরি। ঈশ্বরগী কৃপা য়েংবা হায়বহুনি।

ঙাংনা ঙাংনা অমদি তানা তানা থল্লুই—লমদম অম্রিদবু অসি য়ৌন-রবা অাৎলনে! হেক খংনবা মীৎকুপ্তা খংনীং নীংশিংলকই ইমা, বাজি অদুগা ইচন লৈশাবী—প্রেম। ঐগা গুপীনা হৈনদে হায়দনা শৃক্কুনা ডাহুনতা লৈবত্তুদা ইমাহু ইয়াম্বগীদা লৈহল্লি বাজীনা ঐগা লৈ। ইচন প্রেমাবা ইয়াম্বগীদা চাক থোংত্রনস্থ লৈ ঐগীদা অমুকস্থ লৈ। চারম-থক্রম

খঙকাহনা লৈ। মনম্মা অমীগী মওং য়েংহনা ফাজিন পুনশিল্লুনা লৈ হান্নবা ইয়াম্বক্ ঐনু খঙই। জুলিনা ইচম্ম হায়না তাকখিবনু ইচম মত্তে মুপীগী মনাওমুপী ইনাওমুপীনি। ইচনমুপী প্রেমানা চাক থোংহনা লৈবছু ঐগী মুপীনা মখোয় শিকপদগী মনাওমুপীদু থম্বখিবনি। ঐগা মুম লোন্দিন্ন-মকপদগী মপা রাই শংলক্তুনা য়ৈথনবা হোংবঘদা মতাং থরা শোয়খিবদগী লৈখিদবনি।

চুমজিং চুম্বা লম্বী তারক্লুনা কয়া লৈখংলগা জুলিনা হায়রকখি—

—তাইওোগীদি ইমাম্মু পাবুঙম্মু লৈরিবা নত্রা?

—লৈরি।

—ইচনদি লৈখিদবহুদরা লৈরিবরা?

—নঙগম্বী লৈরি। ঐখোয়' ইয়াম্বগম্মু লৈমিম্মৈ। ঐগা লৈমিন্নরনি।

—ইমাগা পাবুঙগা লৈবা মফমদা লৈজবা চুম্মী।

—চুম্মী।

ওাইহাক রারী লেপ্লি। শহর য়ৌশিল্লকপদা কম্ফোতী অমু য়েং-শিনখি। য়ৌহনা থাম্মবা কান্দা মিটর য়েংলগা পৈশা লৌথোক্লুনা পী। মানা ওপা হায়রকখি—

—থাংখৈ হেল্লে তাইভো।

—পীরিবনি। ইমাগী করিনো চাগনবা অমা লৈবিখো। ইনাওনা অসি, ইচম্মা ত্তৌখিবনা হেল্লদা।

—হেন্না লোবা য়ানীংদে।

—লোবা নত্তে ঐনা ইচনদা ইমাগী পীবনি পায়শিল্লু, জুংশিনা পীবা লৎনহৈদে।

মথুৎনা লোহৌদে। মমাঙদা, থুংপায়কম মরাক্তা থম্মে। চৎপা চৎনা মতাং মতাংগী ওইনা নারোন্দা কাম্বা মুপীগী মনাজোল ঊমকই। লৈরক হাইজিনবদা থনবনি—ওদি অদি মুমীংম্মু কৈ ইচনগা ইমাগা ঐমীদা

লৈহল্লগে। থোঙান হাংদোক হাংদোল্লা খল্লি—মতু ইপোম পোনবী ইচনগা খৎনমরকস্রা কোক শান্নগস্রা হায়বগী য়াজখনা ভাংনীংবা কোন্সাই মমশিন্দুনভা খল্লবী ইমাগা লুংভাইজরনি। থাগৎকনবা বাক্তীনা কোংনা নক্লগম্ নাকোয়ননা শোয়দনা থাগৎলয়নি।

ইম্ফাল, ২০০০

# সাইকল মচা

চহী নীফুমঙারোম হিংলকপগী পুন্সি অলিদা অঙকপা পোৎ, মী, জীব থোদোক কয়ামুক থেংনগ্রে। ঙকপ্র ঙকপ্রবা ঙকপদগীম্ ঙকপা পুঙঙক ঙকপা খল্লম্ য়াওখল্লে। অঙকপা হায়বচুনি। ময়াম অহুদগী ঙকপা, পুঙঙক ঙকপা অঙকপা হায়বনা ফাওবা মমীৎ-মনা লংখতুনা ঙকদবা, মহা-মহা অঙকপা অমদি থিয়িজুনি—ব্রিজ চন্দ্রা—বৃজমোহন চন্দ্রা।

আগ্রা শহরদনি। চহী কুনমঙামুক্তী মতুংদা চৎলুবনি। নহা ওইং-য়িভৈদা চহী তরূক-তরেৎ লৈয়কখিবা মতাংদা হন্না হন্না কয়ারক হন্না য়েংগ্রবা তাজমহলগী য়েংদবা য়াদভুনা অমুকম্ য়েংবা চৎলুবনি। মীনা পঙয়েং য়েংনবা মতম নস্তে। শজিবু থায়ায়গী মুংখিনদা, মৈবা হৌনা শাহিবা হযাংতদা ঈরুপ্পবা মতাং অমদা য়েংলুবনি। নহান লাকপনি, ওয়াং মুমীৎচুপ্পা সরকারগী ওইবা ইথৌ পাওলুখনি, ঙসি অয়ুক্তা অয়িবা মরূপ অমনী উমরূবিভৈদা য়াদ্রে; হোয়েল লুমিদাংয়াই অমুক থোঙশানদবা য়াদখনি হায়বা খঙবিদয়া শহরগী মীনদি ঐবু উবদা ঙরূয়দগনি। অঙকপসিদি মরী-মরী অহুম শয়বা জাংনি।

মৈরাগী থাবলদা মত্রবস্থু চুংশিনবগী পাউজেলদি ওলাংথাগী মৈশা মরক্তস্থু অতুম ফংই। ছুমাংদা তাউথোকখিগে হেক হেক তৌবগী রাদনি। বাদশাহ-বেগমগী থমোয় পুঙবাগী ইনিল খরগী মথৈ পুছুনা থোরকপনি। থোজান্দা পুল্লপ লৈহোগে তৌই। হোটেলগী অঈংবা কা খীন্দমা তম্মগে লেপ্পনি। অনকপা নাক-য়েংতা রিক্সা অমত্তা উদে। লাপ্পা অমথক্তি মনা পুঙলবা নীম পাম্বী অমগী মথাদা মখোঙ থাজংতুনা তুম্বা উই। চঙঙ শিন্নুনা হৌদোকলুববু শাউরক্কে তৌই। মীরমগী শক চঙবা উবদগী চোন্নপ তানগে খল্লবগী মঙং মাল্লি থিল্লগে হায়রকই। হেক কাখৎলকপগী অতুদা কার মচা শংত্রিক শংবা অমা মায়কৈ অমরোমদগী থৌজিল্লতুনা রিক্সাদা থেংনীং-থেংমাংদা থান্মে। রিক্সাসু ঐস্নু শাউগে তৌবনি। মুপাত্তু ফন চোংথবগী মঙংদা কুমথরক্লগা নমস্তেগী মঙংদা লেপ্লগা খোনশিগী স্নুর অমদা হায়রকই—

—বাউজী হম্মীদ নত্তবরো!

—এগী মিংবুদি হম্মীদ কৌই; অদোমবু— ?

—ঐ ব্রজমোহোননে; বি-রি-জু।

—উখ্রুগুম তৌবস্নু মানগুম তৌবা অমা —!

—উবগী নত্তেনে ঐ বিরিজুনে; আগরা কেন্ত সতেসন মনাক্তা—

—হাই খোঙচ্‌প অমনবা — ?

—হোয়নে শউনগী ফেনাৎ অমনবা থিরগা শৈরম্বদো। অঙকপা কারবার তৌবদো —!

—হোয়নে মাল্লেনে! ইমাই কম্বিমো নঙনা—অ—অদোমনা—

—কদায়' চংকদবনো ঐ থিল্লগে, কাখৎলো। মৈশাগী নোংজু মরকসিদা কুইমা লেপকুমসি লাকও কুমথরক্লো গাড়ী মস্নুংদা খরা ঈংগদ্নি।

ঐনা ঙকপা, থাজদবা অতুগা চিংনবা মঙং অমদা লৈবক্ত মা থঙই। গ্যার মচা শিন্ন-শিন্না হায়রকই—বাউজী হম্মীদ, মসি লাইবক্তী ওস্থোক্না

চাউপ্রবা লীলানি। চহী কুনমুক্কী মমাঙ ফাওবনি ঐনা ঐখোয়গী রাজ্য অ্সেগী 'লায়রবা' হায়বসিগী খুদম প্রমাণ ওইনা লৈরম্মিবা ...

হায়রবমক য়ারবা রাকহি। য়েলগী স্তেশনচিংবা মফমদা থরাম পাল্লি ৽ায়বদমক য়াবা চাক্কিবা থাক্কী মীওইশিং অতুদগী হুৎ লৈখৎলকপা মথুৎ-মখোঙনা শূ-য়োমহুনা চা-নবা অমদি চামিন্নবা চরা তানবনা মপুঙমক ইরিবা থাক্কী মীওইশিংগী মমুংদদি এ, লায়রবা হায়বহুদি অসি ওইরেদনা হায়বা য়ারবা মীওইমক ওইনা লৈয়ঙনি বৃজমোহন—খিরিজু। ওস্তোকপা মখলগী মন্নাবগীদগী ইতোপ তোপ্পা কারবার অমা তৌরম্বা থেংনখি। অঙকপা কারবাররনি। মিতিংদা নঙ্গগা সভা সমিতিগী মীফমচিংবদা কন্নাক্না লংশিন্নবা অমনবা শেগায়বা ত্তোংবা য়ারিবগুম্মদি উহনবা শাথীনা মগুং কায়রবা ফেনাৎ চোইনা অমদি পুম্না য়োনবগী কারবার অমা তৌরম-বনি। মতম অতুদা ঐখোয়গী মহৈ লোয়শঙ অতুদা ঐখোয়গী কাওবুনা য়ানীংদবা সেক্রেতরী অমনা শীনবা ঈশৈ-নোংমাইগী থৌরম অমদা কয়া হৈহবা মহৈরোয় খরনা শক্লকপা মতাংদা য়ায়কৈ খরদগী ফেনাৎ অমনবা খরা লংশিন্নবা খন্নরকপদা ইহান হান্না তাখিবা মিংনি—বিরিজু। মাগী কারবারদ্গী মগুং ইহান হান্না তাবমক্তা ঐ হৌনা নোকখিবনি। ওসিন্ন হকথেংননা থেংনরমদদনা মাগী ফীবমসি অতৈগী মচান্দগী তারম্নবদি পঙহৌ হৌরবদ্ধ মোক্লহ্বা য়াই। মতম অতুদা ওইরম্বা মাগী ফীবম অতুগা।

গুমীৎতু বিরিজু মাগী তুকান্দা লৈরমদে। মাগী দুকাননি হায়রিবহু স্তেশনগী মনাংলোমদা ফাংপোই কাপ্তবোই তৌবা হোজঙ নীংখায়বা অমগী মন ক্তা লৈবা খোংবান অমগী মপান্দা রাচেং অমনীখক সিমনা খঙবগী মংদা য়ুংলগা লংগুম্বা থৌরীগুম্বা মতুং মতুং খরা শম্নগা পরেং অতুমদং কোয়না তিংই। মমুংদা চেক মরী-মঙাথকী—অতুমু মতেক-মতেক কমকমগুক্কা মচা অমা লৈ। গদ্দী ওইরম্বা য়াই থনখি। মতাইদা কাচিন ওইরপ্পা মরী য়াওরবা, য়াওরগম্মু লংগুম্বা ওয়াঙহনা কায়রা শম-লক্ষগী, হয়া হয়া শমলকপী খুদম কয়ামকন্না হায়রা চাউবা শাংবা কান্নদবা

ফেলাৎ নাম-নামা মরীমঙা পৈত্থনা লৈবা উই। খুগা য়াওব্রবা সিপাইগী বূত মানবা জুরা অমস্থ চেপ্না তাত্থনা লৈ। মরীদি অনীমক্তা য়াওরি। ঙকপা য়াবা মওং ওইনা লৈ। বূতকী মনাক্তা থুকান সিমনা রাংমদা শারেপ তমথৎলক্লিবা শন্নাউমুক চাউরগদবা হামেং অমা কূপ্নগা শঙ্গুপ শাইরি শাইরি তৌত্থনা লৈহৌবত্থুদি ময়া নাগনথ্রবা মাময়াইমা বসীবনা হিদাকমনা নম্নপ তৌবা পানা উমশাই শায়বত্থ নীংশিংনীংঙাই ওই। ঐনা মশক খঙবা হামেংনি স্তেশন হাইজিনক্ষমগী কৈথেল মচা অত্থ কোইবা লম-হামেংনি। ঐগা চংমিন্নরিবা মরূপ অত্থনা পৈরিবা মালগী পুঙ অত্থ মখোঙনা অমুক অনীরক ওংকাও কাওত্থনা য়েংলুরগা মসিমক্তি কাঙলুপকী ইজ্জৎ শোকপা ওইরনি হায়রে। লাক্লবনিনা ময়ুমদা চংলগা থন্না লৈগদ্রা হংদোক্লসি হায়রে। য়ুম পঙলাপ লাপ্লমদে।

ময়ুম অত্থ চেক্কীনি হায়বসিমদি শোয়দ্রে তিন্না কুপ্নি। মঙংদবু চেকশিং অত্থ লোনথংনত্থনা থম্মগা, মথক্তা তিন মনাশিং থাঙ্গংলপা রাশাং অনীঙস্থনা নন্দুনা ফায়। সুঙজাও মঙা-তরূকস্থ ননবগী মওংদা থাঙ্গত্তুনা থম্বা উই। সুংজাও তাঙবা লমনি। কল্লক্লা য়েংনবস্থ য়াওরম্বা য়ারি। শ্রুমাঙ-মাঙ্গোন শিং নাপ্লি সুপী মরম ওক্লমগদবা মাপ্লি। মাগী সুপীত্থ অঙাংনি মচা অনা শুরে। সুপী ঙাক্তনি; অমদি পোকপা কুইদ্রিবা মাপ্লি, অমদি চংপা ঙম্মে মরোল থন্না থরা থোক্লে। য়েংবদা তবোপ তবোপ সুংশি। মমা লৌই ঙৌরোক ঙৌই।

কারবারগী উন্নবা মী লাকই হায়বগী মা হরাওনা থোক্লকই। চাক্লেন চাকবগী মথূৎ ভনহাম হামত্থনা থোক্লকপগী মওংনি। চাক্লেনগীনা য়াম্না থেঙলবা চন্না রানবগীনা ঙনমল্লিবা মতম্নি। মরক্কী অচোহপা চাবগীদি ইয়া য়াই। মরূপ্না হংলুবদা মবুক শেংনা হায়রকপনি—বাউজী অঙাংশিংগীনা অঙাংশিংগীনি, মমাগা ঐগদি চবা অ ী হল্লুবা মত্থংদা ঙসি, হৌজিক্তা পোং থন্না শিংপত্থনা চারম্বনি। মরূপ্না ফাগী ওইনা হ লুবনি

—কয়া শিংসবা?

—লুপা কুন্থানীথোই মথায়। মশেমসু খরা শিংপা য়াই, ভোংকী (কোলেজ) মিত্তিং অমা লৈ। বাউজীথোয়গীনা করি কমদৌবা?

ফেনাৎ নাম-নামা মঙাণ্ডুম্বা লৌজগে হায়রুই। ভরাংদা মাল খরা লাকই হায়দনা য়েনখাদা পৈরিবদু য়েংহল্লকই। ফেনাৎ কুনমুক লৈরম্মী। নাম তরুক লৌরকখি। পৈশা পীনরিভৈদা মাগী মুপীনা চা পুথোরকখি। চাজমনি, চম্প্রা মচেৎ মচা থাধরকই। মপান কায়বা কপ অমা য়াওরিব-ছুগীদমক মাগী মুপীনা হঙ্গোইজখি; লনাই চঞ্জবা নত্রগা শেমজিঞ্জবা মানবা মেজ মচাদা থম্ম থম্ম হায়খিবনি—ইচান্নুপী মীনা (মীনাকুমারী) অসিনা ভাওবসিনা ইমুংগী পোৎ-চৈ অমত্তা থাঙবা ঙমদ্রে, মানা লংবগীনি মপান কায়রিসে। মরূপপা হায়রুই—অঙাংগী হৌনবীনি; মশরুা ফজ-রিবদি। মপানা তাপ ওত্তুনা হায়রকখিবনি—কদায়দেনোদা। মচিং-মশোন কত্তে হিংচাবীনি; মুপীমচা মানবু সাইকল মচা থৌগে হায়না নিংভাই তৌই। ঐনা হায়রুবনি—

—অঙাংবু পা-পী থায়ত্রদো! মচা অমা লৈবিরগা থৌহল্লবদি —।

—অদু লৈনববু লৈরবদি বাউজী, চরা হেল্লগা মীগী মখোঙদা তোংবা ফেনাৎ অমনবা করিগী পায়জরুনি! মীনা তৌবা হৌনবা কার-বার নত্তেনে তৌরিসে।

মবুক্তা লৈবা রা ওরো-ওরো হায়দোকপা মীতানি। থামুকী মতুংদা নোংমা মরূপ অমগী তিকেট রিজার্ব তৌবা চৎমিন্নরুই। মী য়াম্না চিল্লম্বদগী কুইনা ভাইবা তাখি। মরূপপা পরেংদা লেপ্লিভৈদা ভাহো ভাহো চৎথোক-লুবদা মাগী ছুকান মপা য়োরুই। পুকহং পাউহংবগী মওংদা চঙলুই। মা ফেনাৎ খরা খন্দোক-খঞ্জিন তৌদুনা লৈরম্মী। মীকো-মীয়াক ফবা মীনি। বাউজী হায়না ফুক হোগন্থুনা তরাম্না ওকই। কারবারগী ওইরম্বা য়াই হায়বগী নত্তবদা দোরো-দোরো তৌবা মাগী হৈনবীনি। চা কোগে তৌই। বেরী থকপ্রা হংই। ভাইহাক ফম্মিল্লবদা মাগী মাল অদু কদাইদগী কম-দোনা লাকই হংলুই। খঙনীংবদগী হেন্না তেংবমথৈ তাক্লকখিবনি—

—বাউজী—বাউজী করি হায়দ ... ?

—ঐগী মিং হুম্মীদ—হুম্মীদ শাহ।

—ও, মুসলমাননিদনা। কায়দে ঐনা হিন্দু বৈষ্ণবনি; ব্রজগী বৈষ্ণব। শুমদোবনি, মথোঙ চাবা নত্রেদা যোং, কৌতা, চেরং ককা খূনবা চংপা অঙাং লৈদনা, মথোয়দা পুহল্লকপনা নম্মী, খোঙচুপ শেম্বা শাবা ফোংপা ময়াম লৈরিবশিংদসু হায়নদনা থম্মী। কবিগম্বা কান্দা অঙাং হুরানবা য়াওরক্রুনা মন্দিবনচিংবদগী হুবাল্লকপা থেংনদনা অরাবা নংবসু য়াওরি-বনি। ঐনা লমজাওদা চংপনি হায়দনা চংলিবসি মীংসি সড়ককী মতাইদতা থম্মিবনি।

—করিগী ?

—য়াত্রবা কেনাৎপু সড়ক ময়ায়দা লংথোকদ্রে।

—তৌরিবা কারবার মওং অসিবু যাগদোরিবরনে বিরিজু ভাঈ ?

—য়াত্র-য়াদত্র খঙদে তৌরিসিনি ইচা অনীগা মুপী অমগা থাক্লি। মরক মরক্তা হেনবা য়াওরবসু চাবদি চারি—করিদি তৌনি। থবক অসিদি ঐখোয়না পাম্ব-পামদবদা লৈতে। থবক্কী থবক ভাক্কনি অমত্তা লৈতে। মিপিং অমদা ঐনা তোংলিবা মরী তংলক্লবা কেনাৎ অদু ঐগা থংননা ফম্মিল্লবা নহা পাখং অমনা তাপ লৌরগা লংশিনখি। লুপা কুনচংপী অমথক শৎ লৌথোক্লনা পীরম্মী। অদুদগী থবক অসি হৌখি। চথ-রিসিনি। য়াম্না ইকাইরম্মী। হৌজিক্কি খরা ফরে।

—থবক অতৈদি হোৎনদ্রে ?

—হোৎনরি। শিফারিস তৌবিনবসু লৈতে তিংনবা পৈশাসু লৈতে। কংবগী য়া লৈতে। নিত্নুা চাবা অমা সুকপাম পামদে। মদু য়োনা হন্থবা পামদে। ঐগী মুপীনা চেক শূবগী জুগালী ওইগে হায়। ঐনা য়াদে। নহানি মশক-মতৌ য়েংবা য়াই। মওং অমা তৌরকপা য়াই।

মরক মরক্তা উৱে। উন্নবা খুদিং রারী ভাইহাক ভাইহাক শানৈ। খঙনবা মরূপ হায়রবদু ওইরে। ইদ মুমীত্তা কৈথেল মচা অমদা থেংনৈ।

হোতেল অমদা চাক পীজে। মাদি মবুক থন্না চারগা মচাশিংদি অহাওবা চাংম্মোই হায়বগী রাকম থজিক পল্লকপদা খরা লৈরগা পুহনখি। য়াও-শঙদা মখোয়দা কৌদুনা চংলুই। অথুম-অহাও পীজরকই। চহী অদুগী ঈঙেনগী নোংছৌ অমদা থবক অমা মখোয়গী অদোমদা চংলুবদা লম্বেন্দা নোং খংচু চুরকপদগী মখোয়দা চঙশিন্দুনা থুপ্লুই। মা মাঙোন্দা নোং য়ুবা মেন্দুনা লৈরম্মী। ঐস্থু য়াওনা শেন্থা য়াওরুই। লোইনা মেনবা ঙমদে। মপান্দা চুরিবদুদগী মাগী মাঙোন্দা য়ুরিবদুনা হেন্না ঈরৈ কনবদোনা ভৌই। ইন্নুংদনা হেল্লি হার।

নোং খরা খরা পাথরকপগী অহুদা মাগী মুপী অদুনা মচানুপী মীনা-কুমাংীদু ফু-ফুদুনা পুশিল্লকই। মচীনবান্দা থুবাক্লা থা থাদুনা চিংশিল্লকই। বিরিজুনা শাউনা হায়রুই—ময়ানা অমুক চীকলুরেনি থাজিল্লু ময়াদুদা, থুদেকউ ময়াদু — ! মাগী মুপীদু ঙাং ঙাংদনা অঙাং চিংলি—মাগী থুদোম-বীদা ঈ হাথবরথে চীকলিবনিনে মহা হিংচাবী অসে! অসোমদা চঙলুম্নু শান্নরুন্নু হায়বসিদ য়াদবা। মপা শাবা হরি হায়বসিনস্থু তিংখং তিংখতুনা থুপাক্লা থারিবা ময়ী মঙারক অঙাং পীকপ্রবী অসিগী মখজাইদা মহা কোংচাবদো — !

মচানা ময়ানা চীকলুবদুগী ইকায় মুংশি য়াম্নবদগী অহল অদুনা ফুরক-পগীনা হেন্না মুংঙাইত্তনা উই। করি রাহোদগীনো হংলুবদা বিরিজুনা তাপ ওক্তুনা হায়রকই—

—য়ু য়াম্নবা হরিনা মচানুপা পীশক অমগী সাইকল মচা—রিক্সা অমা লেরকপা; ইচানুপী মীনা অসিনা পান্থা; মুন্নবা; অদুগী থংনবা; অঙাংনিনা ময়ানা চীক্লিবা। ঐগী অঙাংসি ময়ানা চীকল্লি মমা লৌই।

—ইবেম্মা মীনাগীস্থু মচা অমা হেক লৈবিরগদি ...

—লৈরিনীংবদি কার মচানিনে হন্মীদ ভাঙ্গ, ইচানিনে। মীগী মচানা সাইকল্লু পার ত্তোংই থৌই হায়দনা চেগপনা থারকনা মুখমদা

মক্ষম অনী থোক্লা ফোৎলিবনিনে ; মুংঙাইত্রিবনিনে। কররমদি তৌনি নোং য়ুরিসি উরেদনা ! মোংজু পাম্বা অসিদা চরা নাম্মতা চাবিবসি হুম্নি শুরে। কদাইদগী গাড়ী !

থা অনীমুক্কী মতুংদা ঐনা অরায়বা সাইকলগী মন্দিলা ফকথিবগী শিংনবা তুকান অমদা চঙলুবদা বিরিজু লেপ্পম্বা থেংনৈ। তুকান মমাঙগী ম•াই ওইরূপ তৌবা মক্ষম অমদা লেপ্পগা মুন্না য়েংহুনা লৈরম্মী। ঐনা মনাক্তা গাড়ী ঙারগা থম্বহু মা উদে। মানা মুন্না য়েংলিবহু তুকান মমুংদা য়াম্লিবা মঙং-মঙংগী অঙাংগী সাইকল মচাশিংদনি হায়বা খঙলকই। হংলুবনি—

—বিরিজু ভাঈ অঙাংগী সাইকল লৈবিরগেরো ?

—আই হুম্মীদ, কদায়' চৎলুবা ? ঙসিদি লৈরয়োই, ভান চাদ্রে।

মাগী ভান চাদবহু শেলনি। তংখায়মুক থরা হেন্নপ রাংপদগী ভান চাদবনি হায়বা কোন্না খঙলকই। মচানা মমঙদা ফাওবা সাইকল মচাদা হায়দনা লৈববহুদা মমানা মঙক্তা শিরিবা লুপাগী মরীহু কায়খোক্লগা অমদি মরৈ'ববসি হায়বা ওইরম্মে। কোন্ননা থা মঙা-তরুক লৈরগা চহী খুদিংগী ওইনা লাইরিক শঙ অমগী লম্পাক্তা পাঙথোকপা মেলা মচা অমদা উন্নবদা হায়রকখিবনি। মেলা অহুদা মা অঙাংগী খুজীনচিংবা য়োন্দুনা লৈরম্বনি। ঙাইহাক কম্বদা হায়রুই—

—হোয়নে বিরিজু অসিগুম্বা কায়বায়সিনা ফদোবা মাল্লিনে।

—ঐখোয়' মুপীনা কন্না হায়রদগী মসোমদা ওল্লে ; মাগী লিকন' শেল্লেপ ওইরগা তৌরবনি। শেল্লেপ য়াঙদবা অমহুম্মু মতাং মতাংগী ভৌরি। পুবা ওন্নবা চথবা তাবনি।

—মীনাগী গাড়ীমচাদি লৈবিরব্রা ?

—হন্দক শোয়দনা লৈরনি। মমাস্নু য়ুমদা থবক অমা পায়রে।

—করি থবক ?

—বেরি শাবগী। বেরি কম্পনী অমগী বেরি শারগা সপ্লাই তৌরি। অহানবা থামুক্তি হৈরমদে হৌজিক্তি ফজনা হৈরে তু মানা শাবনি অমা থকুনা য়েংঙ্গুনে।

অমা লৌথোক্লুনা পীরকখি। থক্লবস্তু পায়দুনা য়েংলুই। বেরি মাল্লে। থাগৎলুই। কায়নরমদাইদা হায়হৌই থামুক করিমুক লৈরগা লৈবিরগে; নুপী ওইজরবস্তু ইচানা অমুক পামজরদব্রু লৈবিরগে। মোপ্‌্রাগীসু ওইহৌবা য়াই।

মুংশিবা অঙাংনি ইচাশুস্বনি; লৈবদা থরা হাপ্লমগে হায়দুনা লুপা ২০ চৎপী অমা পীরম্মী। মা লৌহৌ হায়বা য়াদে। নমত্তুনা মাগী থবাকী ফুরিৎখাউদা হাপচিল্লম্মী।

হাপ্তামুক লৈরগা হান্নদগী থরা থরা উংথৎনদুনা লৈরকপা ধর্ম মান্নদবগী ঈয়াং অমা থংকন কনশিল্লকপদা পরীক্ষা হেক লোইবগা য়ুমদা থোক্লকখি। মতুং অমুক চঙলুদয়ে। অত্তম কাউনথরবনি। কাউনরোই হায়বস্তু ময়াবা কাউথোক্লরবস্তু কায়দবা মরীনি। মীগী মরী অসিসু মরৌ লৈতবা নত্তে।

* * * * *

নহানরাইগী ফীবম অত্তগা ঙসিগী মানা তৌরম্মিবসিগা ঙক্কবা য়াদবনি। রাখল করামুক্কা লোয়ননা ঙক্লে হায়বসি মা খঙঙে। হায়রকই—

—হায়গী ফীবম খঙবা থুদিংমক ঙকই; হম্মীদস্তু ঙকপিরমগনি। অসি ওইরমাল্লে পুন্সি হায়বসি।

—অসি কৈনোদো—ইবেম্মা ইচানুপীদুব্রু করি —?

—মীনা; মীনাকুমারী।

—হোয়নে মীনাকুমারী। মীনাদি লুহোঙ-খোঙদোঙ —?

—হোঙগ্রে। মমাস্তু; মচাগা মমাগা পুল্লপ হোঙগ্রে।

—করিনো হায়রিসিবো!

—ঐ হায়গে ঙাইথো —।

ঐগী হোৎভেল্লোমদা থোৎত্রে ময়ুমলোমদা হাইদোক্লে। ঐনা খঙবা লৈংদ্রি। মাগী হান্নগী মফমদুনি। ঙক্লিবনা মাগী হান্নগী য়ুম অদু লৈরমগ্রে। মথোল অহুমগী মঙং নীংথিনা তায়বা বিলদিং অমা ওইনা লৈরম্মে। শিং নাম্রি। পিক্লম্মা মঙান তাবা যুম অমা ওইরম্মে। অহুম ঙক্লি। খোঙাল্দা কাব থাম্লগা ঘড়া হাইরপ য়েংলম্মগা ঐবু পুশিল্লি। লৈরবা মুপী অনীদুদা চান থক্রবা অথুবা মঙমদা শেমদুনা পুররক্রবা হায়রম্মগা মথক ইথং খংবা মথেন্দা পুখৎলি। যুম য়েংনা য়েংনা কানা কানা হংলুই—তৌরম্মিবা মও সিবু মঙ-ফাত্নু ঙাইরে, কমদোরিবা জাংনো? মা খুমদে। মাঙ থাদুনা ভহা ভহা চেংখৎলি। কাচিন্দা লৈবা কা মচা অমা হাংদোকই।

হেক চঙবদা অচৌবা অয়েকপা লাই অনীখক খিল্লম্বা থেংনৈ। নীং-শিংলি অমনা মাগী মুপীনি অমনা অঙাং ওইরিবী অদুগী মীনাকুমারীনি। অয়েকপদু রা ঙাংলকদবা মান্না মাল্লি। ফজরবা লৈ পরেং অমমম ক্রেম থংনা হাক্লু। ঙক্লম্বদগী শ্বায় লাউখিগুম তৌই। কা অদুগী ফক্লাংদা অমদি লৈমায়দা মফম মফমদা সাইকল মচা রিক্সা মচা মখল মখলগী কুন-মবী মঙামুক থেন্দুনা থেংপা অমদি থম্বা উরকই। মওং মখল মখলগীনি অমত্তা মান্নদে। পুঙহন পুঙহন হনবা ঙাক্তনি। ঙক্লিবা অমনা কখবা অহনবা ময়াম মরক অদুদা অমনবা, চাকা অহুমদু অনী অমদি মান্নদবা ক্রেমদু অতোপ্পা রোং মতেক অমনা শম্মগা তয়ানা পুনবা অমদি নীংথিজনা চল্লবা ফম্বাক মচা অমদা খিল্লগা মমা মচাগী মাঙদা খিন্দুনা থম্মি। মওংদি খজিক লাখ্বা ফংলগা তশেংনা খঙবদি নক্তবনিনা হংবা কত্র ফক্তত্র খঙানরি-ঙেদা বিরিজুনা খজিক মোমোন্নরগা হায়রকই—

—অমনবা অক্তেকপা অসি য়োক্তেক-খাঙতেক খোমদুনা পৈবা অমদগী সেরকলাদা ওন্দুনা লৈরগা খুদক্তা রার্কশোপ অমদা থৌবা য়ানবা ঐনা পুদুনা লাকপা মুমীৎ অদুদনি মমা মচানা লুহোঙখ্রিবা।

—মীনানা থোরম্বনিনে অদুদি।

—থৌবা নংখিদ্রবনি। হৌখিবা মুমীৎ নীনীগী মমাঙদা মীগী মপোৎ

নমছুনা পায়রুবদা য়োংচৈ অমনা কল্লকপদগী পীশুমদা শোক্তুনা অরুম চৌরিবা মীনাবু মমানা পম্মগা ঐনা থাঙ্গৎতুনা উৎপা শাম্নপোং অসি উবদা হরাওজনা চেস্থোরকপদা কোইনা পুবা ত্রক অমরা —।

—য়াম্নে বিরিজু ; মথা য়ারে। নচা মুপা অছুদি ?

—চেন্নৈদা মহৈ তম্মি, মেকানিকেল ইঞ্জিনীয়র। হন্দকী মাগী ছুটী অশাংবা অমা লৈবসিদা লুহোঙথোকপিবনি। বার্তোন কৌব্রকনি শোয়দনা লাকউ ; মুপী-অঙাং লোইনা পুরকউ। ঐনা লোইনা ত্তোপনি পৈশা অঙাংবী অমকাওবা তিংহল্লোই, নঙগী লুপা বুন ঐত্তোন্দা চঙলি।

—গাড়ী লৈবদা হাপশ্রবা নত্রনে ঐনা হাপ্পনি ইচাগী। অদুবু রা ওইনা —।

—হাপখিদ্রবনিনে। মমাদা তুংশিন্নবা পীশিনখিবনি। মাগী বৌতা শেনফু অমদা য়াওতুনা লৈরম্বনি। লৈরি হৌজিক ফাওবা —। য়েংগেরা ? য়েংঙুনে।

হায়রম্মগা ঐনা থাম্বা ত্তাদনা অয়েকপা লাইগী মনীংলোমদগী ফজরবা চীংম্নু উপাক্রী উপু অমা পুথোররুগা মঙং কায়না কোপ্লবা পৈরবা কৌতা মচা অমা ল্লোথোররুগা মফি ফুরিৎ মচীনা ত্তপ্লা নাম্থোক্লগা উৎলকই। অপৈগা চায়কাত্রবা মথুম অহু মুক্তুনা হাংদোক্লগা কুনচপ্লি অঙাংবা অমা ত্তপ্লা পুংথোররুগা তিংথোক্লগা য়েংহল্লকই। শেল অছুম্বক ওইরম্বা য়াই। পিন কাংমদা লাওরপ শেগায়বা মফমদু উবদা নীংশিংলকই। মথুদাংনা মুপি খুদিক ত্তৈথোক্লগা হরাওনা হায়রকই—ত্তো নত্রদো, মাম্নি, থম্বিবনি ঐনা শ্রিবদা পুম্বিগে মমা-মচাদা পীরুগে খল্লিবনি। শিম্মগে ত্তোরকপা পিরাং খুজিক খিংলগা হায়রুবনি—ঙসিদি থরা খেঙখিদোবা মাস্ন ; মুপা-মচাগী লুহোঙবদা লাকপা য়াব য়েংগে। কুইনা রারী ত্তোবা য়াগনি।

চা থকমিল্লরিঙৈদা বিরিজুনা শম্মা লীরকপনি—

—মচাগা মমাগগী ওইনা সরকারদগী শেল থরা ফংই। লম্রোনবা হৌগে তৌরম্লদগী অদোমগুম্বা মরূপ অমনা রেলয়েগী লমদাংদা থিকা মচা মচা তৌননবা পাউতাক পীথি। লাইবক্কা চান্নক্লরমাগ্রে ঈশ্বরগী থৌজাল ফংজরে। চয়া হেন্রে নহানরাইগী ঐগুম্বা মাংখৈ-হুমফুমুক্তসু হেলহন্দরে।

—হংব্রবসু য়ারবনি অত্তুমকপু হংনীংলিবদি সাইকল মচা ময়াম অসুম থোমজিনবদোনা তৌরিবসিনা —?

—ঐনা হেক থে'নবা মওংদি অমা লৈবগা মমা-মচাগী কা অসিদা থম্মে। মপান লমগীসু চেল্লি; অচৎপা কাঙবুদসু তপ্পি। ঙসি ফাওবদা কুম্ব্রানীথোই গুরে। ঙসি মঙানী তরানী লৈরগা রূশতগী অমা পুখোরকদদা লৈ। ইমান্নবা থিকাদাব অমগী মচা অমা মোক্সোদা লৈ। থোক্লকপদা পুরক্কনি। অদোম্না পুম্নৌ নৌবা থেংনবিরবদি পাউ পীবিরকউ নত্রগনা অমা লৈবগা থাবিরকউ। লৈজগে। হেক লৈরিবমথৈ তোংহনগদৌরিবনি।

মতম চারদনা হোতেল ফাওবা থিল্লক্লে। মা চংগ্রবা কান্দা খল-হৌবনি—জয়তত্তবু মীনাকুমারী সাইকল মচা থৌচুনা শান্নবা য়ারমখিত্রা?

ইম্ফাল, ২০০০

# মান্নবা অদুগা মান্নবা

মতম ফনা মীয়ায় ওইরিবা মুপা অনীথক মশক খঙই—তোলঙৌগা তোলমুগা। মবানী মচীন-মনাওসু নত্তে, মরূপসু নত্তে, য়ুম্নোক্নবসু নত্তে, মাযকৈ লৈকাই অমদা লৈমিন্নবসু নত্তে; মবানী খঙবা ফাওবা খঙনদে। ঐদনা খঙবনি। মান্নবা ময়াম অমা থেংনবদগী থোইদোকপা অকক্লবা পান্দম থোইনা থম্মুদনা খঙলুবনি। তোঙান তোঙানবা নাৎকী ওইবা থৌদোক-থৌরমদা ফামন্নরুবদগী খঙবনি। ঙাইহাক ঙাইহাক্কী মতম লেপ্ন-নবা ৱারী-ৱাতাইদা হাইরপ হাইরপ মান্নবা মথং মথং থেংনরকপদগী অশংবা তাঞ্জা চাবা মতাং-মতাংদা মথা মথং মথং হংলুবা থিরুবনি। মথা মুংঙাইরক্তুনা কুপথনা মতম মাঙনা খঙনবা লাক্লরুবনি। মুংঙাইজববা হায়বসিসু লোনচৎ অমনি। কান্নবা-কান্নদবগী তুকা থিবগী ৱাংমদা লৈবনি।

অনীগী মিং তোলঙৌ অমদি তোলমু। মচা অহুম-অহুম লৈ—মুপা অনী-অনী মুপী অমমম। মুপা মুপ'না অহল ময়াইদা নিংঙোল অতোপ্পা মুপা। মথং-মনাও মান্নে। মচা অহল অহলদু সংস্কৃতলোমগী মিং থোন্নে মরক্তী নিংঙোল অনীদু ইংলিশলোমগী মিংদানি অতোপ্পা অনীদুনা মৈতৈগী অশেংবা মিং থোল্লি—অমনা মালেম লাকপা অমনা মালেম ঙম্বা। অনীসি চাউরাক্লা লেঙ্গানি। মুপী মুপীসু হাইরপ মান্নে—তমুবী, তমুরৈ। মমা মমাগীদি থোইনা মান্নত্রে অদুগা মপা মপাগীদি চুংশিন্নবদা চপ মান্নরি হায়বা য়াই—ব্রজবিধু অমগীনা ব্রজচান্দ। মপা পোকপা মপুবোক অনীগী মিং অমনা তোলপীশক অতোপ্পা অমনা তোলচৌ। মপুবোকপু পোকপা মবুধৌ অনীদু অমনা তোম্বুং কৌরগা অমনা মোইবুং কৌরম্বসু য়াই। মথা হংথরুব্রবদগী অংেংবদি খঙদ্রে। ৱাজনীতি য়াওরম্বা ইপনশিং অমনা

হায়বদি অনীমক কোমুং থল্লমগুম তৌই হায়না মপুবোক্লা পনখিগুম তৌই হায়বসিনি। অতৈ খূদম প্রমান খিক্লবদি ঙমদ্রে অহুবু তোনডৌগা তোলমুগবু য়েংলুরগদি থাজক্লবদা লাল্লোই খল্লি। হেন্না ঙক্কদবা ল্লাক্কম অমনা অনীমক্কী মমা অনীমক তোম্বী কৌই। অনীমক চেলহোংনি ; মশা রাই শংলক্কবদগী চেন্নবনি। তোলডৌ তোলমু অনীমক লুহোঙমাংদা হুনখিবা মক্ক ঙাক্কা ওক্টয়ে। মসি ফাওবা য়ৌনা মাল্লৈ অনীসি। ঙক্লখি।

মান্নদবা অমত্তুংবু—

তোলডৌহু হুতি-হুতিগী মতৌগুম নোংয়াই য়ৌরমদাইদা কাঙবু মফম অহুমদগী অফবা মীহৈবাক্কী হিদাক মখৌজং য়ৌরপ থক্লগা হল্লকই। গাড়ীশঙদা কার থৌজিল্লম্মগা মফৈদা হাইরপ হাইরপ তৌতুনা চঙলকই। ময়েক ম্বাওদবা ঈশৈ মতেক অমা ঙংলপ তৌই। হৈনথ্রবী, মাগী হুপী তমুবীনি ; চারবোই খঙনা খঙনা চাক থাংদোকই ; চামিন্নগদবগী ঙাইহুনা লৈ। তোলডৌনা হান্নগীগুম শাউরপ হায়রকই—

—নঙ অঙাংশিংগা চাথোকমিন্নৌ হাযবে! ঐহ ঙাইরম্মু হাযরেদনা। কৈস্নু কান্নদবদা থায়নগী সতী শারিবনো! সতাগী চাকথাওদা অলসর তৌরোই হায়নীংঙাই লৈতে।

—অলসর তৌহল্লোই হায়রবদি ঙন্না হল্লকপা য়াদ্রো। সে চারসি। নোংঙান্দোরবনি কোল্লিক ব্লাইরম শেংবা ইনেহুদি লাক্লনি। মস্মু চউমগনি ঙস্তা লাক্কে হায়রম্মী।

—ইহে মস্মু চউম্বগী লুপা থরা হান্না পীয়ু হায়রম্বনিনে।

—পীগ্রে।

—কয়া?

—লীশীং অন্থম।

—মঙা স্নুনা পীবিখিবা য়াদ্রো।

—লৈতবা, ঐঙোন্দগীহু লোইহ্রবা।

—কৈনোনে লীশীং কুন্থ্রা নত্রনে নঙনা পায়হৌবহুবো!

—মুমীৎ কুননী হেল্লবসিবো ! নচা অহুম্মা চোম্নপ চোম্নপ লৌখি। নচানুপী অসিনা হুংচিৎ লীশীং অহুম অমগস্নু পীয়ু হায়রি। য়াম্না কুইনা ঙাইরম্বনি তুমখিবা কুইদ্রি।

—ঐবো ?

—ঐদি পীগন্দে বাবাদা হায়বদি হেক্তা পী হায়দনা হায়নি হায়দনা ঙাইজরম্বনি। অয়ুক হায়রা থেংনা হৌই, হল্লকপদা নোংয়াই মতুংদতা, ভাব তানা হল্লকপস্নু নত্তবা। নচা লৈশাবী পাখং ফারে ইকায়দ্রবো ! অতৈদা ইকায়দ্রবস্নু নচা অহুমসিগী মমাঙদদি ইকায়বা খঙঙো।

—ঐনা হেন্না ইকায়রিবনিনে, য়াদদনা তৌরিবনিনে। সে হয়েং হেক পীগ্রো। মুপা অনীসিস্নু তাল্লকখিনি মওং য়েংল য়েংলগা পীয়ু, সে।

—কয়ানো সিবো !

—তরানীথোই ওইরমগনি, চুন্না য়েংঙু।

—তরানীথোইখক্তবু মুমীৎ কয়ানি চংনদোইনো, পীরিঙৈদা কুন্থ্রা-নীফু মফম খঙনা পীরো ইতৎ-তত্তনা হায়নবা ফরক তাদ্রো।

—ফরে মথং মথং খিত্তা ঙায়রেদনা, হৌরকপদা পীরগে ঙসিগী অতুম পায়শিল্লো। অঙাংশিংগীদু পীগ্রো অতুগা য়ারগা য়ুমগী থবক তৌবা মথোয় অহুমগীদু থরা য়াত্র য়েংঙু।

—মতুমা য়াররোই। অদগী য়ুমশাবা মিস্ত্রীশিংনস্নু তাং ৩০ গী মরূপ হুনবা নংনবা তরারা-কুল্লা পীয়ু হায়রম্বনি।

—মতুমা য়ানরে ছাট হৈবা মুমীত্তা পীয়ু হায়রে।

—কদায়দা অমুক হৈদৌরবা ?

—আই ; মথক ইথং থংবগীসিদা কাজাউ অমা ঈস্থোক্লিসিদি।

—ঐদি থঙবু খঙদ্রি। অতুনা অমুক করিগী। মথোঙ-মরমস্নু খঙদে য়ুমদা পঙ-ঈন্দা ঈনথংলি। ঈনথংপগা ঈস্থোকপগা করি তৌনং-দৌরিবনো ? ইচা মথোয় অনীদনি মুপী অসিগীনা মতা অমা য়েংলগা তৌদৌনি —।

—ইশূ শিং লাকখিনিদনা মখোয়গী —।

—ইরোই লৈত্রিঙৈদা হৌদোং হাৎলিবনিনে।

—লৈগদবা লৈরবদি অমত্তা নত্রো —। অমত্তা মত্তে লৈদনা লৈরবদি ইরোই অমত্তা নত্তে ঐখোয় মঙাগী তল্লা-তল্লা য়াংখৈনি।

—চাবস্ু য়ারোইদোবা চাস্ু চারোইদোবা শজোমগীদমক ইরোই লৈরুহুনা কৈদৌননি।

—করিগী চারোইদৌব্রিবা?

—য়ুগা পক্লদে হায়নদাইনে।

—করি পক্লদনি পক্লেনা। মহু অরিবা রাখলনি। অনৌবদদি কৈস্ু তৌদে য়ারে হায়নরে। পুম্নহুম থকমিন্নবা হৌরে।

—অস।

অমরোমদনা—

ইঙ লোইরকপা মতাংনি। নোং মন্নাই ওইরপ চুরি। ভুমিদাংবাই পুং মঙামখায়দা হান্নগুম তোলমু হল্লিল্লকই। নোংগী ফুরিংস্ু পুহৌদে, থুপস্ন মরক্তা ফরক অমা তারে। পুমচোৎ চোৎনা চঙলকই। প্রাগ বেরা তৌরকপনা মৈ মুখোকখিবদগী লৈরক মচীন্দগী স্নুতরহু ঈন্দুনা চঙলকই। ভুতিগীদি স্নুতর মখোল তাবদা মাগী মুপী তমুরৈ হেক-হেক থোক্লকপনি। ওসিদি চেম্পোরক্তে। মখোল তাদবনা ওইবা তাই খল্লি। কৌরুই—তমু, তমু, হাই কনা লৈ? নমা লৈত্রো—? তারবদা তমুরৈ তহা তহা চেনথোরকুনা গাড়ী ঈনখৎপা য়াওরৈ। মকোক-মরু চোৎলি চোৎলি তৌরম্বা উবদা তোলমুনা হংলুই—

—নোং মরক্তা চথোকউবরো?

—চথোকউবা নত্তে, চাকশঙগী নালাহু মুখরকুনা চৌকী কাহুনা শেম্মুবা। নচাম্নপা অমদা হায়রুবু রুবকী মিতিং লৈ হন্নরুগা শেমগে হায়রম্নগা চংগ্রে।

—হাকুম য়ুবা মফমতু ওইরিনি। হন্দক্কী এরিয়ার থবা ফংবসিদা মীৎ-না চেজেৎ উইশিল্লগা জিংঘ বাল অহুমদং লৈরগ থোক কুপশিনবা হায়রুনি।

—মতমস্থু মশীংস্থু তাংদাংবা খণ্ডিবিবা এরিয়ার অহুনা লাক্লগা তৌগনি হায়দনা শাগৎলিবসি য়াম্মেনে—অণাং অহুমগী গাড়ী অমা; অরাংলোমদা কা মচা অমা ইম্বোকপা, অদগী ...

—জিংঘগা অহুমদা ঙায়রিদা নঙস্থু।

—হু! শান্নবুঙ অনৌবগী মনাক্তা ডুকান ওইবা য়াবা ইংখোল মচা অমা য়েংলুরে হায়খিবহুদিনা ?

—হে-রা অদো, অহুদি মীনা মঙনৈ হায়দুনা মঙলুবা মঙবো। মীকপ অহুম থোকখ্রবহুবো। অহুগী শরূক লৌ মচেৎ অপন্তং —।

—লৌগী রাদি লাপ্লিদা, ইচা অহুম মতিক চানা শেম্মগা লোইরে। ইহে বেমবেম্না মাগী ঘড়ী মরীস্থু শেমগনি লাইরিকস্থু লৈগনি লুপা ২৫০ পীয়ু হায়রম্বনি।

—অদুক য়ামদি করিগী ?

—হৌজিক অসিদবু য়াম্বদি নত্তেদা মাগী ৫০ মুক্তি য়াওরে হায়।

—হোয় হোয় ভলব ফংলগা পীথবা হায়রুনি।

—হয়েংগী রা ওইনা হায়বনি। বাবানা চানীংই হায় হায়দনা থোইদীং সুগদবগী তৌরিবনি ঙাংনজো।

—এ, নঙস্থু নচাগী রানোম্মেনা !

—পঙনস্থু হায়জদবী, য়ামস্থু হায়জদবী ইচানুপীনিদা।

—ফরে খঙঙে ; চামথক লৈ ঐখোয় অহুম য়েন্নবা তাবা ; মাগী য়াংথৈ, ইবানীগী কুনমঙা-কুনমঙা।

—লুপা অনীসিগীদি ?

—ভলব ফংবা ঙাইবা তারেদনা।

ঙাইবনি, তলব ঙাইবনি ; হায়রগুম তলব অতুম ঙাইবনি। ঙাইবা অতুম তাবনি। ফংবা মতুং তন্নক্লি শুবদগী অতুম ঙাইদনবা লাকপনি। ঙাইতুনতসু লৈগদবা মাল্লি।

## ঙ্গায়োইশিন—

তোলমু ঈশিংদং থকই মরম ওকপগী অথঙবশিংনা কিনৈ। তোলঙৌ ঈশিংদনি থক্তুবা মরম খুদিংমক শোক্লা চৎপগী অতাবা ফাওবনা হজোইনৈ। তোলমু অচুম্বা পামজবগী থেংনবা খুদিংমক ঙ্গা ঙাংগদবা লকক লকক তৌনৈ। তোলঙৌনা ঙাংবা পুম্নমক লোইনা ইচৎ চৎনৈ। তোলমুগী ইমুংদা শেল অচোয়বা মচা ফাওবা সনা ঙাক্তনি। তোলঙৌগীদা মপুম মপুমগী মপুল ঈশিংচাইবীগী ঈশিংনি। তোলমুগী চাকশঙনা কুমগী নোংজু খুদিংদা তলব ঙাইরি। তোলঙৌগী চেকযুমগী শঙলেম্না কুম হেক খুদিংগী অমুম অমুম ঙ্গাংখৎলকলি। ঙ্গাংখৎপসিনবু লেপত্রগদি নোংমদি ময়ীৎকৌদি থঙদে পঙ্গবাং ঙ্গাংদবা থাজনি তোলঙৌগী য়ুম মপা য়োরকপদা থরা থৈ-দোক্রবদি চৎপা য়ারোইদৌরি ; পনগদৌরি ; থেংজিনগদৌরি। সনাগী লৈবাক অমদদি মান্নবগী মান্নবা ঙাক্তনি।

ইম্ফাল, ২০০০

# মপ্পা থীনবা

থুম্রা য়াইমা অমুদোম্দু লায়েংশঙ অচৌবদা পুখৎথরে হায়বা পাউ তায়। করিগী হায়না চঙলুবদা মমৌম্নুপীনা থুমত্রিভৈদা ইমানা থংনবা কা-য়োমদগী হুৎ ফাওদোরক্লগা শাউনা হায়রকই—

—মহা চান্দাল অদো মথ্বাংতু জমফৎনা কম্থদনা থুদেক্লে হায়বনি। কল্লক হেক লেপ্লি।

—কনানা ?

—কনানা ওইনি মচা মুপা মহা পাপী অহুনদিনা।

—মচা মুপা হায়দি তা-বীহারী — ?

—হো। বীহারীদনি মুপা অতৈদি মুপী ঙাক্তা নত্রো। মুপা অম-মমদং য়াওবনা যুগ পুবা অমমম ওইরদনা পাপী।

—নত্তে কনাদনো ইমানা শাউরিহুবু—থুম্রা য়াইমদরা তা-বীহারী-দরো ?

—অনীমক্তা।

—কল্লক পেল্লিবনা করিগী কনাদা কনাগীদমক — ?

—নথুম্রা চান্দালদো তেক্লিবদো ; লাই লৈতবা নত্তে ; রায়কই-ঘনি! ফুদেক্লবা তাবনি। পেল্লি।

পেম্মা অহুম থোকথরে। ভাব তাবা ঙমহৌদে। মমৌম্নুপীদা হংলুই—

—করিনো ননেম অসিবু শাউবগা পেনবগা ইয়ান যাম্নবগুম তোরিসিবু মমৌ ইবেম্মগা নাম থিনগৎনরবরা হায়বনি রাধিকে — ?

—ঙসাই জমফৎনা থাবদগী ইকু য়াইমগী খ্বাং তেক্লে হায়বা হেক তাবদগী পেনবা অহুম হৌরবনি। ইমুং লময়াইদা চালী কোং-লম্বনি। থানাদা চৎলগা ইতৈদা হুরাওনা থাগৎলগা থীনা শাপ তৌরনি হায়রম্মী।

—অস ! ননি-নমৌসিদি শব্দদসু নত্তে পেং চোইবসু মান্নরেনে। ছোংনৌ ছোংনৌ পুবা ডম্ন-ডম্নবা। ননি-নমৌদগী হৌজিক চৌ-জিক খঙলিবসি অমনা লায়েংশঙ য়োৎত্রে নহা অহুনা থানাদা লৈরে অসিনি। হৌজিকসি করম্বনা হান্না চৎকদবনো—মসিনা ঐগী।

ঙি ছোংত্রিঙৈদা অশোকপা অহল অহু হান্না য়েংলুগে খন্দুনা চৎ-লকই। করম্বা লায়েঙশঙগী করম্বা কাদা হায়বদি খঙলক্লে। মফমসু হৎগে করি কমদৌবা মঙংনো হায়বসু খঙলুগে খন্দুনা থুবাগী য়ুমলোমদা চঙলুই। য়ুমলেঙহু ইচৌক চীকলমী। নহা-অহল খরগী মিং পন্দুনা কৌরুই। ইথুম থুমক্তে ইথোক থোক্লরক্তে। থানারোমদা হান্নরা লাইবক য়েংলগে খন্দুনা লৈথোরকপগী অদুদা ইবেন অবোকশি অহু মথাং ঙম্বিব-মখৈ কোল্লদনা থোরকই। (ইবেন অসি সনানি; থুবা য়াইমগী মপা পোকপা ইপুবোক অহুগী অহুমগুবী মুপীনি; চহী চাম্মগী নাকয়েত্তা রাথোক-রাংশিন হেন্দোক হেঞ্জিনগী থাজনবীদা লৈবনি; য়া করিসু তৌত্রি থাংজিং কক্ কক্ তুপ্লি; নাগা মীৎকদি খরা কত্রে অহুসু অয়ুক মুংশা তরং তরং থোকপা মতাংদদি য়েত্তুম মনা লায়না লেংলি; নোংঙাল-লমদাইদা লাপ্পা খোংলকপা তিংগোংকাংগোং তারগা কদোমদগী অমদি চাউরাক্না কয়া লাপ্পা মফমদগী খোংলকপনো হায়বা ঙম্নি- মচা-মগুশিংনা মরা তাবিদবগীনা অমনি।) হায়রকখি—

—কনানিনা; নমায়পাক নত্তরা নঙবো; নখোন মাল্লিনে ?

—ঐনি ইবেন মান্নপাকনি।

—কমদৌহৌরে ? য়াম্নবা অহুমহু করম করম্বা শিহৌরে ?

—অহম হায়বদি ? থুবাগা তাদগদা নত্রো ইবেন! থাং শোকই হায়বহু থুবা নত্রো, করম্বা লায়েঙশঙলেহ্মনি হায়বগে থুবানা লৈরিবো ?

—করম্বদনো ঐসু খঙদে, তাকসু তাক্লমদে শোকুমা ময়াম চঙহুনা

থাংখিবদি নখুৱাঙুগা নয়াম্বহুগনি। নয়াম্বহুদি ঈনা লোক্তাক শাগ্রবনি। ভৌজিক্কাশিংদি লাল্লম্মনি।

—করিনোনে হায়রিসিবো ইবেন ঐবু ভাব অমা তাদ্রেনে।

—য়োংগী মচা নঙস্মু কৈস্মু খঙদেনে। নঙবু চাকখুমদা লৈরুব্রো! নঙদি নচামুপানা থীগ্রো?

—অহুনা হেন্না ভাব তাদ্রে ইবেন ঐ অখঙবা অমদা হংলগা য়োরু-খিগে।

—যৌকস্মু তোক-ও। মী অমত্তা লৈতে মন্থাপাপী অহমগী মম্মুংদা অমদি মশিরনি তৈবারী তৌনবা শীল্লো; নঙ চংগ্রস্মু।

—মহুরাইহুনি ঐনা ভাব তাদ্রিবসি ইবেন! কনা কনা কমদৌবনো ঐনা তাবগা ইমান মান্নদবা অমা লৈরি।

—ইসে! নঙসিদি মীতোকচাক মওইরেদনা। নখোয়গী য়ুম্‌কতি খঙভিদনকো?

—খঙভি ইবেন।

—নখোয়গী জাং অসিদি অপোকপা মপা মপাহু ফুনবা জাংনিনে। মপা থীনবগী লোনচং লৈবা শাগৈনি। নখুবা অহু মচামুপা নম্বাম্বা বীহারীনা ভসাইহু য়োংশূক মচা অমনা মখ্বাংদা থাহুনা থুদেক্লেদনা।

—কারিগীনি হায়বগে?

—করিগী হায়বা লৈতে নম্বায়পাক, মযু থকচিল্লগা পঙলাউদা লাউ-রম্মী; লৌ পরী অমা মম্নিংদা পাল্লো অহুগা য়োম্হোকে অহুগা গাড়ী লৈগে হায়গুম তৌত্রা কৈনো। নঙগী নখুরানা য়াদবা। অহুদগী মখুরানা অরামদার নাল্লিডৈদা হাইরং হাইরং হুজিল্লরুগা কৈনা কষ্টে হায়নে পাপীদো! নখুরাহু ময়াম চঙহুনা পুগ্রে। অহু-দগী ভাইহাক লৈরগা মচামুপা কৱিয়ে—জোসেফে হায়ত্র কৈনো—

—জোসেফ।

—ছো। অদো অহুনা অহনদা ফুৰিবা করিঙীনো হায়দনা মানা পান্না-ৰকপা কাওজৈ অপাকপা মানবতুনা তান্ন-তান্নদনা কল্লেনে। মথ্বাংদা পাল্লেনে। তেক্লে। মাসু অমুক দাক্তোৰদা পুখ্রে। মচানুপা শোৱন অতুবুনা দাৰুগানা পুথ্রবনি। হৌজিকাশিংদি কুরাও হং চল্লম্মনি। হোৱেন্দি চেঙ ফনা য়াম্না হম্বনা থোংবা য়ানি হায়রম্মু নন্দোন মুকাক্লেদা। উতোংঙা যামত্রবনি খরা লৈশেম্মকউ হায়যু। মাগী দারুগা ময়ুমগী উতোংঙাতু চাবা য়াদে মতু তৌরকনু হায়য়ু। ইমৌ অতুসু ঐনা হায়বা লৌদেনে।

—থুরাতু খরদি শোক্লেনে?

—শোক্লবনি শোক্লবনি। পাক ফগদবা মান্দে। ছিংলবনু মথ্বাংতু শোরো শোরো চিংলবা য়াই। চিংসনু! পেল্লি। মানা মপা অপোকপতুবু ছিংলিঙৈদা কয়া থীনা থীনা ফুবিখ্রে। য়োংকী অরাম-দারনা মপা মী অহল অত্তগী থুবাইদা থাবিদনা, মী অহলতু তৌংদম হেক রাম্থখিবা! থুবাই-শরুতু মহামদা থেগাক তেকখ্রবনি নপুবোক অদো। মতুগী খরায অসিদা যুতুনা লৈর্রাব্রবনি। অতুবু ঙসিদি পেল্লে। মাবু ঙম্বা মহা পাপী অমনা থীহুরে। ইবেন মুংঙাইরে। ঈরোনবা যাম্না হাউনা মোরোক শানা চাথোক্কে।

— ঐ য়োক্লখিগে ইবেন।

—কৈদৌবা? ঔ ঔ; য়োদনা য়োয়বদি মথোয় অহুম্মক পুম্না য়োপ্র-সনু। খ্বায়গী নহা অতুদংগা মচা নুপা পোক্লমদনা মচানা ফুথবিদনা ফংজপ্রদি ফগদৌবা। ময়ুম পান্দুনা মচা পোকুনা মচা অতুনা মকৈ থুদেকপা ফাওবদংদি উনীংবনি। নত্তে নমায়পাক নহোয়গী দাক্তোর-তুবু মীগী খোয়রেলসি থয়গাকশিং শাংদোকহনবা ঙম্মিদ্রো অমুক্তা হুংলকউ। পাপী ময়াম মথং মথং থীম্নবগী কুম্মৈসি য়েংবা মুংঙাই-রিনহৈ শিগৈজন নঙবুনে।

—হস। ঐ য়োরে (কহুক পেম্না তল্লপ) হুন্নবী মনুখাও।

—ইশ্বা ! য়াম্নিমচা ! ঙাখা নঙনস্থু ঐঙোন্দা অতোপ্পী কাপ্পনা ! ঐনা অতোপ্পী ওইরগা নবুক য়েকপ্রো ! ওইগে হায়দনা ওইরিনি মখৌ লৈস্ত্রো ! অতোপ্পী ওইরস্থু নবেম্মা ! খঙভেদনা ! ইচাদি পোক্লরোই হায়দনা ঐম্না থম্মা শাম্নদনা পোক্তবনি খঙঙম্না সে ! মখোয়গুম্বা অপোকপা না-পা নাপাবু ফুবা মচা পোকদবগী শক্লক মপোক ভয়েংলক কাওবা খুংহুনা অহুম লৈজগে ; লৈজগে ! লৈজগেনহে …

অহল অহু মখুৎ য়ান য়ান্দুনা চৈহৌরি। চেনচৎ অহুম চৎলক্লে। থোঙ্গান লোনশিন লোনশিন্না য়েংশিল্লুই। অহল অহু মাঙ্গোন ময়াইদা জগোই কম্না কোংহৌরি। মচীন্দুস্থু করি করিনো ঙাংহৌই। ভাবদি কংলক্লে। চহী চামগী অহল অমনা হৈনীংবা জগোই শাবা উবসি হন্দকী অসিনা অহানবনি। মচা মচাগী কুপা ফংলবা মপা অনীহুবু লায়েঙশঙ-লেন্দা ফমুং থংনরিক্লো। ম্মোরুরগা খঙবা হায়বহুনি। ইকোন কোনবা মচা অহুনা — ?

ইম্ফাল, ২০০০

# ইনম্মা শবিরৈগী মমৌ

ওফিসতগী ঙরাং পুথরকপা লাইরপ তৌবা, অথুবদি ওইবা ফাইল অমনীহু য়েংলম্বদগী ছুটী মুমীত্তা শগোল হুরাই উস্তিনা ননবা মুংখিল ওইনা তৌরদনা, তিংথোক্তুনা মীৎ ঙাইহাক উইশিল্লিঙৈদা মহোয় মমানা থোঙ-গান্দগী নিংদোন হাগত্তুনা কৌ কৌহুনা পাইশিল্লকপগুম চঙলকই— মহোয়'বা, মহোয়'বা, মহোয়'বা তুম্মবো ? লোংনা ফুক হৌগৎলগা তপ্পা হায়রুই—কৈদৌরগে কবোকলৈ নঙবো ; মুমীৎ চেক চুপ্পা থরক হুনগত্তুনত্তা

লৈবসিবো। নচা মরী শূরবী নগনা খংপা ইহন হুন্দবসিবু অমুক চেন্নসি হাযরিবো। ঐদি খোইরেন্তাকী কৈশিংতুনা ভাম্রক্লবোই নীংলুরে।

—চোইঙাংদু অমুক্তা ঙাইবিখোদা!

—হোয়নে চোইঙাং নত্তবা ফাঙাংদু ভারসিনে; মঙ-হা হায়রা থুগাইরে কদায়দা কাপথংনহৌরবা?

—কাপ্প-খোংপগীদু অমত্তা নত্তে'মী; ঐনা নহাক্না হায়রো মৌ খিবা ভারবদি মৌ অসিগুম্বা খিগনি। অসিগুম্বা।

—কনাগীনো হায়বনি! নচা হায়রা নগনা ওস্তানা চেনসি-চোংসি য়াখিদবদগী খেঙনা খোরক্লনা পেন্সন ফংলমদাইসিদা ক্লাস এল-বেনদা তম্মী। খিদৌরিবু ঐগীরো?

—মহু ভাবদনি ঐনা অশিনবা কারিসে। নঙগী কেরানী শমকক চাইশেন মানবীদুগী মঙ ওইরিনি হৌজিক কায় হাযখিদো।

—ও হৌবে-হৌরে। অদুরাইদু যৌবক্লবদি রারী লোইশিল্লকদৌরে। তমহৌব্রো করিনো মৌগী রাদু কোললিক লংখাযনক্সিহৈসিদা—।

—অস অদুবুরো ইনন্মা শবিরৈগী মমৌসিদি, অস কৈদা অমনি; ফগ্রে ফগ্রে। মশক্না মশক ফজরিবা। মশমদু তুবং তুবং ককচৈ হায়বদনি অস কপ্রবা জাংনি। ফগ্রে-ফগ্রে। বেভারনা ফজরিবা। থকশি-খাশি নহোয়গী কোনুং; কংচা কংচা।

—পুংকং কংচারা?

—অস অদুদগী শরক ৭০৭ হেল্লি। ঙাইখো ঐ কি হোংঙখিগে; তম্মগেনে।

ঐ থঙই মানা শধিরৈ হায়রিবসি পুলিশ এস. আই. মহেন্দ্রগী মুপী শচীরানী লৈমনি। য়ামাও খজিকুং ঙন্না উবদগী মনেমাশংনা শবী লৈমা হায়দনা কল্লক পেম্না নাশোন্দা কৌবদগী হেন্না শমজিন শাজিনপ্রগা শবিরৈ হায়দনা ভাখিবনি। মনেমশিংনা হু থাহুনভা লৈবী মমৌদা মখল কয়াগী

মিংনপ মিংথোল পীবা মালেম অসিদা চংনৈ। অঙকপা নত্তে। পীদবনি ঙকপা য়ারিবদি।

নীংশিংলি থা তরেৎ-নিপানগী মমাঙদা শবিরৈগী মচা অহনগী লুহোংবা চৎথি। মঙানী চাক্কৌবস্ু ঐ পকশিন্না তৌরকপদগী কবোক্লেনা ঙকপদগী চৎলুথি। বোর-মপা পুলিশ ওফিসরন্থু খঙনদবদি নত্রগস্ু শেন-থুম পায়-খৎলকপগী হৌনবা শক থরা তাথৎপদগী লেং থৈনরবা ফাওবদা লৈথোক্লগা নাত্তোন ফুনজিন্নবা মওংদা চথবা মতিন্না ওইনা তৌবনি। চাক্কৌবা ফুমীত্তুদা মানা মমৌবু থাগৎহৌবন্থু তাবদা ইচানুপা অহল ক্লাস টেনদা তম্মিবন্থু হোঙদোকপিরসিরা হায়বা য়ৌনা খনথিগুম তৌবনি। ঙা মথেন ঙাক্তা চাবদা লায়না তুম্নমা হায়বগী রাখল্লোন অমদা চৎলমদাইদা মাগী অথন্নবা কা অমদা মহী-মরাং চিংমিন্নথি। গিলাস শাংতক তৌবা অহুম শুরকপগী অতুদা ওফিসরনা হায়খিবনি—

—বোন্থু সার, মৈথোম বাবু (ইমিংদি মেঘরাজ কৌবনি) ইমৌ মুংশিবা হায়বসি মুংশিকো। য়াহৌবদা ব্রশ তৌবা লোইফাত্রিডৈদা—বাজি চা লৈজরে—'সিনি।

—অসি বেদ তি দো।

—বেদ তি মক্তি নত্রগস্ু অসি ...

—ও, ব্রশ তি।

—ঐ সার মতুনা চুম্বা তায়; মাম্নি ব্রশ তি। লৈরমগনিনা সারবু।

—করি লৈতদগে ব্রশ লৈরে; তি অমা নমৌনা পায়তুনা লেপ্লে; লোইরে কৈনো। ব্রশ তি। অদগী কমদৌবা — ?

—অস, চৎথোক্লমদাইদা ঐগী য়ুনিফোর্ম, খোঙঙুপ, পেন্তি, কনাগী মোজা ফাওবা মথংখা ওন্থোক্লগা লানশিল্লকই—বাজি মোজা ত্তোংরিয়ো—'সিনি। মসি সারবু ঐথোয়গী মুপীনা নেত্তর তৌ-খিত্রি। নেভ্র।

—ঐথোয়গীদি পুলিশ বাবু অয়ুক্কী চা ঐনা লোল্লগা লানশিল্লিদা।

—অদগী সার বাবুবু, চাকসি চাবা লোইত্রিভৈদা শেংজিনগদবগী লেপ' ভাইরিবা। মথুৎ মচাহুনা কোন্দু শৎ-শৎ-শৎ। কয়া মুংশিরে। ভাইহাক্তা চথোক্তে শীৎপগা নানবগা তৈথোকপগা কা পুম্নমক থোজো হুহারগী করতালমুক লংই। এ! য়ায়া কৈদা। লেঙঙসি রোল কোর্ন তৌরম্মনি।

মফি হোংলুবা কবোকলৈ মনাগী সনাহু মরৈ লৈথোক লৈথোক্লুনা থোক্লকই। হরাওনা ঙৈম্মে—

—মচাহুনা কয়া হেক চাউরে; মুপানি; ঙৌরোক ঙৌই। মপাম্মু মপুবোকম্মু কুচু লৈশিল্লপ তৌবনি। অঙাং অসিদি কনা লৌবনো থঙদে ঙৌরোক!

—নত্তেনে কনানোনে মচা পোকইবো?

—ইহে। ঐনা সোস্তী চৎকে হায়রমহুদি। কাল ফত্তে মুংথিল ওইনা শোল্লনি হায়দনা চৎলুরিসিদি। কৈনোনে মঙ মঙহুনজা লৈরবো!

—কনাগী সোস্তীনো হায়বা অহুবো?

—ই হে! ইনম্মা শবিরৈ থঙজ্রবো মহোয় বাবো? ইনম্মা শবিরৈ মগু ফংলে।

—আই লুহোংখিবা থা মঙা-তরুক্তা ভায়রিদাইনে কদাইদগী মচা?

—মহোয় হান্না য়াওজরকপা ওইরমাল্লে। অহুবু কৈদৌগে।

—ইমায়! কবোক-লৈ।

—হাউ।

অহুম চঙখরে। ইমুংগী কুপনোম ঙাল্লা হৌই। থবক্তা মচৌনগা চাং হাইরপ মাম্নবা লৈবনি। থবক ভৌনা তৌনা ভাংই; নত্রগম্মু ভাংনা ভাংনা থবক তৌই; ভাংবম্মু উশোক-য়াশোক্লি—তৌবতবু মথমতা ভাংজবনি। ঙসিগী মরু ওইবা হৌরমদি প্রানেশ্বরীনি। প্রানেশ্বরী অসি মনম্মা শবিরৈগী মমৌ অহুগী মিং ওইরম্বা তাই। মফি থুপচিনবদা পল্লি—

প্রানেগুম্বী ইমৌ অমত্তং লৈজরদি হেক য়ৌরকপগা মানা তাপ ওক্লগা শৎ-শৎ থুপচিনবিগদবনিদো ... মরাইবক ফৈদা ইনম্মা। চাকখুমদা এনশাং শেন্নদা নীংশিংলকই—দশকুশ শোইবনা মচু তান্নিবা কয়া হৈগ্রে নাপ তম-তমহুনা ককপগা চপ মান্নৈ। মোরোক লান্নিবৈদা চকু পাখরক্লুনা চাকখুমহু তাউন্না উই। কনা কনাদনো শাউক্লরগা শোনখিবা তাহৌই—ইমৌহুনা খোংবদি পাথবদি হায়রুম্ম মতাং চপ চানা খঙবনিনা থোকতা থাংধরগা য়াইশিনবনি। হোম সাইজ লৌরকপনিনা —।

মুমীৎ, চয়োল, থা—থা খরা হৌখিবা খঙহৌবা নত্তে। তলব ভাই-য়িবৈদা তারীখ অমত্তা নীংশিংদনা তোকখিবা নত্তে। থা হৌগৎলকপগী তারীখ অমদা ফ্রিজ মরূপকী শেনহুল লৌনবনি হায়হুনা মনম্মা শবিরৈ লাকখি। চাকখুমদা দাইনিং তেবলদা কম্মগা কুইনা রারী তৌনহুনা লৈখি। ভূক্ষম কাদগী তাবনি। রারীহু মফাং-মফাংই। মালেম অসিদগী হৌরগা মথংগী মপোকী ফাওবা রাওখিগুম তৌই। হৌরকপা ময়াই অমদি রারোইহুদি মমৌ অহুনা ওইখি। মীওইবগী লাইবকী থরানমিচাক —নক্ষত্রনচিংবগী মতাং অমা রাশা ওইনা কৈনশিন্নরকপা মতাং অমদা ভাংনখিবনি—

কবোক্লে—খঙদেদা ইনম্মা, নঙদি নরাইবক থম্বাল শারবনিদা। নমৌ অসিনা মরোল অমা ফরিবা। অম্মুক মরম ওকপা মবূকচেলনা মবূকচেল চাউরিবা। কদাইদগী কমদোনা ফংহৌরিবা নমৌ-নোনে ?

শবিরৈ —খঙদেদা লাইবক হায়হুনি। নঙগী তাইভো অসিনদি পোস্তিং পঙচৎতা চৎলিদো। পোস্তিং মকম হেক থুদিংগী কোয়খিবা মুপীসিনা।

কবোক্লে—হৈমা তাইভোম্মু তৌরা ?

শবিরৈ —হে-হে ! নখোয়গী মেঘরাজগী তান্নিবা পাউহুদি কৎচা, কংচা রায়থু মথোঙবু হায়গে কৎচা। ঐখোয়গীদি পকা ; পকাদা

কোয়থরিবনি। চৌংদসু মচা অমা লৈ হায়নরি। থিগৎলুথিদৌরিবনি।

কবোক্লৈ—খিং তোকওদা ! ন'মী হায়রা ফয়বা অমা ফংঙে।

শখিরৈ —তৌবসুনহৈ কবোক, মহান লোংমদি মকুমোক্লা হিদাক ঙাওহুনা হঙ্গিল্লকপদনে মমৌমুপীনা কুৎপমথৈ রায়কপা। করি হায়গেরুমে নমৌনা—বাজি, অহনগা ওইশিল্লকপমে, চারম ভূয়মদাইদা য়ুমদা থম্মগা অহুম তৌরসিদা ঐনা সার্ভ তৌরগা লোইরে। অহুনী মুমীত্তগীনহৈ কবোক নঙবুনে ঙাওখিব্রে'মী !

কবোক্লৈ—থকখিব্রবা ?

শখিরৈ —থকপবুদি কদায়' তোক্কদগে হৈনপ্রবমো, কো ? অহু মুমায়না তৌবনিদা, নঙগী তাইঙোনা ক্ব য়োনবী অমদা ঙাওরে থিগৎলুগে হায়দনা চৎপা, অহুদা ইমৌগী মমা জাঙ্কো অসি থেংনবা। বস মম্নুংদা রা হেক্তা তূপথোক্লবনি। হাপ্তামুক লৈরগা রায়োইপোং হেক্তা পুবনি। অদেদি হোঙংঙনে, থা তরেৎ চঙলকপদা মচা অমা হেক্তা পোকই। ইশূ অসিনা মখোল অমা মুংশিবনা হায়' কান্নদে ; মুংশি মতুম্নি। মতুম।

কবোক্লৈ—তো অদুবু লাইবক নত্তে হায়বা য়াব্রো ! মহুবু তাইঙোনা ক্ব য়োল্লমদ্রদবু থেংনখিব্রো।

শরিরৈ —খঙদেদা। হৈ ইমৌ অসিগী মচে অমসু লৈরিনে মসিহুম ফনিনহৈ, মান্নবু হেল্লি মরম ওকপা মীকৌ-মীয়াক হৈবা হায়নরিদৈ নঙগীহুম লৌশিল্লসিরা কবোক ?

কবোক্লৈ—ইচা অহল অসিনা তৌরা মমীৎ কাকপদা ঙাইরিনে। লৌশিলহৌসি হায়রগা বুক তৌশিলহৌগদবদা মঙায়।

শখিরৈ —হোয়নে, তৌহৌসি হায়রগা নঙগী মেঘোগী ওইমা

অসিরাইসি য়োম্মকপদনি কবোক্লৈনা হীরমগী মায়কৈ থংওন ওনম্রিবা। মাগী হীরমহু অহুঙৈগী আমেরিকাগী রাষ্ট্রপতি অমা হাংখিবগী রা ওইনা

ত্তৌগ্গম ত্তৌই। রাণী শাবগী পুমলোই লোইবা শক্তা অনীনা য়েংনবা মচেৎ অমত্তা য়াওদনা ফল তামিন্নখিবসি—'ইমৌ প্রানেশ্বরীনা মালেম অসিগী মমৌ কাঙলুপকী লুহুপ য়াওত্রিবী মহারাণীনি'—হায়রবাসিনি।

চহী অমুক হৌখিবা অমুকস্তু খঙহৌত্রে। তার-তারগা থোকপা হুমীং অসিনা করম্বা পনথুং অমা তান্না পুন্সিবু পুরিবনো হায়বসি কনানস্তু নাচুংনদে। তলব ঙাইরিবা ঐথোয়না হেন্না নাচুংদে। শেলগী হিসাবত্তা পুন্সিগী শেনবা চঙবা ঙমদে। ঙম্বা য়াওরক্রুগম্ভু শ্বর ইচং চংপদৌনা ত্তৌই। তলব নৌনা চাখৎলক্‌পগী অত্থুদদি নীংজবা কান্নগদবা মায়ওন কয়াদগী হিসাব থমলম্মি – তরা লাকপা, অহুম-অহুম মঙা চংখিবা ...। হৌজিক্তি থমদবা কুইরে খঙবনা হেল্লে—তরামঙা ফংবা কুন চংথ্রবা তরা পুশিল্লবা মথংগী থাদা ফুক্কংকদবা ...। ফুক্কংপগী হিসাবত্তা অহুম চথবনা ফল পূম্ন-মক্কী কল ওইনা লৈরি। লৈবা কুইরক্লে। কুইম্ম কুইখিগদৌরি।

নোংমা অয়ুক খবর পাতুনা চা ঙাইরিঙৈদা ইচানুপা য়াইমত্থু ঐনা হৈনদে হায়বা কপ মনা তৎপত্থুদা কয়া কন্না হৈনদবা চাজম পুত্থুনা থোক-লকই। আইমা য়াইমবা, চা অসি ঙসিদি নঙোন্দা তারবরা? — চাত্থুদা হিগৎলপ য়েংলগা হংলুই। খুম্মকই—

—মম্মী হায়বা শালাদো ...!

—হাই! করি ইটিকেটনো! ন:থায় নহারোল অসিদি ...!

—শঙ্গোম লৈক্লনি হায়দনা থোকখিবা পুং অনী ফারে অসিদি ইটিকেটলা বশটারদ।

—ই-য়া! চঙঙো চো। হল্লক্রুদি চাকখুম চঙঙো। ঐ ঙন্না চৎকনি।

শাউরংননা চঙথি। টি. ভি. মনাক্তা লাইব্রিক অমা পায়তুনত্তা লৈবগী ফল লাক্লে থনবদা হকচাংসি থীক্লম-থীক্লম ত্তৌরিঙৈদা মমা ইবেম্মত্থু শঙ্গোম মকুপ কৌতা অমা কোল্লদনা থোঙাম্লোমদগী ঈংনা হাইজিল্লকই। হংলুই—

—নঙবু কবোক্লে শঙ্গোম অশেংবা খিবদা অষ্ট্রেলিয়া য়ৌরুরক্রো। নচা য়াইমসিনদি লোইরে টি. ভি. ফ্লিমগী মীচৈমখৈ লোইরে। অমুক্তা নক্রবদি য়ারেম ঙাংবা য়াক্রবো ?

—করি য়ারেক্লো! তুপা ঙাক্তা য়াক্লোন অমা লৈহৌরিহুবু ঐদা সুম ঙাইরিবা কৈগীনো!

—অমুক কুইনা কদাই চংলুপে তুকান থোঙ হাংক্রগনা শং —

—শঙ্গোমদি ঙসাইনা লৈরবনিদা।

—অদ—কৈদৌরবা ?

—খবর পাক্রিবো ?

—খবরগা নঙগী শঙ্গোমগী থোঙচংকা করি মরী লৈনরদনা ?

—য়াওবনি খবরদা।

—করি য়াওরিবা ? শঙ্গোম অকংবা—মহীগী এডভরটাইজমেণ্ট ?

—নত্তে হায়রে মীনা! মাগী করি শোরী হায়রে মহা লৌত্রাওবীদো মনেম-মকু পীজনীংদবদগী তোঙাম্না চাথৈ চারম্মগা নহান অয়ুক্তা চীংমী অমদা চেনখ্রে'ঘে ; অদুগী শোয়ত্রবা হায়দনা হুংবা চংলুবা। চাক থাগংখ্রবা ঐগী ইচাশিংহুবো ?

—নত্তে কনাগী য়ানো কম্নিনো মরেক্তু শেংক্রেনে, নঙবো।

—করি শেংদনেগে পাউ খবরগী ফুমায়দা য়াওরিবনি। ইনম্মা শবিরৈহু চফু-উম্নান ফেংদোকনি হায়দনা তৌহৌরি। ফেংসন্থু। ঐগীস্থু ফেংদোক্কে। তাইঙোহুদি নোংমৈ মরু হালহৌরে।

অহুম চঙখরে। খবরদা য়েংখরুই। মনম্মা শবিরৈগী মমৌ প্রানেশ্বরীগী ফোটো ফাওবা য়াওরম্মে। মমাঙঙৈদা থনখিবনি—ঙম্না থাগৎমল্লিসে।

ইম্ফাল, ২০০০

# মরৈকাইমক্তদা

তোম্বোই আগ্রাগী অঙাও লায়েঙফম অমদি জেলদা পুল্লা হচী তরাগা নিপানগা থা খরা লৈরুরবা মতুংদা মরৈবাক্তা থোক্লকপনি। মাগীনি হায়বা য়াম্নমক নকশিল্লবা শানৈ-নাত্তেগী মরী-মতা লৈত্ত্রবনা লাক্লগনি হায়বগী মুংঙাইবা (নত্রগম্ব অরাবা) পাউ পীরক্ত্রে। মমা পোকপা মবোক অমা লৈরম্বত্তুম্ব চহী নীপান-মাপল্লোমগী মমাঙদা লৈ'খদরে। মানা জেলদা লৈরিঙৈদা অথাপ্পা শাগৈগী মথুরাশিং অমনা মতাং অমা চারুবদগী হায়রকখিরবনি। জেলগী থবক শূকম অত্তুদা ময়াম মরক্তা ও-থোংনা কপখিবনি। কুইনা কপচখিবনি। হৌজিক অসিদদি মাগী কনাম্ব লৈত্রে! কনাম্ব লৈত্তবগীদি ঈশ্বর লৈ হায়নৈ। অত্তুবু তোম্বোইদি থাজদ্রে। য়াম্না থাজম্মদগী লাই অসি মা সুকথা থাজখিদরবনি। জেলদা লৈরিঙৈদা মীরোন্দা 'ভগবান' হায়না শোঙ্গবা লৈমিন্নবা অহল অমা চরম মেত্তুনা হাংলু'দগী অঙাও লায়েঙফমলোম্নদা পুখিবনি। বেয়া লৈবা কোক ফরক্লবদা জেলদা অমুক লৈরুহ। ঙসিদি মিয়াদ মনম মনম অত্তু লোইদনা (মরম ওকপদগী থা খরা ককখিবা লৈ) মরৈবাক তম্মক্লে। ঙাওরবা নত্রগা মরাল লৈত্রগদি মীরম অত্তুদা মাগী লৈফম লৈতে। অত্তুনা পামজ্রবম্ব থোরক্তবা য়াদবনি।

পামদবা নত্তে পাম্মী থোক্লিংই। মরমদম ওইহরিবা মৈত্রবাক অসি য়াম্না পামজে মুংশিজে। ইমৈত্রবাক্তী ফোরেমগী চাকশা, মুংশম হাইরপ নোইশিল্লবা য়োংচাক-অপু ঈরোনবা, নপ-নপ লাউরবা চাকহাও লোয়ননা ওন-ওন্দুনা য়েংখিবা পূম্নমক্তা চীং-চীংগী অকোয়বা পল, চীংদগী মফম থঙদনা তম তম্নকপা থেক্লা খোয়না চেল্লকপা তুরেল পিশক পিশকশিং, কালেনগী য়ক লাউবা মুংশা, পোয়ন্ন-রাকচীংগী ত্রং-ত্রং চিংশিনবা শকউদবা উন মহী, শজিবুগী ঈথেঙগুম ঙাংলবা মুমিদাংরমগী মুমীৎ—পূম্নমকসি লোইনমক মুংশিজে। মীরমগী অহেনবম্ব য়াম্না লৈ। অত্তুবু পূম্নমক

অরাংপা ওইনা উই। মীরমক্সী শেংদোক-শেমদোক্লবা ঈংহল্লবা ঈশিং থকপা ভসি ক্লাওবা পামদ্রি—য়াক্লি-য়াক্লি শারি-শারি তৌহুনা অতুম্মক লৈরি। পেঠাদং থরা হাওনা থোকলুই। অতুস্তু তোরবোঙগী শেহনি হায়বা থঙলকপদগীদি পীরকপা খুদিংগী মঙক অতুম হাইথরে। মা তোর-বোং চাদে। অঙাং ওইরিঙৈদা য়াউরদনা ভচাউ তুচাউবা মশা অতু মুর-শাবা মপন অমনা তোরবোং মাক্লি হায়দনা নুংশিনা 'তোম্মুং তোরবোং' হায়না লক্নখিবদগী লোয়ননা মবোকী মচানিংঙোল মনে অমনা থোংবা অশোয়বা তোরবোং উত্তি চারুবদা ওখিবদগী অতুম চাখিত্রবনি। পাখং ওথাকপা অমা ওইবরুবা ফাওবদা মশক্তু তোরবোং হাইরপ অতুম মানখি। হৌজিক্তি মান্দরে। চুঙ ফীরান চাবা মীওইমক ওইরে।

অতুঙৈ মানা চপ চানা চুঙ-ফীরান চাবা পাখং মচা অমা ওইখৎলকপা মতাংহুদা নোংমা রাধামুখীবু ইহান হান্না তুরন্দা উখিবনি। লৈকাইগী ঈরম-নালানচিংবা শেংদোক-খোক্তোকপগী নহারোলশিংগী থৌরম অমদা ময়াম চঙনথ্রবা ফাওবা লৈরক মপান্দা পৈখৎ পৈখত্তুনা থম্নরম্বা অমোং-অকায় ময়াম অতু মানা খোম্ল-খোম্লগা তোর্বান্দা লংশেকপা পুমলোই লোইবগা লীগী পোলাং অতু চাম্নগা মশাস্তু শেংদোক হায়তুনা কুমথরকপগী অতুদা রাধামুখী ঈশিং সনাবুল য়েপ্তুনা লৈরায় কাখৎলকখিবনি। মায়োক্লনা থেংনবনি—অমনা কুমথরকপা অমনা কাখৎলকপা। উবমক্তা তোম্বোই শায়, কোকচাবী ভুভ—' থাক-থাক অনী কুমথগদবা কাউরপ তৌই। মখুত্তগী লীগী পোলাং অনীতু তাখি। থজীনগী মিহুল চোংখি দং দং দং। মতৌ উবদা রাধামুখী থজিক ভকখি, নোকস্তু নোরিংখি, চিংনরপস্তু তৌখি, শাউবদি শাউখিদে।

রাধামুখী লৈকাই অসিগী নিংঙোল অমগী মচানি। মমা কবোক্লৈতু হল্লক্তুনা মপামদা লৈরবা কুইরে। রাধামুখী মাগী মযুমদা কুইনা খাঙহুনা লৈরম্বদগী মমাতোনগী মীওংনা হেজিল্লকখিবনা মমাগী মনাক্তা লৈবা লাক্ল-বনি। ভসাই অয়ুক্তা সোসিয়েল সর্ভিস হৌরকপগী অতুদা য়ৌরকপনি।

মমা কবোক্লেন্থু কজবনিনা রাধামুখী চপ চানা কজে। মন্তৌ লৈত্নুনা মঙাল তাবা মানা হেল্লি। নচীন-মথা অমা লৈকাই অনীমক্তা মাগুম্বী লৈতে। পুম্নমক্তা য়ানৈ। মাগা চাজুক অমত্তুদা চামিন্নবা হৌরবী লৈহাউ-দংদি শোম্থাংননা মাদে। মায়োক্তা লৈবদি নত্তে।

মশাগী লৈকাইবু য়াম্না সুংশিজ্জবা তোম্বোইনি। লাইব্রিক-লাইগু অমুক হাল্লা হৈবদি নত্তে। অতুবু লৈকাই অসিদা মমিংন্তৌ ওইনা লৈরম্মবা ক্লব মানা হিংগৎহনবনি; লাইব্রেরী মচা অমা মানা কোয়চেন চেনবদগী লিংখৎলবনি; য়াউশঙ খুদিং তৌবা স্পোর্টসত্তা লম্পাক মানা শেংদোক খোত্তোক্লুনা শেম্বনি; লীলা মচা অমদি অতৈ সংস্কৃতিগী থৌরম পাঙ-থোক্লবা ফম্বাক মানা শাবনি—অহীং থেঙদা থেংলবা ফাওবা নহারোল পুম্নমক থরা থরা অমদি য়াম্না য়াম্না চিংশিন্নরম্মগা হুজিন্নখ্রবা ফাওবদা মাদি রাই কল্লা শীংচিল্লি। য়াউশঙ ঙলি হৌবনি। হয়েং অয়ুক ঙস্তা নোং ঙাল্লিভৈদা কংলা অগ্নিবদগী মৈশেং লৌক্লগদবনি। পুরকপা মৈ থম্ফম অতু শেম্বদি হৌরম্মগা ইহিং হিংনা লৈরি। রাই শীংচিনবা লোইরগা নোংঙানবা ফাওবা মৈ থম্ফম শেমত্নুনা লৈখি। ঙম্না থোক্লকপা ক্লবকী জেনরেল সেক্রেতরীনা ঙক্লুনা হায়খিবনি—

—এ! ইনাও তোম্বোইনা ঐঙোন্দগী হাল্লম্মেনা।

—ঐ তা নোংয়াই মসিমত্তুং লোইশিল্লম্মগে হায়দনা ..

—ইনাওমক লৈরমত্রবদি ঐখোয়গী অগ্নিবম লৈকাইসি চোম্থবা থুল ওইরম্মদৌনি।

রাধামুখী লাক্লুনা লৈরবত্নুদগী অগ্নিবম লৈকাই অসিবু অমুকস্থু সুং-শিন্নকপসি হায়নীংঙাই লৈত্রে। রাধামুখীনা ইথা থাজদনা চাম্নসি হায়বা য়ারকপদগীদি তোম্বোই ঙাওজবদগী হেন্দোক্লুনা অঙাওবা হায়বত্নু য়োরক-দোগুম তৌখি। নোংজু পাম্থাদা লৈয়ক্তা মুঙজাও হৈবা লাকপদা সরকারগী থবক শুবশিং অতুদা লৈয়কী ময়ায় ময়ায়দা হৈথহল্লম্মগা মানা নোংমাই মতুং মতুং ফাওবা তেমখায়বা তেমশিনবা তেমথোকপা তৌত্নুনা লৈ। মমা

পোকপা মবোক্তি অঙাওবা য়েংবা হায়দর আলীবু অনীরক খিরূরবনি। অনীরক শুবগী অত্তুদদি আলীচু ঙাওত্নুনা মীয়োল তারমদবদগী তোকপ্রবনি। অত্তুবু মমৌ ওইহল্লগনি হায়না থাজজবী অহলত্তুনা রাধামুখীদা হায়হনবদগী লৈরক কোইলাশ থাবা য়াওবত্তুদি তোকপ্রে। রাধামুখীনা হায়রবদি মা য়াদবা তোদে; হুকতৌমক তোদে হায়বা য়াই। রাধানা হায়বমখৈ য়াগনি হায়বসি মাগী ফোঙদোক্তবা রাশক্তি। রাধামুখীদনি রাফম অসি খঙলিবা। মতাং অমনীদা হায়দনা চাংয়েংগী মওংদা য়েংখি। তোম্বোইনা তৌরকপা থেংনবদা রাধামুখী ঙকখি। হেন্না মুংশিরকখি। মানসু তোম-বোইবু পুন্নমক্তি হায়না খঞ্জখি। অনীগী মওং ময়াম্না ইখঙ খঙনরে। শাউনদে। থৌগৎপিবা কাঙবুগী মীওই মশীং হেনগৎলি।

নোংমা, লৈকাইগী লাইরেম্বীগী তেকথরবা মল্লবা লাইশঙ অত্তু শীদোক্লগা নৌনা অমুক শাহনবগী মতাংদা লোন্নবা লৈকাইগী মীশিংনা নালা হনবগী মতাংদা লম থরা হেঞ্জিল্লি হায়না য়েৎলকপগী মতাংদা তোম্বোইনা ফন চোংথোক্তুনা লাইরেম্বী হায়বসি পুন্নমক্তৌনি লম অহাঙবরোমদা খুত্তুপ-মুক্তং কোনশিনববু করি কাম্বগে হায়দনা ফিংলপ থেম্মুই। নালা কোনবদা লৈপল খজিক শোক্লবা ইংখোল্দুগী শৌ-শৌ লাউরপ তৌগনবী মৌ নহা তথেল্লৈনা হায়রুরে—

—লাইগীনি হায়দনবু মীগী লৈনরিবা ইংখোনবু লৌগে হায়বদি কনানা য়াদৌরিনো। মথোঙ-মরম খঙনদ্রিবা মুপী মরা চৎপা মীগী মরা ঐখোয়' লৈকাইদদি চৎনবা য়ারোই।

তোম্বোই পিং লাউই। শাউরপ খুম্মুই—করিনো ইতৈমা তেকপী নঙনা হায়রিদো! ঐবু নঙগী তা-বোলাই ওইনা খল্লুরব্রো! আধা মোরা ওইরবোই খমব্রো। মাগী মুপীদগী পঙতা তাদবা বোলাইনি। মফি শেম্মগা ফন চোংথোরকই—করি! নয়া য়ামাঙচু লোইনা থুদেকউরা! লৌত্রিবা মুপীনা ঙম্বা। লম হুরানবা!

লৈকাইগী রাধামুখীগী পুন্না শোক্লকপচুদনি তোম্বোই মচুম তাবা শামু লামচা তরেংকুম কল্লকখিবা। নোংলৈগী খোঙয়াঙদা ফুজিল্লি। ক্লব অনীগী পাথংশিংনা ফাবনি। য়োমশিন্দুনা ফাখিবনিনা তোম্বোই পাঙ্গল খোকপা ঙমখিদে। অচুমকপু কনানসু ফাদবা বোলাইদা লামচুনা মখোঙ অনীনা কাওরুই। পানফম চাদবা মফমদা পাল্লুরমাল্লে বোলাই খংলাউ লাউচুনা তুখিবদগী অচুম হোৌগংলকখিদরে। খুদক্তা অচুম শিরে। খুদক্তা থংনবা লৈকাইগী মীয়াম হৌরক্লুনা তোম্বোইগী ময়ুম মৈ থাগে তৌরে। তোম্বোইনা অশাংবা অরুম্বা তোক অমা পায়রগা 'চঙঙকউনে ঙম্মগা!' হাইদনা মুক্তুনা তুলশিবোংদা লেপ্পদগী কনাসু চঙনদ্রে। নরুপ্পা অততাই ওইরা তখেল্লেগী মবুঙ য়াইমা মোরকোংনা অয়ুক্তা হৌখিবা লেপচিংদগী মশাচু হাইরং হাইরং হোংচিল্লগা অচোংপা মৈখেৎ উপু অমা পুথোক্তুনা অরাংগী য়েনখা ময়াদা খেৎলুরে। ঈ কল্লা হাইগংলিবা তোম্বোইনা তোক অচু মৈ-মকোক ওস্থোল্লগা মোরকোংকী মখাং মপাদা কল্লুরে। হাইরং হাইরং লৈশিল্লরুগা চেমশিনপে তৌবথু মখোঙ মাম্মদা খুদি থীজিনবদগী তুথরকপা তাপ্পা হেক থোকলুবনা তোক অচুনা মকোক্তা—কোক। খোপ পুমচাই। পাউ তাচুনা ফি শুরুম্বদগী পাখংমা চেল্লকপী রাধামুখীবু মোর-কোংকী মশেনশিংনা মশম পায়চুনা ফারুরে। তোম্বোই অঙাওবা কৈচং-ররবা শামু য়াইশ পাংখরুখরে। অরুম্বা তোক অচু হাই হাইচুনা লাউ-খোংনা লৈকাই অনীগী মীরক্তা চেন্নশিনদ্রে। মুপী অনীগা মুপা অমগা শাম্বীনা শোকখি মুপী অমগা মুপাচুগা লায়েঙশঙ তাপ্পা পুখৎপদা লম্বেন্দা লোইখি। ভাইহাকী মমাঙদা পাউ তাকপ্রবা থানাগী মীওই ময়াম লাক-তুনা তোম্বোইবু ফাখি। কুইনা চঙবা কেশ নত্তে। তোম্বোই পুন্সিগী ওইনা কৈতুমশঙদা থবক শুবা তাখি। থা তরামুক্তী মতুংদা মবোক অমদি রাধামুখীবু লৈকাই অমনা মওং থরদা লৈতাইদ্রে ওংলে হায়বা পাউ তাবদগী তোম্বোই মচিং লাক্তুনা জেল মনুংগী খোঙ অচু ফুগায়নবা তৌরুই। ফারুবা জেলগী কনস্তেবল অরথক চরুম মেৎলুরে। হোংচিল্লকপা সিপাই

—ঐস্থ খঙইনা। ঐদি তৌহৈদ্রে নয়ুম চঙবা গুম্ময়োই হায়রম্থ চান্নবা ফারে। চৎলসি হায়রিবনি ঐদি। ফারবো?

—চো। হৌজিক চৎলগা কৈদৌনদোইবা?

—ঐ-মা চৎপন্থ কৈদৌননে'গে; হিপমিন্নদোইবো!

তাবদা হন্দক্তি রাধামুখী স্বায় লাউই। মথাদা থনকোন কোনশিল-লক্লগা খোঙ থাংমিন্নরিবা তোম্বোইগী পাম্বোমদা খুজম্লিনা থজিক চম্লগা হৌরপ নোকলুই। চীক্লবা মতাং ওইবনা ময়ৌ লৈরবা মীনোক অহু তোম্বোইদমক তাখি। ঙসিস্থ বস মতুংদা তারি। মথন্নতা বসকী খোঙ-নাওদা য়েংথোক্লগা মোমোন তৌরি।

মরৈবাক্কী ওমথৈ হেক লানশিল্লকপদা তোম্বোই মতু চুংলকই। য়েং-থোকখিবদা উরকপা অশং-অন্নান পূম্নমক্কা মাবু মথুং-মশা হাইনা হাইনা তন্নায়া ওক্লিবগুম ফাওরকই। নক্কা তাহোবা সুংদূম মচা অমত্থ ফাওবা সুংশিরকই।

মরৈকাই নীংশিংলকপদনি মমীংতা মপি শিন্থরক্লিবা। কৈথেনদগী লাপ্লপ লৈবা লৈকাইনি। কৈথেনগা লৈকাইগা পুন্না উরকই। অমুক্কস্থ উরি চুমত্রিং চুম্বা লৈরক; লৈরক মচীন হেক হাইজিনফমদা মানা অনৌবা লাকপা পাম্বীনি হায়না থাখিবা নাসিক পাম্বী। য়াম্না রাংগনবা চাউগনবা পাম্বীনি ফজনা রাংহৌরবনি। হৌজিক্তি য়ুম মথোল কন্না লান্না রাংখং-লম্মনি খল্লি। লৈকাইগী নালা, উকু অহুগা লাইশঙ উরকই। লাইশুমাঙদা হৌরম্বা, মানা নালা মন্নাদা মফম চানা হোংদোক্কুনা থারম্বা নীম পাম্বীহু উরকই। নীম পাম্বী অহুগী মৈরম্নোমদনি রাধামুখীগী য়ুম লৈরিবা। য়ুম অহুনি মানা সুংশিজরিবা। য়ুম অহুদা লৈবী রাধামুখীবুনি থ্বাই পুম্নমক্তগী ইহেন হেন্না সুংশিজখিবা। ঙসিস্থ সুংশিরি। য়াম্না সুংশিরি। সুংশি মকাদনি ঙসি লাক্লিবা।

সুমীংসি হীয়াঙ্গৈগী তয়ামরীনি পানবনি। মরাম লাম্হোরক্লপা ফনা শ্যাংনা চৎলবা মতুংদা পোৎ পুবা গাড়ী অমা ফৈনা খুদোংথীবা থোক্লম্বনা

মছু চিংথোক্তুনা লাম্থোক্লবা লাক্লবদা মতম কুইনা চঙখিবনা ইম্ফাল শহর মৌবদা ওথাক থেঙলে। বসন্তগী কুমথরগা য়েংথৎপদা নীংশিংলকপনি— তরামন্নীনি পানবনি। অয়াম্বা পোৎ নম্ভে; শউনগী চাউরপ তৌবা উপু অমতনি। (শউনগী পোৎ হোঙবা লমনি, মতুংদসু ফি-য়োল হাপচনবা হায়রদুনা থললগা লৈরকখিবনি।) হাম্লনা হাপখিবনা ইকোন কোম্না লৌখ-রকপা ওইনা তৌরদনা খরগা অমুক্তসু থেঙদোকখ্রে। ওটো রিকশো অমা ঙাংনবদুনা মতমগা লমদাগা থললগা তন্দে-মান্দেনা য়াম্নপ পীনবা হায়রকই। মরম ওকপা মথুৎ-মশা হৈবা অমদি মপাঙ্গল ফবনিনা শেল মকম অমা খঙনা পায়থোরকই। মত্তিক্রদে অহায়বা পীরগে হায়রুই। মা য়ৌদবা সুকয়া য়াদবনি। অদুবু কদায়দা?

লৈরক মচৌন্দা ওটো রিকশোদগী হেক কুমথবদা কৈথেল্লোমদগী চৌকিদারনা পুং অমা য়ৈরকই। থল্লুই—মুংশিদা ইপন কালেঙ্গাউসি পুং য়ৈবা কাউরমল্রিনে। (কৈথেলগী চৌকিদার কালেঙ্গাউ লৈখিদবা চহী মাপনমুক হায়ররক্লবনি) পৈশা হেক ফংবগা পাইদুনা থৌখিবা গাড়ীদা মুম্না য়েংলগা হায়হৌই—অরে, পাগল হো গয়া হৈ!

পোৎ তাপ পাররগা লৈরক্তা হাইজিল্লকই। য়েংথোকলুবদা নাসিক হৌরমদরে। ঐম্না য়াম্বৎপ্রবোইরে। মহুত্তা মনুং খরা চঙশিল্লগা অরাংবা চেকয়ুম অমগী থোঙ্গাল ময়াদা গুলমোহর অমা হৌরম্লে। লৈকাইগী নহায়োলশিংবু মবুক মমুংদা থাগৎলি—অসুম্না তৌ হায়রিবনিনে। চাউকান চাউকান কান্দুনা চঙলকই। ককচেং মচা চৎপা উগদবা থাবলদা তোম-বোইনা লৈনা লৈনা য়েংজবনি। অরিবম লৈকাইগী শক্তম পুংওন ওল্লম্লে। অরাং অরাংবা চেকয়ুমতনা পিক থল্লম্লে। লৈরক্তবু চাউতক-চাউতক তৌবা কোক্লুৎতনা খোঙকাপ মঙা-মঙা খুদিংগী লৈরম্লে। মবুক্লিংদা চৈক্লই— শালা, সেবাগী রাখল থাদোক্লরেসে! য়োৎকী থোঙ্গানতনা থুরক হাঙলম-দরে; লোম্ন-লোম্নবা খুদিংদা রাংল-রাংলবা চেকপলতনা ঊম্নরম্লে। খল্লি— থাজ্জনদবদি য়ৌরম্নবা জাং ওইরে। য়ুম্ন কুৎলম্বিবতুগীদি মুংসু মুংঙাই

অমুক্তা থংখিদদ্রি। অনকপাদশী চুই থম্রা থংখোং থংখোং খোংলকই। অতোপ্পা অমত্তুনা লৌশিং তাবা মাপ্পা হায়রকই—

—মী অহন্দা অতুমাইনা লাউবা হৌনদেনে। কম্বিনো পাবুঙলা অঙ্কলদা, কনা হাংসিগে ?

—হ। হাংকদবা নত্তেনে, ইচাশিংদা রা অমত্তা হংগে তৌজবা।

—য়েশ, হংঙু। তন্নাহুমদোই হংঙু। লোইনা তাকে। ফিরুম্নু ঐ লৈ। ঐনা পাল্লিবনি মায়কৈ অসি। হায়য়ু হন্নুবা—ইহে, অহল —।

—সিবিনিদা, কন্নি অসি মতলব; লৈকাই অসিদা রাধা কৌবী মমিং অশেংবনা রাধামুখী কৌবা অমা লৈবা নত্রা ?

—লৈ কন্নি লৈতনি। লৈকম থোকপনি; লৈবা তাবনি; কন্নি লৈতনি লৈতবা য়াত্রনে ...। ঙাইখো, অঙ্কলহু কনানি হায়না খঙঙুগে! হ বাই গোদ, ঐনা হায়রিসিনি—হংডিবনি! হংগে হায়দনা হংডিবনি নঙবু কনানো ?

—অসি মতলব—অরিবম লৈকাইসিদা লৈরম্বা তোম্বোই খঙত্রা ?

—খঙদে। খঙবগী মথৌ তাদে। তুমিন লৈরো ঙাংঙম্নু ঐ অমুক তাকে। তাউকো! রাধা—রাধামুখী হায়বদো ঐগী ইমা অতোম্বীনি। মচং চুমদবদগী থাগংখয়ে—ঐনা থাগংখিবনি বাই গোদ হায়রিসিনি ঐনা ...

—অসি মতলব, কদাইরোমদা ?

—আ অসি তু নোংদোল অসিদা। মখোয়না স্বর্গ হায়জবদো অহু-রোমদা বাই গোদ — !

—অস।

নহা অমীঙু অঙনা অমথু শৌনরঙনা তুরেল ঈপানলোমদা হাইরং হাইরং হাইগৎখরে। তোঙোই চপ লেহুনা লৈহৌই। মাবকী ইখণ্ড খণ্ডদনা ঈংনা চিংবা খোঙজেল অমা তারকপগুম তৌই—অল্লাহ হো অকবর ...। মীরমদা লৈরিঙৈদা অয়ুক থুদিং তারকুরা খোঙজেলনি।

ইম্ফাল, ২০০০

—লোইরবা—

## এলাংবম দীনমনি গী ৱারীমচাগী লাইরিকশিং

১। থকুবী (১৯৭০) — ৱারীমচা ১৪ য়াওবা

২। মোরাম্বী অম্তাওবী (১৯৭৪) — ৱারীমচা ১৪

৩। তিংখংলৈ (১৯৭৭) — ৱারীমচা ১৬

৪। পিস্তোল অমা কুন্দাম্লৈ অমা (১৯৮১) — ৱাবীমচা ১৩
(১৯৮২ দা সাহিত্য একাদমী মনা ফংবা)

৫। ইমৈসুনি ভৌরাসুনি হঙ্ হঙ্ (১৯৮৩) - ৱাবীমচা ১৪
(১৯৮৫ দা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমী মনা ফংবা)

৬। মন্ত্র জন্ত্র তন্ত্র (১৯৮৬) — ৱাবীমচা ১৩

৭। লাইরেল মরীম্বোং (১৯৯১) — ৱাবীমচা ১৯

৮। কেগে মখোঙদা সার্টিফিকেট (১৯৯৫) — ৱাবীমচা ২১

৯। লাইকিশি (১৯৯৭) — ৱারীমচা ১৬

১০। ঈপাক (২০০০) — অদোমগী খূত্তা লৈরি